# ফুঙ্গাৱারী

# পামজবশিংগী

# মফমদা।

লাইশোম গুলাপ।

হিংচাবীগী অরোইবা যাহিপ -

**Hingchabigi Aroiba Yahip :-** A collectıon of folk-tales from varıous trıbes and countrıes has been collected, retolled and edıted by Laısom Gulap, publıshed by the Aıeba Lup, Assam, Hojaı- 782435 Cont No - 08876588970

Emaıl- laıgulap11@gmaıl com

অহান্না ফোঙবা - জুন ২০১৩ ইং।

কোপী মশীঙ - লীশীং ১০০০।

মমল - লুপা ১৩০ ০০ (চাম কুম্ভ্রা)।

মখুমগী ডিবেকসন - লাইশোম গুলাপ।

মখুম যেকপা - বিকাশ, বামপুব।

হক পুন্নমক - অইবগীনি।

ডিটিপী - পিকে ইন্‌ফোটেক্‌,

নিউ মার্কেট, হোজাই, আসাম।

উন্মফম - **গৌবাঙ্গ প্রেস, মোসজিদ বোড, হোজাই।**

# রাহে খরদং

ঐহাক্না খোমজিনজরগা ইথোকচবা হিংচাবীগী অরোইবা যাহিপ মিংথোনবা ফুঙ্গারারীগী লাইবিকসি ঐহাক্কী অনীসুবা ফুঙ্গারারীগী লাইরিকনি। লাইরিকসি পুথোক্নবা হোৎনবদা মতেং পীবিবকখিবা খুদিংমকপু ঐহাক্না থাগৎচবগা লোয়ননা তৌবিমল খংবা উৎচরি।

লৈবাক খবগী ফুঙ্গারারী খবা ঐহাক্না খোমজিল্লগা লাইবিক ওইনা পুথোকচবিবসে অঙাংশিংদা পাবা-তাবা নুংঙাইবগী মথক্তা খজিক্তং জ্ঞান পীবা ঙমলবদি খরদি মহয যাল্লে লৌজগনি।

লাইরিকসি পাবগা কোমেন্ট অমমমতং পীবিনবা হাযজক্কবদা হরাও হরাওনা যাবিবক্তুনা কোমেন্ট পীবিবকলিবা ওজাশিংবু ঐহাক্না ইকাযখুম্নবা উৎচরি।

অখং-অহৈশিংনা লাইবিকসিদা অবাল-অশোয থেংনবিববদি তাকপীরক্তুনা চুমথোকচবগী খুদোংচাবদু পীবিরক্লবদি পুন্সিসিমগী কাওজরোই।

পুন্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচরি।

লাইশোম গুলাপ

# ফুঙ্গাৱারীগী মফম

লাইশোম গুলাপনা ইবা **হিংচাবীগী অরোইবা যাহিপ** হাযনা মিংথোনবা ফুঙ্গারারী অসি অইবা লূপ আসাম, হোজাইগী ২১ শুবা খুদোলনি। লাইবিক অসিদা ফুঙ্গারারী ২১ যাওবি। ফুঙ্গারারীশিং অসি পাকিস্থান, স্বুইদেন, ইরাক, জাপান, যুবোপ, বর্মা, বসিযা অমসুং বোমন চিংবগীসু যাওবি। মসিদা নত্তনা কার্বি, বোডো অমসুং খামতিগী ফুঙ্গারাবীশিংসু যাওবি।

ফুঙ্গারাবী হাযবসি জাতি খুদিংমক্কী সমাজদা লৈজে। রাবীশিং অসিদা মোবেল লেসন, পাউতাক অমসুং অরা পোথানবা অসিনচিংবা মীওইবগী পুন্সিদা কান্নগদবা গুণশিং অসিনা লৈতেংলি। অসিদসু নত্তনা ফুঙ্গারাবীগী চৎনরোল, মশাগী ওইবা কাংলোনশিংসু মালেমগী ওইনা যান্নরদুনা লৈজরিবনি। হাযবিবা ফুঙ্গারারীশিং অসি মৈতৈ সমাজদদি মমাংঙৈগী মতমগুন্না ইমুং মনুংদা অহল ওইবশিংনা অঙাং ওইবশিংদা নুমিদাংগী চাক চাজবগা তুমজখিনবা চাকঙাই রারী ওইনা ফুঙ্গা মপান্দা নত্রগা অতৈ অমদা লীনবস্বদু মীওইবা সমাজনা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্নদি মযেং তানা উরে। অদুবু থাইনগী অদুম্না ফুঙ্গারাবী লীনবগী মহুত্তা মালেমগী ওইবা ফুঙ্গারাবী কযা

টিভিদা কার্টুন ওইনা যেংনবা নোংম নোংমাগী হেনগৎলক্লি। Cartoon গী মশক্তা লোযননা য়েংবদা অমসুং তাবদা অঙাং ওইবশিংতা নত্তনা অহলশিংনসু হেন্না পাম্নরক্লি। অদুগা অমবোমদা অঙাংশিংগী তম্ন-লাইবিকশিংদা লৌশিং পীননবগীদমক ফুঙ্গাৱারী কযা হাপচিন্দুনা ফুঙ্গাৱারীনা ঙসিগী সমাজ অসিদা মথৌ পাংথোক্লি। মসিনা তাকপদি ঙসিসু ঐখোযগী ইবক্তা ফুঙ্গাৱাবীগী মফম নোংম নোংমাগী চাওনা কোনশিল্লক্লি হাযবসি অশেংবা খুদমনি।

লাইশোম গুলাপকী ফুঙ্গাৱাবী অসিসু অসিগুম্বা ফুঙ্গাৱাবীগী ঈচেল অসিদা পীকতক চেংতক অনৌবা মহাও অমগা লোযননা মণিপুবী সাহিত্যদা নৌনা ঈতিল্লবি। মসিমক মহাক্কী হোৎনজমনগী মহযনি। হেন্না মহাও লৈবা ফুঙ্গাৱাবী কযা থোবকখিগনি হাযবগী আশা তৌবা যাববা অইবা অসিদা ঈশ্বৱনা যাইফবা পীনবীসনু।

ডঃ সোবোকখাইবম সবতচন্দ্র সিংহ
এসিষ্টেন্ট প্রোফেসব ইন মণিপুবী,
হোজাই গার্লস কলেজ,
হোজাই।

## লাইশোম গুলাপকী হিংচাবীগী অরোইবা য়াহিপকী মরমদা

### য়াহৈ খরদং

অইবা লূপ আসাম হোজাইগী ২১শুবা খুদোল অমসুং লূপ অসিগী সেক্রেটরী জেনেরেল লাইশোম গুলাপ মশাগী অনীশুবা ফুঙ্গারারীগী খুদোল **হিংচাবীগী অরোইবা য়াহিপ** অসি তোঙান তোঙানবা লৈপাক তরাগী অখন্নবা ফুঙ্গারারী ২১ গী নীংথিজরবা লৈচননি অসিদা বর্মা, চাইনা, সুইদেন, ইরান, ইরাক, জাপান, রাশিয়া, পাকিস্থান, অমসুং কার্বি, বোডোশিংগী অখন্নবা হন্দোক্লবা ফুঙ্গারারীশিং পাবদা নুঙাই, থৌদোকশিংদু মিৎত্তা শংশং উইন্না ঙম্মি। হন্দোকপনি খল্লুদে। মসিদনি অইবগী চাং লেপকদৌরিবা। লাইরিক অসিগী মাযখুমসু নীংথিজে, মসিগী রারীসু নুঙাই।

অইবা গুল্াপ ফুঙ্গারারী ইবতা নত্তে রারীমচা, শৈরেং অমসুং ড্রমা নিপালখকসু ইদুনা শান্নখ্রবনি। অইবদগী সাহিত্যগী অতৈ খুদোলসু তম্লকখিগনি থাজবা থমজরি।

থৌদাম বাবাতোম্বি সিংহ

চেয়ার পার্সন অইবা লূপ আসাম।

হোজাই

## মনুংদা যাওরিবশিং

# মীহৌরুবদা দশা তাবা

থাযনা মমাঙঙেদা সুখির কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক নিংথৌ অমা ওইবগী মতিক মগুণ চপচানা লৈরম্মী। মাগী মফমদা লন-থুম্নচিংবা করিগুম্বা অমগী অরাৎপা লৈরমদে। মরম অদুনা মহাক্কী লৈবাক অদো লন লৈমগী যুমফমগী লৈবাক্কী হাযনরম্মী। সুখির নিংথৌদি লৈবাক মীযামগী যাইফবনা মশাগীসু যাইফবনি খন্দুনা প্রজাশিংবু অরাবা হাযবদো খংহন্দনা নুংঙাইনা মপুন্সি লেলহনলম্মী। অদুবু অদুক নুংঙাইবিবদুগী মনুংদা সনা কোনুংদদি লোন্না অরাবগী মমি অমা তাবম্মী। নিংথৌগী মহাবাণীদো যাম্না চহী নৌনা মাগী ফজববী শকফমদো মাংখিরম্মী। মাগী মশক নোংমা নোংমগী থিজিল্লকপদুদা মা যাম্না মিপাইবম্মী, নিংথৌনা করি হাযবক্কনি অমদি অতোম্বী অমা পুশিল্লক্কদ্র হাযবগীনি। অদুক যাম্না নুংঙাইনা লেল্লীবা পুন্সিদুদা মাগী ফজবদো ফাদুনা থম্বা ঙমদবগী অরাবনা কুপলিঙে তাঞ্জাদুদা কদাযদৈনো খংহৌদনা মশক মতৌ ফজখ্রবী লৈশাবী অমা সনা কোনুংদা লাক্লগা মহারাণীগা উনরম্মী। মহারাণীগী মাইথোংদা অরাবগী মমি তাবিবদো উবদা লৈশাবীদুনা হংবদা মহারাণীনা মাগী মশক থিজিল্লকপগী রাফমদো ফোংদোক্লম্মী। লৈশাবীদুনা রাফমদো তারগা মানা হৈরিবা বিদ্যাদো হাযরবদা মহারাণীদো যাম্না হরাওরম্মী। মখোয অনী লোন্না যান্দুনা লৈশাবীদুগী শক্তমদো মহারাণীদা অদুগা মহারাণীগী মশক অদুনা লৈশাবীদুদা, মখোয

অনীগী মশকশিংদো ওম্থোক্লবদুদা অনীমক যাম্না হরাওরম্মী, অমনা মতম শাংনা শেংপা চাবদা মনিং থুংদনা নুংঙাইবা মশক খংদনা লেল্লক্লবা পুন্সি অদুগা অমনা কবিমত্তা অরাবা খংদনা লেল্লগসু মাগী মশক্তুনা নোংমতা লৈতাহন্দবা পুন্সি, অনীমক মানা মানা নীংবা রাখল থুংলে খন্নদুনা অশেংবা মহাবাণীদো মশক মতৌ ফজখ্রবী লৈশাবীদুগী শক্তম লৌদুনা কোনুংদগী থোক্তুনা চৎখিবম্মী। অদুগা লৈশাবীদুনা মহারাণী শাদুনা কোনুংদা লৈহৌখিরম্মী।

মতম খবা লৈবগা অশেংবা মহাবাণীদো লৈফম চাফম খংদঙে অঙাওবীগুম লৈবদো যাম্না হৈনবত্তুম্বদুদা মাগী হান্নগী মহাবাণীগী পুন্সিদো মীহৌবক্তুনা নোংমা কোনুংদা হল্লকখিবম্মী। অদুবু থোংশংবশিংনা নিংথৌগী যাথংনি মশক খংদবা মী অমত্তা সনা কোনুংদা চংবা যাদে হাযদুনা চংহন্দনা হল্লনখিবম্মী। মহাবাণীদো তৌফম লাকফম খংদনা কপ কপ্তুনা তপ্না তপ্না চৎলগা কোনুংরোমদা হন্না হন্না যেংদুনা নিংঙমদবা কযা মথম্মোযদা ঈহৌরক্তুনা মতোমতা হাযজখিবম্মী। মীওইবগী ফজবদি শক্না নৎলমদবে জ্ঞান লৈবা, থম্মোয শেংবা অমদি লমচৎ ফজবনা ওইবমলে। শকপু কৈদৌনুংদা চামদুনা চাবা যারমদবে হাযরল্লগা অসুম চৎখিবদগী অশেংবা মহাবাণীদো মীযাম্না অমুক হন্না উবা ফংখিবমদে। মীহৌরুবদা দশা তাই হাযবদো মঙোন্দা থোকখিরম্মী। অদুগা মহাবাণী শাদুনা লৈবিবী নূপীদুদি শেৎনিংবা শেৎ, চানিংবা চা তৌদুনা নুংঙাইনা লৈখিরম্মী। * * *

# মশানা থাকপা লাংদা মশানা থুজবা

(বর্মা লৈবাক্কী ফুঙ্গা ৱাৰী)

থাযনা মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা থোবী অমগা চফু শাবা নুপা অমগা লৈবম্মী। মখোয অনী যান্না লুনা তিনজবা মরূপনি। মশা মশাগী মথৌদা মপুক্লিং লুপচবা অনীদো লাইগী নোংদমদগী থোবী অদুদি নোংমা নোংমগী অদুম নুংঙাইখৎলম্মী। অদুগা চফু শাবদুদি নুংঙাইখৎলকপগী মহুত্তা অসুম অসুম ৱাথবকখিবম্মী। থৌদোক অদুদা চফু শাবা নুপাদো যান্না পেল্লমদে অদুগা মাগী মরূপ থোবীদো কবম হাযনা মাংহন তাকহনগদগে হাযনা খনবা হৌখিবদগী অহিং ফাওবা তুম্বা যাখিবমদে। নোংমা নিংথৌনা শামু তোংদুনা লৈকোল যেংবা লাকপা তাঞ্জা অমা যেংদুনা লম্বীদা লেপ্তুনা লৈবগা নিংথৌনা হেক যৌবকপগা চফু শাবা নুপাদুনা মতোমতা হাযজবগুম হাযখিবম্মী । অসুক ফজখ্রবা ইনিংথৌসি অমুবা শামু অমা তোংদুনা পুংমাং মাংহল্লিদা, ফজনা সুদোক চামথোক্তুনা ঙৌহল্লগা তোংলবদি কযাদা নিংখিজগদৌবা। নিংথৌ অদো খবা পংলম্মী। মাগী ৱাফমদো তাবদা মনাক্তা কৌশিন্দুনা নঙনা হাযবিবদুবু অমুবা শামুসিবু সু-চামলগা কনানা ঙৌহনবা ঙমগদগে ? মদুদা চফু শাবদুনা খুমখিবম্মী ইনিংথৌ মদুগীদি থোইনা চিংনবিরক্লগনু, ননাই ঐহাক্কী মরূপ ফীসু ফীজামবদা মমীং চৎলবা থোবী অমা লৈ। মদুদা নিংথৌনা ফরে ফরে অমুবা শামুবু সুরগা ঙৌহনবা ঙম্বা থোবী অমা লৈ হাযরবনিনা মাবু কৌখক্তুনা সুহল্লগে হাযরমলগা চৎখিবম্মী।

অদুগা চফু শাবা নুপাদুসু মাগী নীংবা থুংলে শোইদনা ঘোবীদো লাংদা থুরনি হাযনা রাখল নুংঙাইনা মযুমদা হনখিরম্মী।

মতম খরা লৈরগা নোংমা ধোবীদো নিংথৌনা কোনুংদা কৌখৎলম্মী। মদুদা ধোবীদো যাম্না হঙোইনা করিবু হাযরক্কদগে খন্দুনা কিনা কিনা কোনুং কারক্লম্মী। মাবু হেক উবদা নিংথৌনা হাযরকই ——— নঙ ঐগী শামুসি সু-চামদুনা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা ঙৌহন্দুনা পুরক্কদবনি। রাফম অদো তাবদা নুপাদো স্বাই লাওনা লরাই লুতোন কাখিবম্মী। মানা ঙৈহাক তুমিন্না খঞ্জে মসি পূন্নমকসি শোইদনা মাগী মকপ চফু শাবগী খুজিল থৌবাং ওইরমগনি হাযনা। মানা খুমদদুনা তুমিন্না লৈবা উবদা নিংথৌনা শাওনা নঙ ঙমলবোই হাযবিরা ? নঙনা কবিগুম্বা ঙমদবা তাববদি অঙাং ওলহনগনি খংঙু। মদুদা ধোবীদুনা যাম্না ইংলবা খোজেলনা হাযখিবম্মী । ইনিংথৌ ননাই ঐহাক্লা কবিগুম্বা অমখক খঞ্জবমলিবা। নিংথৌনা কবি খল্লীবনো হাযনা হংলকপদা, ধোবীদুনা ইনিংথৌ তিংদ্রবদি ঙৌ হাযবা যাদবনিনা শামু তিংন্নবা অচৌবা লৈপাক্কী খুদেং অমতং কদাযদা ফংগদগে খঞ্জরম্লবনি। মদুদা নিংথৌনা নঙ করিমত্তা রারুগনু চফু শাবা নুপাদো লৈরিদনা মাবু শাহনগে। খুদক্তা নিংথৌনা মনাই থাদুনা চফু শাবাদো কোনুংদা পুবকহনখিরম্মী। মানা হেক থুংলবগা নিংথৌনা নঙ শামু তিংবা যাবা অচৌবা লৈপাক্কী খুদেং অমা যাম্না য়াংনা শাগদবনি। ঙসিগীদি নযুম

নযুমদা হল্লো হাযদুনা হল্লমখিরম্মী।

নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না মবুক শেংদবা চফু শাবা নুপাদুনা লৈপাক্কী খুদেং শারগসু শামুনা হেক কাখৎপদা হেক্তমক কাযখিরম্মী। শাব কায শার কায তৌদুনা শাবা সুকঙম ঙম্লমদে। নিংথৌগী শিবগী চৈরাক শোইদনা ফংলগনি হাযবগী রাখল লাযননা, মীবু মাংননবা শিল্লুবা চফু শাবা নুপাদো মী শিসনু হাযনা মশানা থাকপা লাংদা মশানা থুজদুনা শিখিবম্মী। অদুগা মশাগী মথৌদা মপুক্লিং লুপচবা মীগী নোংমতসু ফত্তনবা খন্দবা থম্মোয তিংজবা ধোবীদুদি হন্নগুম্না নুংঙাইননা পান্দুনা লৈখি। * * *

---

অঙাংশিংনা খংজিনবা য়াবা খবা -

ভারতকী অহান্‌বা নো'বেল প্রাইজ কনানা ফংখিবগে ?

ববীন্দ্রনাথ ঠাকুর, ১৯১৩ ইংদা।

করম্বা লৈবাক্তা কাং অমদি লীন লৈতবগে ?

ফ্রান্সতা।

'The light has gone out of our lives and there is darkness every wher' কনানা করম্বা মতমদা হাযখিবগে ?

গান্ধীজীনা শিরবা ঙৈহাক্কী মতুংদা জাতীগী ওইনা পিবা অরাংবা ফোংদোকপা পাউজেলদা জরহরলাল নেহরুনা।

# হেঞ্জিন্না পান্নুবগী মহয়

থাযনা মমাঙঙেদা সমুদ্র মপান্দা খাংপোক শঙ অমা শাদুনা হনুব
হনুবী মতে মনাউ অমা লৈরম্মী। হনুবনা সমুদ্রদা ঙা ফাবা অদুগা হনুবীন
নোংমা কাযদনা মোইথাপ নাইবনা মখোযগী শিনফম ওইরম্মী। নোংম
হনুবনা সমুদ্রদা ইন অসুম অসুম হুন্দুনা চৎপদা ঙা অমত্তা লল্লমদে। অদু
মানা ঙৈহোক পোত্থারগা ইন অমুক হুনবদদি ফজখ্রবা সনা মচুগী ঙা অম
মাগী ইন্দুদা লল্লম্মী। ইন্দো তপ্না তপ্না চিংখৎপদা ঙাদুনা ঐবু থাদোকপিযু
নঙনা হেক মতিক চারে খন্দুনা হাযবা খুদিংমক পীগে হাযবাকপদুদ
হনুবদো ঙানা মীদৌনা রা ঙাংবা তাবদা যান্না ঙকখিবম্মী। অদুগা ঙাদে
খুদক্তা ঈশিংদা থাদোকপীখিরম্মী। হনুবনা থৌদোক্তুগী মরমদা অসুম খঞ্জানদুন
মযুমদা হনখ্রগা হনুবীদা রাফমদো তম্লুবদা হনুবীনা শাউনা লাওবকখিবম্মী
——— নঙবু অদুক যান্না পংববা ? হৌজিকমক ঙাদুগী মনাক্তা চত্তুন
ঐগী উগী খুদেং অদো কাইখ্রে মদুগী মহুত্তা অহনবা অমা পীযু হাযরুদে
চৎলো । মতম অযাম্বদা হনুবদা উশিং থৌওইদনা ঙাংবী শকপীবদুদ
হনুবদো হনুবীবু যান্না কিনা চৎলম্মী। হনুবীগী রাঙাং তাবদা হনুবদো পাও
লৈত্রবা মী অমগুম অমুক ঙাদুগী মনাক্তা চৎখিরম্মী । মানা ঙ্গ থাদোকখিব
মফমদুদা লেপ্লগা হে সনা মচুগী ঙা নঙ অমুক্তং ঐগী ইনাক্তা লাকা
হায়বদা খুদক্তুদা ঈশিং মনুংদগী ঙা অদুনা ফাওগৎলক্রগা করিগীনো অহং

ঐবু কৌরিবদি ? নঙ করি পাম্মী হাযযু হাযদুনা হঙলকপদা অহলদুনা নঙোন্দগী কবিসু পুদদুনা চৎপদুদা হনুবীনা যাম্না শাওবে। মবম অদুনা ঐখোযগী কাযখ্রবা উগী খুদেং অদুগী মহুত্তা অহনবা অমা পীযু হাযবি। হনুবগী রাদো তাবগা ঙাদুনা অদুগী ওইববদি ফবে ফবে নঙ নযুমদা হল্লো শোইদনা হনুবীগী মনাক্তা লৈজরক্লগনি হাযবক্লগা ঙাদো ঈশিংদা লুপখবিবম্মী। হনুবনা নিংজিং মাংজিং তৌদুনা মযুমদা হল্লকপদা হনুবীগী মনাক্তা অহনবা উ-গী খুদেং অমা লৈবম্বা উবদা হনুবদো যাম্না ঙকখিবম্মী। মানা পোলি পোলি মোন্দা খবা নুংঙাইনা হনুবীগী মনাক্তা চংবদা হনুবীনা খংলাও লাওবক্তুনা নঙবু কবি মীনো, অদুক যাম্না পংলিবদুবু ? খুদেংগী মহুত্তা যুম ফজবা অমা পীযু হাযবা যাদ্রা ? হনুবীগী রাঙাং রাতাদুদা কিবোই পেন্দবোই তৌদুনা অমুক ঙাদুগী মনাক্তা চৎখিবম্মী। মানা ঙাদুবু কৌবগা হনুবীনা ফজবা যুম অমা পীযু হাযবি হাযরুবদা ঙাদুনা চৎলো চৎলো হনুবীদো ফজখ্রবা যুম অমগী মনুংদা ফমদুনা লৈরমলগনি যেংঙুচো হাযনা হনুবদো চৎহনখিরম্মী। হনুবনা মখোযগী লৈফমদো যৌবদা হান্নগী খাংপোক শঙদুগী মহুত্তা ফজখ্রবা যুম অমা লৈবা উবে। যুমদুগী মনুংদা হনুবীনা ফমদুনা মোইথাপ নাইদুনা লৈবিবদো উবদা হরাও হবাওনা মনাক্তা চংদুনা লেপলুবদা হনুবীনা চিক্কদৌগী মতৌগুম ঙরং ঙবং ঙংদুনা হনুবদা ওনশিল্লগা নঙবু অদুক য়াম্না পংলিবা করিগীনো ? হৌজিকমক চত্তুনা ঙাদুদা হাযরুচো ঐবু

শেল য়াম্না পায়বী ইনাকখুন্নী অমা ওইহল্লু হায়রু। হনুবনা চৎখিদুনা ঙাদো কৌরগা হনুবীনা পাম্লীবদো ফোংদোক্লম্মী। মদুদা ঙাদুনা মাগী অনিংবদো থুংলবনি হায়রম্লগা ঈশিংদা লুপথখিরমই। হনুবনা ময়ুম যৌবদা পুকওন ওল্লমলে। মোইথাপ নাইরম্বা হনুবীদো মকোক্তা টুপী মঙক্তা তাংলবা সনা-মণি মুক্তগী লিক্লাং পবেং, মখুত্তা তাংলবা খুদোপ কযা, মখোংদা ফজরবা খোঙউপ অমদি মাইকৈ মবিদা ঙাক শেননবা মী। ওইরমলিবা মওং মতৌ অদো উবদা হনুবদি পুংঙাও ঙাওখ্রে। হৌজিক্তি হনুবীদো নীংবা থুংলমলগনি নীংদুনা মনাক্তা চংগে তৌবদা ঙাকশেল্লীবশিংদুনা হনুববু চংহনখিরমদে।

হনুবীদো মতম খরা নুংঙাইনা লেল্লবা মতুংদা নোংমা হনুববু কৌরগা হায়রমই। ঐ মহাবাণী ওইনিংঙি নঙনা চত্তুনা ঙাদুদা হায়কচো হায়দুনা থৌদাখিরম্মী। হনুবনা অদুগুম্বশিংদো হায়নিংলমদে অদুবু হনুবীবু কিবদগী চৎনিংদা চৎনিংদা চৎখিদুনা ঙাদুগী মনাক্তা যৌখিরম্মী। মানা ঙা অদুবু কৌবদা ঙাদুনা লাক্লগা হঙলকখিরমই —— হন্দকমুক্তি হনুবীনা করি পাম্মী হায়গে ? মদুদা হনুবনা খুমখি মহারাণী ওইনিংঙি হায়। রাফমদো তারগা ঙাদুনা ফরে নঙ হল্লো হনুবীনা নীংলিবদো থুংলনি হায়বমলগা ঈশিংদা লুপথখিরম্মী। অঙকপনি হনুবনা ময়ুমদা হল্লক্লগা যেংবদা হ্নন্নগী য়ুমদো লৈরমদ্রে মদুগী মহুত্তা সনা কোনুং অমা ওন্দুনা লৈরমলে। কোনুংগী মনুংদুদা হনুবীদো সিংহাসন্দা ফমদুনা মনাই মশননা থৌগল তৌদুনা লৈবা

উবে। মতৌদো উবদা হনুবদো হনুবীগী মনাক্তা অমুক চংখিদ্রে।

মহাবাণী ওইনা চহী থরা নুংঙাইনা পাল্লবা মতুংদা হনুবীদো অমুক পেল্লত্রদুনা হনুববু কৌবগা ঐ সমুদ্র ঈবোন্নুংগী বাণী ওইবগে অদুগা সনা-মচুগী ঙাদুনা মীনাই ওইদুনা ঐনা হাযবিবমখৈ ইনগদৌবনী হাযকুচো হাযদুনা হনুববু ঙাদুগী মনাক্তা থাখিবম্মী। হনুবনা ঙাদো কৌবগা হনুবীগী অপাম্বা বাফমদো ফোংদোক্লম্মী। মদুদা সনা- মচুগী ঙাদুনা হনুববু চিংনা যেংলম্লগা কবিমত্তা হাযবমদা, খুল্লমদনা সমুদ্রগী ঈবোন্নুংদা লুপথখিবম্মী। ঙৈহাক্কী মতুংদা হনুবনা মযুমদা হনখিবদা ওইবমলিবা ফীভমদো উবদা মঙ্লা তাইবংলা হাযবা ঙমখিবমদে। সনা কোনুংনচিংবা অমত্তা লৈবমদ্রে। হনুবীদো মখোযগী হান্নগী খাংপোক শঙদুদা মোইথাপ নাইদুনা লৈবিবদুগী মনাক্তুদা মখোযগী কাযববা উ-গী খুদেংদুমা তাদুনা লৈবম্মী। মশানবু তাঞ্জবসু নত্তবা মীনা পীবা পোত্তা কা-হেন্না পাম্লুবদগী পূম্নমক মাংবা তাখিবম্মী। মশাগী থম্মোযবু মশানা ফাদবা ঙমদবদগী রাতোন্না রাংলগা কাক্লা ফমদেকই হাযবদো হনুবীদুদা থোকখিবম্মী। অদুগা মিহৌজবা লৈতবা হনুবদুদি হান্নগুম নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি। * * *

# মঙলানগী উপাম্বী

থাযনা মমাঙঙৈদা যাম্না খুৎকন পাঙ্গলবা নিংথৌ অমগী বাণী অনী লৈবম্মী। মখোয অনীগী মচানুপা বাজকুমাব অমমম যাওবম্মী। মতম লৈবখিবিক্তা অতোম্বী বাণীনা মচেমহল বাণীবু অফবা মীৎযেংনা যেংলমদে। মচা অদুনসু মমাগী মীচং চংদুনা মযাম্বুং অদুবু যেংবা ঙম্লমদে। মমা মচানা বাণী অহল মমা মচাবু লৈহন্দনবা কন্না শিল্লম্মী। নিংথৌদা ওন্না তৈনবা ব্রাফম কযা তমশিলদুনা তাম্লোকখিনবা হোৎনখিবম্মী। নিংথৌদুসু অচুম অবাল থিদঙৈ অতোম্বীগী মরা লৌদুনা বাণী অহল মমা মচাবু কোনুংদগী তাম্লোকখিবম্মী।

চহী খবগী মতুংদা নোংমা নিংথৌনা তুমলিঙৈদা মমঙদা ফজখ্রবা উপাম্বী অমা উবম্মী। নোংঙাল্লগা দববাব ফম্বদা তিল্লীবা অঙম-অথৌ, মন্ত্রী ফম্নাইবশিংদা নিংথৌনা মমঙদা উবম্বা উপাম্বী মউনা সনা, মশানা লুপা অদুগা মনানা পিগ্রাই হাযবিবা উপাম্বীদো কনাগুম্বনা পুবকপা ঙমলদি লৈবাক তত্মাই অমা পীগনি হাযনা লাওথোকখিবম্মী। খুদক্তা নিংথৌগী পাউদো লৈবাক শিম্নুংখিবম্মী। উপাম্বীদো কদাযদা কবম্বা মফমদা হৌবিবগে হাযবদি কনানসু খংবা ঙমলমদে। অদুবু লৈবাক তত্মাই অমা পাম্বদগী মীপুম খুদিংমক্না পুংথিদমক থিনখিবম্মী। থিবমঙৈ থা কযা চংনা থিব ফাও উদুগী মরী মখোং কনানসু পুথোকপা ঙমখিবমদে। নিংথৌদি মমঙদ

উবম্বা উদুগী রাখলনা লাযনা ওইদুনা ফমদগী হৌগৎ কাংখৎপা ফাওবা ঙমখিদবে। মপাবুংগী পাউদো তাবদা বাজকুমাব অহলদো উদো থিবা চৎননবা শেম শাবা লোযবদুনা মমা বাণীদা থৌজাল পীবিনবা খুকমখিবমই। মদুদা মমানা মচাবু চিংনা যেংলগা হাযখিবম্মী। ইমাগী ইবুংঙো নঙনা মফম কৈদা চৎলগা উদুবু ফংলুগদবে ? কনাগুম্বা অমত্তনা থি খংদ্রবা উনি। মমাগী রাহৈদো তাবগা বাজকুমাবনা। ইমা লাইগী নোংদমখোল শোইদনা লৈবমগনি, ইমা থৌজাল পীবিযু ইমাগী থৌজাল ফংলবদি নচা শোইদনা মাযপাক্লা হল্লকনি । মমানা নাহ্ববিবগা চৎলুবো ইবুংঙো নমায পাক্লা হল্লকউ হাযদুনা আশীর্বাদ পীদুনা মচাবু থাখিবম্মী। বাজকুমাবনা থাংশাং অমা যেপশিল্লগা শগোল অমা তোংদুনা চান্নবা পোৎলম খবা হাপশিল্লদুনা নুংশিৎকী মমাং থানা থৌদুনা চৎখিবম্মী। অদুবু মফম কৈদা চৎকদৌবিবনো হাযবদুদি মশানসু খংলমদে।

বাজকুমাবনা চৎখিবদো থা অমা হাযজিল্লক্লে। অমবোমদনা সনা কোনুংদসু অমাইবা অমাইবীনা নিংথৌ মশা ঙমদবা হেজিল্লকপদগী ফম শেননদুনা লৈখ্রে। বাণী অতোম্বীদী নুংঙাইবা রাখলগী ঈপাক তাউদুনা নিংথৌগী ফম্নাইবা খবগা লৌতুনদুনা নিংথৌ লৈখিদ্রবা মতুংদা মচা নুপাদা নিংথৌ ফম হাপ্পনবা শিন্নবি হাযবা পাউ অমা নিংথৌগী অচান্বা অমনা নিংথৌদা লোন্না তম্বদা নিংথৌদো মখায যান্না নুংঙাইখিবমদে। অমবোমদনা

পম্বুংফম খংদগেঁ রাজকুমাবনা অসুম চংলগেঁদা উমং অমগী মনুংদা নুমিং তাখিদুনা মমশিল্লকপদগী যাইরেক্লগে খন্দুনা উ অমদা শগোলদো পুনশিল্লগা মনাক্কী উ অমদনা বাজকুমাবনা কাখত্তুনা পোথাখিবম্মী। মানা ঙৈহাক উইবোন উইবোন তৌকবগা মমীৎ খংপাং পাংথোকলকপদা অচৌবা সুকুং অমদগী চাওখ্রবা লীন অমনা মখা লাওনা কাথোক্লগা মঙোন্দা যাওবিবা মণি অদুনা পুঙান ঙান্না থোবকপদো কবিগুম্বা অমত্তা অকি তুজুংবা যাওদনা বাজকুমাবনা যেংদুনা লৈবম্মী। শগোল অদুসু মমৈ হাই হাইদুনা মখোংশিংদো থাংদোক থাংজিল তৌদুনা লৈবমই। মণিদো লৈপাক্তা থমলগা শগোলদো উবদগী চাগদৌগী তপ্না তপ্না লীন্দুনা চংশিল্লকপা উবদা বাজকুমারনা নাশোন পিক্লা শ্রোৎ প্রেক লাউহন্দনা উদগী কুমথবক্লগা থাংশাংদুনা মখুত্তা চেৎনা পাযবগা তপ্না চংশিন্দুনা লীন্দুনা শগোলদো উমগদৌগী ফীভম শেমলিঙে তাঞ্জাদুদা বাজকুমাবনা মতুপ তবেৎ থোক্লা কক্তুনা হাৎখিবম্মী। মণিদুমা ফুবিৎ খাওদা হাপচিল্লগা উথক্তা অমুক কাখত্তুনা নোংঙান্না ঙাইখিবমই। নোং ফজনা ঙস্থোবক্লবা মতুংদা শগোলগী চান্নবা শজিক খবা লাংদুনা থমলম্লগা সুকুংসি অচম্বা ওইবমলোই যেংবু যেংলুগে খন্দুনা বাজকুমাবদো সুকুং মনুংদা চংখিবম্মী। সুকুংগী হেক মযাই যৌবদা ফজখ্রবা ফমুং অমা লৈবম্মী মদুদা কাখত্তুনা হিপথবগা রাজকুমাব অহিং ফজনা তুমলক্তবগী হৌনবা তুমথখিবা খংহৌদে। মানা মীকপ থোক্লকপদা

লাইনুরা অহুমখক্লা কম্পা -নোকপা তৌদুনা লৈরম্মী। মখোযগী মতৌ অদো উবদা রাজকুমারনা হংখি করিগী নোকলিবনো হাযনা। মদুদা অহুমমক্লা চপ মাননা খুম্লকখিরম্মী। নঙ লাকপগী নুংঙাইদুনা নোকলিবনি। অদুগা কপ্লীবগী মবম হংবদনা নঙবু সুকুংসিবু পুবিবা লীন্দুনা শোইদনা চাদুনা শিরনী হাযবগী নুংঙাইতদুনা কপ্লীবনি। মদুদা রাজকুমারনা নোকফেৎ তৌদুনা মদুগীদি থোইনা রাবিকবগনু লীন অদো ঐনা হাৎলমলগা মণিসি পুরকলিবনি হাযদুনা মণিদো পুথোক্তুনা উৎলম্মী। লাইনুরাশিংদুনা করি মবমগীনো বাজকুমাবনা মফমসিদা লাকপদি হাযনা হংলকপদা রাজকুমাবনা মপাবুংনা মমঙদা উখিবা মউনা সনা, মশানা লুপা অমদি মনাশিংনা পিথ্রাই ওইবা উপাম্বীদো থিবা লাকপনি হাযনা খুমখিবম্মী। রাফমদো তাবদা মখোয অহুম অমনা অমদা যেংন্দুনা নোকখিবম্মী। মখোযগী মতৌদো উবদা বাজকুমাবনা চিংনবক্তুনা উদুগী মবমদা খংব্রা হাযনা হংলকপদা মখোযনমুক কবিগীনো উদুগী মবমদা খংনিংলিবদি হাযনা হংজিল্লকপদা বাজকুমাবনা যাম্না নিংঙমদনা মপাবুংনা উদো মমঙদা উরুবদগী মদুগী রাখলনা লাযনা ওইখিদুনা হৌজিক ফমদা তাদুনা অশি অচং খংদঙে লৈহৌরে হাযনা ফোংদোকপদা লাইনুবাশিংদুনা ফবে অদু ওইরবদি ঐখোয অহুমগী ঙকসি নঙগী থাংশাংদুনা অমমত্তা তৌদুনা ককথৎলু। রাফমদো তাবদা বাজকুমারনা খবা চিংনবপ তৌদুনা লৈরিঙৈদা অমুকসু হাযবকই রাজকুমার করিমত্তা

চিংনক্তগনু, ঐখোযনা হাযবা ইল্লু হাযরকপদা বাজকুমারনা অমুক পম্থদনা মঙকশিংদো ককপদা খুদক্তা মপাবুংগী মমঙদা উখিবা মউনা সনা, মশানা লুপা অদুগা মনাশিংদুনা পিথ্রাইগী ওইবা উপাম্বীদো ওনখ্রে। উদুনা অমুক জগোই শাবা হৌখ্রে। জগোই ঙৈহাক শাববা মতুংদা লাইনুবা অহুমদো মশা মশাগী শকফমদা হজ্জিনখিদুনা বাজকুমাবগী মমাংদা লেপখ্রে। মদু উবদা বাজকুমাব হবাওবগী ঙমখৈ লৈবমদে। মখোযবু মাগী লৈবাক্তা চৎসি হাযনা হৌবদা মখোয চৎসি যাখিবমদে। অদুবু বাঁশি অমা পুথোক্তুনা পীবগা হাযবকখিবম্মী ——— নঙগী হেক মথৌ তাবা মতমদা বাঁশিদো খোংলাকও ঐখোয শোইদনা খুদক্তা মফমদুদা থুংলনি । বাজকুমাবনা লাইনুবা অহুমদুদগী কাযনবগী যাথং লৌবগা বাঁশিদুমা পাযবগা থুনা সুরুংদুদগী থোবক্লগা মাগী শগোলদো তোংদুনা মবৈবাক লমদম পাংখিবমই।

বাজকুমাব থুংলবে, অঙকপা উদুগী মবমদা খংলকই হাযবা পাউদো লৈবাক শিল্লুংনা শন্দোকখিবদগী খোংতেক মীত্তাং ফাওবা চিথদনা মীযাম পুন্নমক সনা কোনুং তম্না চৎখৎনখ্রে। রাজববী মমা বাণীনা মচা লাকপা ঙাযদুনা লৈবম্মী। বাজকুমাবনা মমাবু খুকম্লগা অমুক পম্থদনা শগোন্দা হাপকৎলগা যাংনা সনা কোনুংবোমদা খোংদোইখিবম্মী। কোনুংদা মীয়াম তিনবা হৌগৎনরমলে। ফম্নাইবা কযাসু মফমলাংদা লেংশিনখ্রে। ঙমদ্রিবা নিংথৌসু মনাইশিংনা শমদুনা পুথোকরক্তুনা তাংবলদা লেংশিনহনখ্রে। বাণী

অতোম্বী মমা মচাদি মীযাম তিনবদুদা যাওখিবমদে। রাণী অহলসু মীযাম মবক্তুদা তুফক তুফাই চন্দুনা লেপ্তুনা লৈবম্মী। রাজকুমাবনা সভা মযাইদুদা লেপ্লগা লাইনুবাশিংনা পীবকপা বাঁশিদো খোংবদা খুদক্তা লাইনুবা অহুমদো থোবক্তুনা লেপলৈ। বাজকুমাবনা মীংনা কুম্প মীকুপ্তা মশাদা যাওবিবা থাংশাংদুনা অহুমমক হেক মঙক ককপদা ফজখ্রবা সনাগী উপাম্বী মশাশিংদুনা লুপা অদুগা মনাশিংদুনা পিথ্রাইগী ওইবা পাম্বী অমা ওইনা লেপ্লগা জগোই শাবা হৌখিবম্মী। থৌদোক অদু উবদা তিল্লীবা মীযাম্না খূবাক খুবগা বাজকুমাবগী জয ধ্বনি লাওবকই। নিংথৌসু মমঙদা উবম্বদো তাইবংদা অমুক উবা ফংবদা হবাওমনখিদুনা মশা ঙমদে কাওথোকখিদুনা হৌগৎলগা মযামগী হবাওবদুদা যাওখিবম্মী, নিংথৌ নাবা পুংফ ফখ্রে। লাইনুবাশিংদুসু মথৌ মঙম পাংথোকপা লোযববনিনা হনখ্রগে হাযবগা বাজকুমাবদগী বিদায লৌবগা চৎখিবমই। বাজকুমাবগী মথৌনা মবিংজেল লৈবা অমদি তৌবা ঙম্বদো উবদা নিংথৌনা থাগত্তুনা মীযামদা লাওথোকখিবগী মতুং ইন্না লৈবাক তঙ্খায অমা খাইবগে হাযনা হাযবকপদা বাজকুমাবনা লৌ হাযবা যাখিবমদে। নিংথৌনা লৌদবগী মবম হংলকপদুদা রাজকুমাবনা হাযবকখিবম্মী —— ঐদি লৈবাক তঙ্খায অমা পামদুনা পাংথোকখিবা থৌদাংসু নত্তে। সুপ্লগী মচা অমনা মপা অমগীদমক পাংথোকফম থোকপা থৌদাং অদুতনি পাংথোকখিবা। রাফম অদো হাযবল্লগা মমাগী মখুৎজেং পাযদুনা চৎলসি

লাকও হাযরকপদা মপাবুং নিংথৌনা খাল্লগা —— নমা-নচা রাবৌবগনু, ঐনা মপা অমা মপুবোইবা অমা ওইনা নখোযগী ইজ্জৎ থমদখৈ যাম্না রাহনখ্রে। ঙসিদি মাংখিবা ইজ্জৎ অদো থমদুনা বাজকুমাব নহাকপু ইপানা যুববাজ হপলে অদুগা নম্মাবুনা হান্নগী মহাবাণীগী ফমদা অমুক হঞ্জিলহল্লবনি হাযবা রাফমদো তাবদা তিল্লীবা মীযামদুনা মহাবাণীগী জয যুববাজকী জয হাযবা খোল্লাওনা সভাদো পুমনিন নিনখিবম্মী। মীযামগী নিল্লীবদো খাল্লগা নিংথৌনা লাওথোকখিবম্মী —— মবুক শেংদবা, নোংমদি লৈবাক মনুংদা রাথোক ওইবক্কদৌবা বাণী অতোম্বী মমা মচাদি অমুক লৈবাকসিদা লৈবা যাদ্রে, মখোযবু ঙসিমক তাম্নোক্লবনি হাযবল্লগা সভাদগী মহাবাণীগা যুববাজগা পুদুনা সনা কোনুংদা লেংশিনখিরম্মী। মীযামসু তপ্না তপ্না মযুমদা হন্নখিবম্মী।

মপুবোযবা লৈনা লৈনা মচা নুপাদা নিংথৌ হাপনিংলুবগী রাখল চেল্লুবী বাণী অতোম্বী মমা মচাদুদি কাহা-মাং খুজাই কাই তাদুনা তোকখিবম্মী। অমবোমদনা মতম খবা কাযনকুববগী মতুংদা নিংথৌ, মহাবাণী অমদি যুববাজ পুন্না লৈমিন্দুনা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখিবম্মী। * * *

# মোংফমগী শগোল

(রাসিয়া লৈবাক্কী ফুঙ্গা রারী)

থাযনা মমাঙউঙৈদা বাসিযা লৈবাক্কী খুঙ্গং অমদা লৌমী নুপা অমগী মচানুপা অহুমখক লৈরম্মী। নোংমা মচা অহুমবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হাযরম্মী —— ইপাদি অহল মতম ওইশিল্লক্লবনিনা শিগদৌবা যামশিল্লক্লে অদুনা ঐনা শিখ্রবা মতুংদা ঐগী মোংফমদা নোংমা কাইদনা হেক শিবা নুমিত্তগী নুমিৎ হুম্নী নখোয অহুম্না নোংমগী পাল্লী নাইনদুনা অচা-অথক তলনচিংবা থিল্লক্কদবনি। মদুদা মচাশিংনা হোয হোয পাবুং হাযনা খুমখিবম্মী। মতম খবা লৈরগা মপাদো শিখিবম্মী। শিববা মতুংদা মচিন মনাউ অহুম্না মোংফমদা পুবগা কোম অমা তৌবগা ফুমজিল্লম্মী। শিখিবগী অহান্বা অহিংদো মপাগী অচা-অথক থিনবগী পাল্লী মচানুপা অহলগী তারম্মী। অদুবু মানা চৎনিংদবদগী মনাউ নুপা অতোম্বদা চৎন্নবা হাযবদগী অচা-অথক পুদুনা অতোম্বদো মপাগী মোংফম চৎখিরম্মী। অহিং নোংযাই চল্লক্লবদা মোংফমগী লৈপাকদো নিক্তুনা মপাদো হৌগৎলগা —— সিদা কনানো লাক্লিবসে ঐগী ইচা নুপা অহল্লা ? হাযযু বাসিযা লৈপাক্কী ঈ-পাউ করিনো, হুইশিংনা লাক লাক্তুনা খোংলিবসিনা করিগীনো, অদুগা মোংফমসিদা লমহুইশিংনা পুনশিন পুনশিন্দুনা খোংলিবসিনা কবিগীনো ? মপাগী রাদো তাবগা পাবুং ঐ নচানুপা অতোম্বা ইভেননি বাসিযা লৈবাক যাম্না শান্তি ওইবি। মচাগী রাদো লোযফাত্রিঙৈদো

ও নঙ ইভেন ওইবে, কদায কদায ঐগী চানবশিংদো হাযরগা অচা-অথকশিংদো লৌদুনা চাখিরম্মী। চাব হেক লোযবগা মাগী মোংফমগী কোমদুদা চংখিবগা লৈপাকশিংদো মতো মতোমতা কোমদো মেনশিনখিরম্মী। ইভেনসু তপ্না তপ্না মযুমদা হনখিবম্মী। মথংগী নুমিৎ অদুদি যাইমাদুগী পাল্লী তাবম্মী। মদুদা যাইমাদুনা চৎনিংদদুনা মনাউ নুপা ইভেনবু চৎন্নবা থেল্লম্মী। মদুদসু ইভেন্না যানিংদবা উৎলমদে। অহিং মতম ওইশিল্লক্রবদা চান্ন থক্লবা পুদুনা মপাগী মোংফমদা চৎখিবম্মী। অহিং নোংযাই ওইরকপগা মমাঙগী অহিংগুম মপাদো হৌগৎলক্লগা রাহং কযা হংলকখিবম্মী। ইভেন্না হান্নগুম খুমখিবম্মী। চাব থকপা লোযরগা মপানা মোংফমগী কোমদা চংখ্রবা মতুংদা ইভেনসু মযুমদা হনখিবম্মী। নোংঙাল্লগা ইভেনগী মযাম্বশিংনা হংলকই —— পাবুংদি মোংফমদগী থোবক্তুনা নঙনা পুবিবশিংদো চাব্রা? চাই ইভেন্না খুমখি অদুগা অমুক হাযবকই —— নুমিৎ নিনিদি ঐনা চৎলে অবোইবা ঙসিসিদি নখোয কনানো অমা চৎলুবো হাযবকপদা মযাম্বা অনীদো মোংফমদা চৎপা কিবা অমদি মপাবুংনা হাযবমবদো শিখ্রবনিনা অমুক কৈদৌক্গদগে খন্দোক্লগা চৎলু হাযবা যাখিবমদে। মদুদা ইভেন্না নখোযনা চৎনিংদ্রবনিনা ঐদি পাবুংনা শিখ্রবসু মানা পামজনা হাযরম্বা রাফমদুদি ঙাক্কনি হাযদুনা হুমনিসুবা অহিং অদুদসু ইভেন মপাগী মোংফমদা চৎখিরম্মী। অহিং নোংযাই চল্লকপা মতমদা ইভেনগী মপাদো মোংফমগী

কোমগী লৈপাক অদো নিক্তুনা থোরক্লগা হংলকখিরম্মী —— ঙসি লাক্লিবসি ঐগী ইচা নুপা অতোম্বা ইভেনবা ? মানি পাবুং ইভেন্না খুমখি। রাসিযা লৈবাক্কী ঈ-পাউ তম্মু। হুই, লমহুইশিংনা খোংলিব্রা নত্রগা ঐগী ইচাশিংনা কপ্লীব্রা ? পাবুং রাসিযা লৈবাক যাম্না শান্তি ওইরি। নচাশিং কনাসু কপ্পা যাওদে। ইভেনগী পাউখুমদো তারগা মপাবুংনা ফরে ফরে অদু ওইরবদি কদায ইপাগী চানবশিংদো হাযরগা অচা অথকশিংদো লৌদুনা চাখিরম্মী। চাবা লোযরবা মতুংদা মপাবুংনা হাযবকই —— ইপানা শিদ্রিঙৈদা হাযরম্বা রাফমশিংদো নঙনা কবিসু অকি তুজুংবা পোক্তনা অহিং তাংলৌ অথেংবসিদা মোংফমদা লাক্লগা নপাবুং ঐনা হাযবম্বশিংদো পাংথোক্লবি। মমা- মপা নীংবা মচানা কৈদৌনুংদা লেম্না মাংফদে। নঙসু ইপানা হাযবা খুদিংমক ঙাক্লা চংলবনিনা নুংঙাই যাইফনা লেন্নবগীদমক শগোল অমা পিগে। শগোল অদো অহাংবা লমহাং অমদা লেপ্লগা অসুন্না কৌগদবনি —— ইপাগী মোংফমগী যাদুগী শগোল লাক্লো লাক্লো মদুদা শগোল অমা নুংশিংকী মমাং থানা লৈপাক নিকপা মখে চোং চোংদুনা চেল্লক্লগা নঙগী ননাক্তা লেপ্লনি। নঙনা শগোলদুগী যেৎ থংবা মনাকোংদগী ওইথংবদা ফাওদোক্লবদি নশক অদো হাযনিংঙাই লৈতনা ফজথোক্কনি। অদুগা ওইদগী যেত্তা ফাওদোক্লগনা নঙগী হান্নগী নশক অদো চপ চানা লৈগনি। শগোল অদুনা মীনা তৌবা ঙমদবা থবক কয়া মাযপাক্লা পাংথোকপা ঙমগনি। ইপা রারে পোখাক্লরগে হায়রক্লগা মোংফমগী কোমদুদা চংদুনা

হিপ্তখিরম্মী। ইভেনসু মপাবুংনা হাযরম্বদো চাংবু যেংগে হাযদুনা লৌবুক লমহাং অমদা চৎলগা ইপাগী মোংফমগী যাদুগী শগোল লাক্লো লাক্লো হাযনা কৌবদা কদোমদগীনো মফম খংদনা যাংনা চেল্লক্লগা ইভেনগী মনাক্তা শগোল অমা লেপ্লে। ইভেন্না শগোলদুদা মবাইবক অহুমবক কৎলগা চোংখত্তুনা ফল্লগা থৌদুনা মযুম মাযকৈ পাংখিরম্মী।

ইভেন্না মতম খবা শগোলদো অমুক কৌ অমুক থাদোকখি তৌদুনা মানা চৎনিংবা মফম কযা চৎলুববা মতুংদা মযুমদা হল্লকপা মতমদা লৈবাক্তুগী নিংথৌ মচানুপীদো থাজনবা সযম্বব অমা শিল্লম্মী। খুদুপ তরা নিথোই রাংবা শগাই অমদা বাজকন্যানা ফমদুনা লৈগনি মদু শগোল তোংদুনা চোংখত্তুনা শোকপা ঙম্বা নুপাদুদা বাজকন্যাবু লৃহোংদুনা পীবগা লোযননা মন্ত্রী ফম অমসু পীগনি হাযনা নিংথৌনা লাওথোকপতা নত্তনা লৈবাক্কী মনুং অমসুং মপান্দা দৃত কযা থাদুনা পাউজেলহনখিবম্মী। পাউদো তাবদা লৈবাক কযাদগী মতিক মগুণ লৈববা মীওই কযা লাক্তুনা থৌবমদুদা শরুক যাখিরম্মী। অদুবু হাযরিবা খুদুপ তরা নিথোই রাংবা শগাইদা ফমলিবী রাজকন্যাদো শোকপা ঙম্বদি লাইরদনা মনাক ফাওবা নকপা ঙম্নখিরমদে। অদুদা তিল্লীবা মীযমদুনা কনাসু ঙমদ্রে ঙমদ্রে হাযনবকপদুদা পুমনিন নিল্লীবদো তারগা নিংথৌনা হাযরকই ——— কনামত্তনা শোকপা ঙমদ্রবনিনা থৌবমসে মতাংসিদা লোযশিল্লগে হাযগে তৌবকপা তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো খংহৌদনা যাংনা শগোল থৌজিল্লক্তুনা ইভেন্না লাওরকপদো মীযাম্না তারম্মী,

ইনিংথৌ ননাই ঐহাক অমুক্তং লাইবক চাং যেংজগে খুদোংচাবা অমত্তা পীবিযু। মীযাম্না ইভেনবু মশক খংখিবমদে। নিংথৌনসু অবোইবা ওইনা নবাইবক যেংজবো হাযনা অযাবা পীখি। যাথং ফংলবদা ইভেন্না তিল্লীবা মীযামদো অহুমবক শগোল তোংদুনা নুংশিংকী মমাং থানা থৌদুনা কোইবল্লগা মিংনা কুম্পা মীকুপ্তা বাজকন্যানা শগাইদা ফমলিবদো চোংখত্তুনা শোকখিবম্মী। মীযাম্না শোক্লে শোক্লে হাযনবকপদা নিংথৌনা মচা নূপীবু নুপাদুদা পীবে হাযনা লাওথোকখিবম্মী। চাংযেংদুদা শরুক যাবম্বা মযাম্বা অনীদো ইভেনবু শক খংলমদে। ইভেন্না চংদুনা খুরুম্বদা কনানো হাযনা হংলকখিবম্মী। মদুদা ইভেন্না ননাউ ইভেন্নী হাযদুনা মপা লৈবিঙেদা মাগী যেংকী খুদাংদা ইভেন হাযনা থাবদো উংখিবম্মী। মনাউ ইভেন্নী খংলবদুদা কোনশিল্লগা কদাযদগী ফংলুবিবা শগোলনো অদুগা নঙগী নশক্তুনা কবম হাযনা ওনখ্রিবনো হংলকপদা ইভেন্না মপাগী মোংফমদা অচা অথক থিনবা চৎপদুদা মপানা পাউতাক অমদি শগোলসিবু পীবকপনি হাযনা খুমখি। মদুদা মযাম্বা অনীদুনা —— ঐখোযসু পাবুংনা হাযবা ইল্লম্লবদিকো হাযদুনা তকশি শোনদুনা মযুমদা হনখিবম্মী।

মমা মপা নীংবা, অহল লমনবু লাইমকনি খন্দুনা মযাথংবু লৈমাযদা তাহন্দবা ইভেনদো নিংথৌ মচানূপী লৌবগা লৈবাক্কী মশক নাইবা মন্ত্রী অমা ওইদুনা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখিবম্মী। * * *

# হিংচাবীগী অরোইবা য়াহিপ

থাযনা মমাঙঙৈদা ইউবোপকী অচৌবা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমগী লিনি কৌবা মচানুপা বাজকুমাব অমা লৈবম্মী। মাগী খ্বাইদগী অপাম্বা হাযববু শাদান্ননী। মহাক্কী মপোক কুমওন চহী কুন মাথোই সুবকপগী থৌবম পাংথোক্লবগীদমক বাজকুমাব মশামক যাওবা লৈবাক মীযামগা লোযননা অচৌবা ঊমং অমদা শাদান্না চংখিবম্মী। ঊমংদুগী মাইকৈ মবিদগী কোযশিন্দুনা ধোন থিনবনা থিনবা লাও খোংবনা খোংবা ঊমংদো মীযামগী খোল্লাওনা পুমনিন নিনখিবম্মী। মাগী মাগী মবাইবক্তা তম্বা শা কযা হিংনা ফাবা যাউ হাৎপা যাউ তৌবিঙৈদা মমশিল্লকপদগী মীযামদো মবী মবী ঊমংদগী থোবক্লবগা মযুম মযুমদা হন্নখিবম্মী। অদুবু বাজকুমাবদি ঊমংদুদগী থোবকখিবমদে। অযুক্তা বাজকুমাবগী পাউদো তাবদা মীযামদো অমুক হন্না ঊমংদুদা চংখিদুনা বাজকুমাববু থিখিবম্মী। অদুবু কনামত্তনা লিনিবু থিবা ফংখিবমদে। অহিং অমুক ওইশিল্লক্লবদুদা মীপুম খুদিংমক নীংবা কাযনা মযুমদা হন্নখিবম্মী।

বাজকুমাব মাংখিবা নোংমদগী চযোল, চযোলদগী থা থাদগী চহী ফাবক্লফাও মাবু থি খংখিবমদে। নিংথৌনা মচা লিনি মাংখিবদা রাখলনা পম্লুংফম খংদঙৈ অরা-ঈপাক্তা তাউখিবম্মী। মদুগা মচাগী লিখুন অমা খংদনা লৈবকপদুদা মমা মহাবাণীদি কম্পনা মথৌদাং ওইখিবমই। নিংথৌনা

লৈবাক শিন্দুনা পাউজেলহনখ্রে, কনাগুম্বনা বাজকুমাব লিনিবু ফংদুনা পুবকপা ঙম্বা মীওইদুদা সনা-লুপা মোন মোন্না খুজিং ওইনা মনা পীগনি হাযনা। পাউজেল অদো তাবদা লৈবাক মীযামদো খরনা সনা-লুপা মীহৌবদগী থিবা খবা অমনা রাজকুমাব মাংখিবদগী নিংঙমদদুনা থিবা চৎখিবা খুদিংমক অবেম্বা তাদুনা অমুক হন্নবকখি।

বাজকুমাব মাংখিবগী পাউ খবা থেংনা ওইববসু লৈবাক অদুগী যাম্না মনুং হনজিন্‌বা মফম অমদা লৈবী হেলগা কৌবী নূপী মচা লৈশাবী অমনা তাবম্মী। হেলগা মথৌনা লৈবী, মবিংজেল খাবী, লাইব অনংগীদমক ওইববদি মপুন্সি কংথোক্লগে খঞবী হেলগা বাজকুমাববু থিবা চংলগে হাযনা মাগী রাখল চপযুংনা লেপখিবম্মী। নোংমা মানা অচা অথক খবা যোমশিল্লগা থাং মচা অমা পাযদুনা বাজকুমাববু থিবা মযুমদগী থোক্কুনা চংখিবম্মী। মানা চীং-মান, ঊমং-রামং, পাৎ-তুবেলনচিংবা কযা লান্দুনা অসুম চংপদা অঙকপা ঊমং অমা থেংনকুবে। ঊমংদুদা হবি নোংনাং, তাম্না অমদি করিগুম্বা উচেক অমত্তগী খোঞ্জেল তাবমদে। হৌবিবা ঊশিংদুসু তুমিন তুমিননা লেম্পগুম তৌই। ঊখোংশিংদুসু শিং শিং নাল্লী ঊনা অমত্তা কেন্দুনা তাবা উদে। শা-ঙা লৈবগী খুদমসু অমত্তা ফংলমদে। জীব পানবা কাং- তুমিং ফাওবা হেলগাগা থেংনবমদে। নুংশিংসু লিবি লিবি শিংপা নত্তনা কন্না শিংলমদে। পোকপদগী কিবা খঙদনা চাউরক্লবী মা

ফাওবা ঊমংদুগী ফীভম-মওং মতৌ উবদা অকিবা ফাওখিবম্মী। মানা কিবোই হঙোইবোই তৌদুনা অসুম চৎপদা নুংযাওনা থল্লবা চীং অমগী চীংচেপ্তা সুকং অমা লৈবা লাপ্তক্লা উবম্মী। মানা সুকংদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা ঙৈহাক ফমথবগা যেংবদা কবিগুম্বা জীব অমত্তগী চংখিবা থোকখিবগী মমি তাবা উবমদে। মদুদা মানা অমবু ওইবে অমবু ওইবে লাইনা তম্বা অমা লৈজবমগনি নীংদুনা হেলগানা সুকংদুগী মনুংদা পবপ পবপ চংখিবম্মী। মানা চংখিবদা সনাগী কাংথোল অমদা মশক মতৌ ফজখ্রবা পাখং অমা তুমদুনা লৈবম্বদো থেংনবম্মী। মানা মশা নোমদুনা হৌদোকপদা মীকপ থোকহন্‌বা ঙমখিবমদে। অসিবু বাজকুমাববু ওইবিদ্রা নত্রগা অতৈ কনাবু ওইবিগবা হাযনা খঞ্জনবিঙেদা সুকং মনুংদা নোংলৈ নুংশিৎকা লোযননা কবিগুম্বা জীব অমা চংলকপগী নাসোন ফংবদা হেলগা যাংনা নুপাদুনা হিপলিবা কাংথোল মখাদুদা চংদুনা লোৎখিবম্মী । চংলকলিবদো হিংচাবী অমা ওইবমলে। মানা মীনম নম্মীদা হাযনা খংলাও লাওবকপদা হেলগদো কিবনা মশা পুম্বা চেঙ খৈবগুম নিকখিবম্মী। হিংচাবিদুনামুক এ অসিদি ঐগী বাজকুমাকী হকচাংগী মনমনিনা হেক হাযবকপদা হেলগাগী চেনখৎলুববা মীহুনশিংদো তপ্না তপ্না মফম মফমদা হজিনখিবম্মী। তুমলিবা পাখংদো মখোযগী মাংখিবা বাজকুমাবদুনি খংলবদা অকিবা মবক্তুনা নুংঙাইবা অমসু ফাওখিবম্মী। ঙৈহাকী মতুংদা হিংচাবীদুনা বাজকুমাববু তুম্বা হৌদোক্লগে

নীংলদনা মাগী ঈশৈদো শক্পা হৌরকই।

" ঙানু কাংঙা অরাংবী
ঐগী নাক্তা পাইদুনা লাক্লো
মিববা খোঞ্জেলনা ঈশৈ শক্লো লাও
বাজকুমাবগী মমিত্তগী তুমনিংবা কোকহল্লু।"

হিংচাবীগী ঈশৈদো লোযফাত্রিঙৈদা কদোমদগিনো খংহৌদনা ঙানু কাংঙা অবাংবী অমা পাইবক্লগা লিনিনা তুমলিবা সনাগী কাংথোলদুদা থেংলল্লগা খুদক্তা মফম খংদনা মাংখিবম্মী। বাজকুমাবসু মমিং নোইব নোইবদুনা হৌগৎলক্লগা ফম্লম্মী। হিংচাবীনা লিনিগীদমক পুবকলিবা হৈবাশিংদো পীশিনবদা বাজকুমাবনা শাওনা চাবোই হাযদুনা ইম্বোবকখিবম্মী।

ঐবু লৃহোংদুনা লৌ হাযবসে নঙ যাবব্রা ? হিংচাবীনা হংলকপদা বাজকুমাবনা নঙবু ঐনা লৃহোংদুনা লৌবা ? শকথিবী হিংচাবী নঙবু।

বাজকুমাবগী রাঙাংদুদা হিংচাবীদো শাওনিংলম্মী, অদুবু অশাওবদো ফাদবগা ঐবু কবম্না লৃহোংদুনা লৌবোইদৌইনো ? নঙ লৃহোংবা শোইদনা যাবা তাবনি, নত্রবদি নপুন্সি চুপ্পা ঐগীসিদা বন্দী ওইনা লৈবা তাই। হাযবল্লগা মাগী তুমহনবগী ঈশৈদো শকপা হৌবকই।

"ঙানু কাংঙা অবাংবী

ঐগী নাক্তা পাইবক্লো
লিনিগী মমিত্তা হাপ্পম্মু তুমনিংবা
থা তবা নিথোই তুমগনি লিনি।"

ঙানুদুনা পাইবক্লগা ফমুংদুদা থেংবগা বাজকুমাব অমুক অশিবগুম তুমখিবম্মী। হিংচাবীদুসু অকিবা শহুম অমা লোযননা সুকুংদগী যাংনা থোক্তুনা চংখিবম্মী। হিংচাবী চংখ্রে খংলবদা লৈশাবীদো তপ্না তপ্না কাংথোল মখাদগী থোক্লক্লগা হিংচাবীনা শকখিবা তুম্বা হৌদোকপগী ঈশৈদো শকপদা ঙানুদুনা পাইবক্তুনা কাংথোলদা থেংলম্বদা বাজকুমাব শাওনা হৌগৎলক্লগা ঙাংলম্মী, শকথিবী হনুবী হিংচা কোচাবী কবিগীনো নঙনা ঐগী তুম্বা থুগাইবিবদি? মমিৎ নোইব নোইবদুনা যেংথোবকপদা হেলগা উবদা ঙক্লা নঙ কনানো হংলকপদা হেলগানা থৌদোক পুম্বা লিখিবম্মী। অদুগা হেলগানা ঐখোয মফমসি থাদোক্তুনা চেনখ্রসিবা হাযরকপদা চেল্লবসু হিংফম লৈতে হিংচাবীনা শোইদনা ফাগনি, বাজকুমাবনা যাম্না নীঙমদনা খুমখিবম্মী। চুম্মী যেক্লা তিংখংদি মক ফুক্তুনা লংথোকখিবা তাবনি। নত্রগদি অপন্বা খুরৌ চেন্বা কযা লাক্কনি। অদুনা মাবু মাংহননবগীদমক নহাক হিংচাবীনা হাযবা খুদিংমক যাশিননবা তাই। অদুগা মা কদাযদা চংলি, কাংথোলসিদা ইরিবা মযেকসিনা করি হাযরিবনো হাযবসে ফজনা খংদোকপা তাবনি। হেলগাগী রাফমশিংদো লিনিসু যানিংলম্মী। হিংচাবী লৈতবা মতমদা মখোয অনী করম্বা পাম্বৈনা

নাম্ভোক্তুনা চৎপা ঙমগদগে হাযবগী ৱাবী কযা শান্নদুনা নুমিৎ কযানি লেনখিবম্মী।

নোংমা বাজকুমাবনা তুমশিন্নবিবদো হিংচাবীদুনা লাক্লগা ঈশৈ শক্তুনা হৌদোক্লম্মী। লিনিনা তুম্বা হৌগৎলকপা শানা হৌগৎলগা হিংচাবীদা ওনশিল্লগা ঐগী থৱায ওইবী নঙবু মতম শাংনা ইনাক্তা লাকখিদ্রেদা ? নঙবু কবম্বা মতমদা লৃহোংলগা ঐগী তালোই শিংদা চনগদগে খন্বদা ৱাবে। বাজকুমাবগী মচিন্দগী নোংমতসু তাখিদ্রবা ৱাহৈ অমা তাবদা হিংচাবীদো ইকায নুংশি যান্দুনা কেথা নৌথদুনা মমায নোম্ভদুনা লৈবিঙৈদা বাজকুমাবনা মখদাং পাযদুনা মমায হাইগৎপিবগা ঐবু থাজৌ ঐনা নঙবু লুহোংদুনা শোইদনা লৌবগদবনি। অদুগা ঐগী ৱাফম অনীখক্তি নঙনা ঙাকপা তাই। হিংচাবীদুনা নৌথাখিদুনা মৌ অনৌবীগুম্না খোঞ্জেল পিক্লা কবম্বা ৱাফমনো হংলকই। মদুদা লিনিনা কাংথোলসিদা ইবিবসি করি হাযবিবনো, অদুগা নঙনা মতম শাংনা শাংনা কদাযদনো চৎলিবা ? হিংচাবীদুনা ৱাহংদুগী পাউখুম পীযু হাযবা যাখিবমদে। মদুদা বাজকুমাবনা নুংশিনবা শাজনন্দুনা মাগী অবিবা খোংনাং পাম্বীদগী চোমথৱকপা মাবা মাল্লবা মশমদো নানবিবগা নঙদি ঐগী ওইৱগদৌবীনী, কবিগী ঐঙোন্দা ফোংদোকনিংদদুনা অৱোল অথুপ থমলিবনো ? নঙ ঐবু থাজদ্রমলে হাযদুনা অমুক মশা পাযদুনা বাজকুমাবনা হংলকপদা হিংচাবীদো থম্মোয ওনখ্রমালে পুম্নমক শিং শিংনা শেংনা

হায়দোকখিরম্মী  কাংথোলসিদা থাব্রিবা মযেক্তি অসিনা হাযরমলগা কাংথোলদা ফমমম্বদগী হৌগত্তুনা খরা চংথোক্লগা হাযবকই ।-

"নুংশিং নঙগী উগী পুংদো যৈববো
ফক পুবক্তুনা ঐবু ফমহল্লো
পুদুনা চংলু মফম খংদনা
ঐগী অপাম্বা মফমদো যৌনন্বা ।"

হাযবিবা ঈশৈসে হেক কাংথোলসিদা থেংদুনা শকপদা ফক অমা পাইদুনা লাক্কনি মদুদা তোংদুনা নঙনা চংনিংবা মফমদুদা চংপা যাগনি। অদুগা ঐনা মতম অযাম্বদা যেকম অমা শংদুনা লৈবদগী নঙগী ননাক্তা মতম শাংনা লৈবা ঙমদ্রিবনী। হিংচাবীগী রাদো লোযফাত্রিঙৈদা লিনিনা ঙক্লা কৈদৌনা যেকমদো শংলিবনো অদুগা যেকম অদুনা মফমকৈদা লৈবগে ? মদুদা হিংচাবীদুনা মখা তাবকই ——— যেকম অদুদা ঐগী থরায যাওবি, সিদগী নোংমগী লম্বী চংলগা চহী লীশীং তবা হেন্না পুন্সিবক্লবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোংদা যেকম অদো থমলি হাযবল্লগা ঐ যান্না থেংখিদৌবে, লৃহোংবগী পাউসু ইমান্নবী খবদা পীকখিগে, নঙ তুমলম্মু হাযবগা মাগী তুমহন্‌বগী ঈশৈদো শক্তুনা বাজকুমাববু তুমহল্লম্লগা হিংচাবীদো যাংনা থোক্তুনা চংখিবম্মী। হিংচাবী চংখ্রবা মতুংদা হেলগানা কাংথোল মখাদগী থোরক্লগা তুম্বা হৌদোকপগী ঈশৈদো শকপদা ঙানুদো পাইরক্তুনা কাংথোলদা

থেংলবদা বাজকুমার মীকপ থোক্কুনা হৌগৎলক্লগা হেলগা ৱারী শান্নববা মতুংদা বাজকুমারনা মাগী লিকং তেনশিংদো পাযখৎলগা হিংচাবীনা তাক্লম্বা মখোযবু পুবা ঙম্বা ফক অদো অসুম হাযনা শক্কুনা কৌখি -

"নুংশিং নঙগী উগী পুংদো যৈববো
ফক পুবক্কুনা ঐখোযবু পুববো।
ঐখোযগী অপাম্বা মফম চহী লীশীং তবা
পুন্সিবক্লবা মখোংদা যেকম লৈবা
খোংনাং পাম্বীদুগী মনাক্তা।"

ঈশৈদো শকপদা কদোমদগীনো খংহৌদনা ফক অমা পাইবক্কুনা লাকখি। মদুদা বাজকুমাব অমদি হেলগানা কাখৎপগা ফক অদো মতোমতা পাইবগা সুকুংদগী থোক্কুনা চীং-মান-পাৎ-তুবেল, উমং-ৱামং কযা লান্দুনা চৎলবগী মতুংদা ৱাংনা পাইবম্বদগী তপ্না তপ্না নেমথখিবম্মী। নেমথবকলিবা মফম অদো চহী লীশীং তবা হেন্না পুন্সিবক্লবা খোংনাং পাম্বীদুগী মপাদনী মফম অদো লৈচিন নোংফাইনা কুপশিন্দুনা লৈবদগী নিংথিনা উবা ফংলমদে! অদুবু লূহোংলনি খন্বদগী নুংঙাইবা ৱাখলদা তাউদুনা মমীৎ উইশিল্লগা ঊদুদা ঙাবগা ফমলিবী হিংচাবীদো মমি-শামী ওইনা উবা ফংখিবম্মী। যেকম অদুসু মমাংদা লৈবা উবদগী বাজকুমাবনা খুদক্তা তেঞ্জৈদো লিরুংদা থোংলগা কাম্পদা পান্দুনা পোখাযবদগী যেরুমদুদগী থোবকপা শংবান্নবা

মহি অদুনা মফমদো লৈচিন নোংফাইগুম ইশং শংনা ঙৈহাক পাইবল্লগা অমুক শ্বাই লাওনা মাংখিরম্মী। শিবমদাইগী মতম ওইরক্লবদুদা হিংচাবীদো লেংবা খোৎপা ঙমখিদ্রে। মানা নিংঙমদনা লাওবকখিরম্মী —— অ কযাতা লাকচখ্রবনো। মীগী অশেংবা থম্মোয থংদনা লৌনম রাহে খবাদা থাজরুদনা ফোংদোকলোযদৌবা নুংগী ওইবা অচেৎপা রাফম কযা খংহল্লুবদগী অশিবগী খযাত্তা তাবেদো হাযবল্লগা ফমলম্বদগী উপ্পা হাইদদুনা হিংচাবীদো অবোইবা যাহিপ তানখিবম্মী।

হিংচাবী শিখ্রবা মতুংদা ফক্তুদা ঈশৈদো থাদুনা শক্লগা কোনুং পাংনা পাইদুনা চৎখিবমই। মাংলুববা মচাবু অমুক হন্না ফংলবদা সনা কোনুংদা নত্তনা লৈবাক পুম্বা হবাও নুংঙাইবগী ঈথক ঈপোমদা তাউখিবম্মী। রাজকুমারনা মপাবুংদা হেলগা নৎলমদ্রবদি মহাক কৈদৌনুংদা মফমদুদগী নাম্বোবক্তুনা লাকপা ঙমলোয অমদি হেলগাগী মবৌশিং মথৌনা লৈবগী রাবী কযা লিদুনা তাহনখি। রাহৈশিংদো তাবগা নিংথৌনা হেলগাবু যেংলগা নঙদি শিজ কোন্দা লৈবগী মতিক চাববী অমা ওইবল্লে। নিংথৌ ঐহাক্লা লৈখিদ্রবা মতুংদা লৈবাকসিদা নিংথৌ খুবম মুৎখ্রগদ্রা হাযনা চিংনবমবদো নঙনা কোকহল্লবনিনা নঙসে ঐগী ইমৌ ওইরগদবনী হাযবগা যাংনা হেলগাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিং যাওহন্দুনা বাজকুমাব লিনি অমসুং হেলগাগা লূহোংবিখিরম্মী। লূহোংলবা মতুংদা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি।* * *

# মরূপ কায়নবা

(চাইনা লৈবাক্কী ফুঙ্গা রারী)

থাযনা মমাঙঙৈদা চাইনা লৈবাক্কী সহব অমদা যাম্না লাইববা নুপা মচা অমা লৈবম্মী। মাগী মমীং লু-চুন কৌই। সহবগী লম্বীদা ভিক্ষা নিবনা মাগী অমত্তা ঙাইজববা পাম্বৈ ওইবমই। লু-চুন পোকপদগী মমিৎ অনীমক উবমদে, মা মীৎতাংবনি অদুনা মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা নোংমা নোং-নুশিৎ যাম্না কন্‌বা অহিং অমদা মপানা মযুমদগী চহী তরুক্তুং সুজবিবা লু-চুনবু তাম্বোকপিখিবম্মী। মপানা হাযখিবা রাহৈ - নঙদি কবিসু কান্নবা অমা নত্রে। নঙগী লৈফমদি যুমসিদা লৈতে। পৃথিবীগী মফম অমদা নঙগী লৈফম থিজক। রাফমদো নীংশিং নীংশিংদুনা কপ কপ্তুনা লু-চুন নোংজু অহিংগী অখাক অবাও মবক্তুদা মযুমদগী থোক্তুনা মাগী মকপ ফেন কৌবা হুই অদুগা লোযননা চৎখিবমই।

ফেন্না মতম পুম্বদা মাগী মকপ লু-চুন্‌বু মতোমতা থাদোক্লমদে। লম্বী ফত্তবা অকুৎ অতোং লৈবা মফম ওইবগদি মনগন্দা তোংহল্লগা লাম্বোকপি। লু-চুন্না মশা ঙমদ খোত্তা যাওদুনা ভিক্ষা নিবা ঙমদ্রবদি ফেন্না মকোক যুংলগা মখোং অনী মথক্তা থাংগত্তুনা সার্কাসকুম উত্তুনা মীযামদগী পৈশা খরদি ফংননবা হোংনখিবম্মী।

লু-চুন্না মযুম থাদোক্লকপা চহী মরি হাযজিল্লক্লে, অদুবু মাগী লৈফম তাংদাংবা অমা লৈরমদে। নোংমা মানা ফেনগা লোযননা ঊখোংমদা

যাইবেক্লম্মী। অহিংদুদা লু-চুনগী মমঙদা লাইচনু অমা লাক্লগা কৌদুনা হংলম্মী। নঙ ঐবু উব্রা ? ঐদি কবন্না উগনি, মীত্তি উদনা লু-চুন্না খুমখিবম্মী। ঐদি খংলুদ্রে নঙ রাবৌগনু হাযনা লাইচনু অদুনা হাযবকপদা লু-চুন্না কবিসু রাবৌজদে, ঐগী মীৎসি উবা ঙম্বগী পাম্বে অমত্তং পীবিবম্মু হাযবা রাফমদো তাবদা লাইচনুদুনা হাযবকই —— হৌজিক্তি মদু যাদ্রি নঙগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না মহয ফংলক্কদবনী। অদুমকপু ঐ নঙোন্দা শক্তি অমদি পীবম্‌গে, নঙনা অহানবা ওইনা অফবা কর্ম্ম অমা তৌবা ঙম্লবদি মমীৎ উবা মীনা অখংবা মফমদো মমীৎ উইশিল্লগা ফজনা লাকশিনবা ঙম্বগুম নঙসু ঙমগনি হাযবল্লগা চংখিবমই। লু-চুন্দো মমঙদা যান্না হবাওবমই অদুবু মংফাওনববা মতুংদদি কবিসু ফংদবা, কবিসু ওইদবগুম তৌখি। মানা ভিক্ষা নিকুনবা ফেনগা লোযননা লম্বীদা চৈশুদুমা শু-শুদুনা চংপদা ভিক্ষাবী অমনা হাযবকপদো লু-চুন্না তাখি। কনা ওইববনো পৈশা অমদং হাপ্পীবম্মু, রাফমদো তাবদা লু-চুন্না মীদুগী মনাক্তা চংদুনা লেপ্লগা ঐসু মীৎ উদবা ভিক্ষাবী অমনি হাযবদা নিবিবদুনা হাযবকই নঙদি নবাইবক্তুম ফবি চংপসু ঙমলি। ঐদি মীৎসু উদে, খোংসু তেকই। রাফম অদো তাবদা লু-চুন্না নুংঙাইত্রদুনা মাগী ফবিৎ খাওদা যাওবিবা পৈশামদো লৌথোক্লগা থাদবদা নিবিবা নুপাদুনা পৈশা তাবগী মখোল তাবদা অফিং অফাই তৌদুনা মাদুনা খুল্লগা মাগী পত্রদুনা হানশিল্লগা লু-চুন্দা হবাওনা মখুৎ অনী থাংগত্তুনা আর্শীবাদ পীরকখি।

লু-চুন্না নুপাদুদগী খজিক্তং লানখক্তুনা চৎপদা মমীত্তা মঙাল অমা ফংবগুম মাগী থম্মোযদা ফাওবকখিবম্মী। মানা নুমিৎ চুপ্পা অমা নিরুরবা মতুংদা নুমিৎ তাখিদৌবে হাযনা অসুম চৎখিবদা অকাযবা মন্দিব অমদা থুংলরে। মন্দিবদুদা মবক মবক্তা ভিক্ষাবীশিং অদুমক লেক্লম্মী। নুমিত্তুদসু খবা লৈবগী নাসোল লু-চুন্না ফংখিবম্মী। মানা মাগী শেগাইববা ফী খবদো থাদুনা হেক ফমথবগা হনুবী ভিক্ষাবী অমনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হাযবকই ঐদি যাম্না শোল্লে নিবসু চৎপা ঙমদ্রে, যাসিদা কবিগুম্বী অমত্তা তাবক্তবা নুমিৎ হুন্নী সুবক্লে। নঙগী চান্নবা অচাপোৎকা লৈববদি ঐঙোন্দা খজিক্তং পিজৌবা হাযনা নিবম্মী। মদুদা লু-চুন্না নুমিৎ চুপ্পা অমা চাদা থক্তনা নিকুববা মতুংদা মাগী অমদি ফেনগীনি হাযদুনা পুবকপা তলঙ্গং অমখক অদো পীথোকখিবম্মী। মদুদা হনুবীদুনা হবাওনা লৌবগা হাওনা চাবগী মখোন্দো তাবদা লু-চুন্না থনখিবম্মী - ঐনা মীৎ উবম্বা থোক্লম্লবদি অবাম খৌবাংনা লৈবম্লবা হনুবীসিনা চাবিবসে উবমদবনি হাযনা। রাফম কযাসে খল্লুবদা লু-চুন মমিত্তগী মপি শিন্থখিবদো মশানা খাম্বা ঙমখিবমদে। ফেন্‌বু রাবৌগনু হাযদুনা মকোক্তা নুংশিনা নানবীবগা হিপ্তুখিবমই। হিপ্তুখিবগা মমীত্তো উবগুম মঙাল অমা ফাওবকখি, মদুদা লু-চুন্না লাইচনুগী রাহৈদো নীংশিংদুনা চুমগদৌবা মাল্লে খঞ্জখিরমই। মানা মনাক্তা লৈবিবী হনুবীদুদা ওনশিল্লগা অবোক ঙসি অহিংগী থাজসে কোইরংনৈকো হাযনা হংবদা

হনুবীনা চুম্মী ইবুঙো ঙসিদি পুর্নিমা নুমিৎনি অদুনা কোইবিবনী হায়রকপদা, লু-চুন মানা হাযবা চুম্বদুদা যাম্না হবাওবমই। অহিংদো রাখল নুংঙাইনা তুম্লগা অযুক হৌগৎলকপদা মশাদো চাবাম চদৎন্দুনা যাম্না শোল্লম্মী। অদুনা অমুক ভিক্ষা নিবা চৎলম্মী। অদুবু নুমিৎ যুংলফাও কনাগুম্বা অমদগী পৈশা অমফাও ফংলমদে। যাম্না মশাদো চোকথবদগী উপাম্বী অমগী মখোংদা ঙৈহাক্তং পোত্থাবম্মী, মদুদা যেন্‌বি অমনা মচিঞ্জাক থি থিদুনা মখোযগী মনাক্তা লাকপদো ফেন্না উবদগী চোংশিন্দুনা লাক্তুনা হাক্তোক্লগা লু-চুন্দা পুবক্তুনা পিবমই। মানা কবিনো হাযদুনা নান্দুনা যেংবদা যেন্নী থংবদগী মী উখ্রনী থন্দুনা ফিনা যোমশিল্লগা পুদুনা কৈথেলবোমদা চৎখিবমই। কৈথেল যৌবগা থাদুনা যোনবদা নুপা অমনা লাক্লগা লৈবগা পুদুনা চৎখিবম্মী। লু-চুন মখুত্তা পৈশা খবা লাক্লে অচা অথক লৈবা কোন্নবনি থন্দুনা ফুবিৎ খাওদা হাপশিল্লগা লাকপদা মাবু নুংতিগী উবা মী খবনা পৈশা অমা অনী তৌদুনা পীবম্বসু মযাওই। অযুক্তা খরা রাকববসু নুংথিন্দদি মাগী অফবা মতম হাযবদো ওইখ্রে। মীনা পীরম্বা পৈশশিংদুদগী চান্নবা খবা লৈবগা মানা লেকলুবা মন্দিব অকাযবদো তম্না চৎখিবমই। মন্দির যৌরগা অচা অথকশিংদো পুথোক্তুনা ফেনগা চামিন্নবগা অহিংদো যাম্না নুংঙাইনা তুম্বদা মমঙদা লাইচনুদো লাক্লগা যাম্না শাওনা ——
নঙবু অফবা রাখল খল্লু, অফবা কর্ম্ম তৌ হাযরগা করিগী পাপ লংজবা

থবক তৌরিবনো ? পাপকী মহযদি নঙ খংলব্রা ? অদুগুম্বা কাবন তাবা থবক তৌববদি নঙগী নম্মীৎ অদো উবগী শক্তি কৈদৌনুংদা ফংলবোই হাযবল্লগা লাইচনুদো মাংখিবম্মী। অযুক তুম্বা হৌগৎলকপা লু-চুন রাখল যান্না নুংঙাইবমদে অদুনা ঙরাং যেন হাৎখিবা মফমদো তান্না চৎখিবমই। মফমদো যৌবদা নুপা অমনা মবক মবক্তা লোক শিথা শিথা খুদুনা ফমদুনা লৈবিবদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা ইযাম্বা শ্বাইদা কনা যেন লোইবকা যাওবগে ? ঙবাংদো ঐগী ফেন্না তান্নদুনা ফাবগা হাত্তোক্লুবে। রাফমদো তাবদা নুপাদুনা ফেন্দা যেংবদা ফেন্না শোইখ্রে হাযবগী মওংদা মমীৎ উইশিল্লগা মঙক নোম্থখি। নুপাদুনা অমুক হাযবকই অদুগী লাইবকথিবা মীদো ঐনি। ঐদি হকচাংসু পাংদে, শেলসু পাযদে, যেন খবা লোইবগা মকুম খবা যোন মচা খবা যোন্দুনা লেঞ্জবিবনী রাফমদো তাবগা লু-চুন্না হাযখিবমই —— ইযাম্বা থোকখিবদি থোকখ্রেদো মতুংদা অমুক থোক্লবোই, ঙবাং যেন্দো শিরবা মতুংদা ঐনা কৈথেন্দা পুখৎলগা যোল্লুই মদুদা ফংলকপা পৈশাশিংদো অমত্তা কাযদনা লৈবি, মসি পাযশিনবিযু হাযদুনা শিন্নখিবমই। পৈশাশিংদো পিখিবগা লু-চুন মমীত্তা মঙাল অমা লাকপগুম তৌখি।

লু-চুন ভিক্ষাবী অমা ওইজববসু মাগী অঙম্বা থক্তা মীগী মতেং পাংনন্‌বা হোৎনখিবদগী মমীৎ অদো উবা ঙমদ্রবসু রাখলদা অযুক-নুংথিল, নুমিদাংগী খেন্নবা খংবা ঙম্লক্রে। মানা ফেনগা লোযননা অসুম চৎখিবদগী

'হুরা হু' (অরাবা) তুবেলগী মপান যৌখিরমই। তুবেল মপান্দুদা মখোযনা ফমলিংঙৈদা ঈশিংদা ঈরাক্লরবা নুপা অমনা কন্না ঐবু কল্লু হাযনা লাওবকপদো তাবদগী লু-চুন্না মাগী চান্নববা মরূপ ফেন্দা নুপাদো কল্লুনবা হায়বদা ফেন্না কন্না চেনখ্রগা তুবেলদা চোংথখিবা অমদি ঈশিংগী ঈথক ঈপোম যাওনা চেল্লীবা মখোলদো লু-চুন্না তাবম্মী। ঈবাক্লকুববা নুপাদুনা কাখৎলক্লগা ইবুংঙো নঙগী হুইদুনা ঐবু কন্বগীদমক থাগৎলি হাযনা লু-চুনগী মশাদা হেক মখুৎনা শোকপগা লু-চুন মমীৎ পুংউ উখি। মমীৎ উবদগী ফম্লম্বদগী হবাওনা হৌগত্তুনা চোং চোংদুনা ঐ মীৎ উবে, লু-চুন ঐ মীৎ উবে হাযবকপদা নুপাদুনা ঙক্লা নঙবু লু-চুন কৌই হাযবা ? হোয ঐগী মীৎ লু-চুন্নী। ঐনা চহী তরুক্তুং সুবকপদা অখাক অবাওগী নোংজু অহিং অমদা ইপানা ঐবু যুমদগী তাম্বোকপিবকপনী। রাফমদো তাবদা নুপাদুনা নঙগী ফত্রবা নপাদো ঐনি। ইপা কোনগে লাও হাযদুনা লু-চুন্বু নুংশিনা কোনবিবম্মী। মমীৎ উবগী ঙৈহাক নুংঙাইরুবদা কাওথোকলুববা মাগী মরূপ ফেন্বু উদবদা মপাদা হংবদা, মপানা নঙগী মরূপতুদি অমুক হিংলম্লবোই ঈশিংগী কল্লবা ঈবৈ অমনা চেম্বদুনা পুখ্রে। রাফমদো তাবদা লু-চুন্না চেনখিদুনা ফেন্না ঈশিংদা চোংথখিবা মফমদুদা লেপলগা তেংথা নাওইনা ফেন্বু কৌদুনা কপখিবমই। পুন্সিগী অরাবা লমদাং কযাদা শরুক যাম্নিবক্লবা লু-চুনগী অচান্বা মরূপ ফেন্বু মপুন্সিগী ওইনা কাযনবা তাখিরম্মী।* * *

# অশেংবা মরূপ

থাযনা মমাঙঙৈদা লৈবাক অনীখক্তা নিংথৌ অমমমনা পান্দুনা লৈরম্মী। মতমদুদা চহী নৌনা লূহোংবগী চৎনবী লৈবম্মী। নিংথৌ অনীমক অমনা পিবা অমা অমনা নিংঙোল অমা যাওবম্মী। বাজকুমাবনা চহী তরা মাথোই সুবকপদা বাজকুমাবীসু চহী মপাল সুবম্মী। বাজকুমাবগী মরূপ মন্ত্রীমচা অমদি বাজকুমাব়ীগী মতাবোই মন্ত্রী মচা নূপী মথোয় মবি নোংমতদা হায়না শিন্দুনা লুহোংখিবম্মী।

বাজকুমাব, মন্ত্রীকুমাব মতম লৈবখিবিক্তা থাদোক্লদে। মহৈ তম্বদা, শান্নবদা অমদি শাদানবদসু পুন্না পুন্না চৎমিন্নে, মীৎকুপ অমফাওবা অমনা অমবু উদবদা লৈবা ঙম্নবমদে। মথোয অনী থম্মোয শেংনা শান্নজবা মরূপ্নী।

তুবেলগী ঈচেলগুম চহীসু অসুম অসুম চেনশিনখিদুনা বাজকুমাব অমদি মন্ত্রী কুমাব চহী কুনমাথোই হাযবক্লে। অমবোমদসু বাজকুমাবী-মন্ত্রী কুমাবীসু চহী তবা মপাল সুখ্রে। লৈবাক অনীগী নিংথৌ মশেল মন্ত্রী মশেল পাউ ফাওদোক্লবগা নোংমা অফবা নুমিৎ অমা যেংলগা বাজকুমার অমসুং মন্ত্রী কুমাব অনীমক পুন্না মাগী মাগী তালোযশিং লৌরুনবা থাখিরম্মী। মথোযনা হেক থুংলুবদা মকু নিংথৌ মকু মন্ত্রী যাওনা লৈবাক মীয়াম্না তবাম্না ওক্কুনা সনা কোনুংদা পোথাহনখিবম্মী।

নুমিৎ থরনি লৈরবা মতুংদা রাজকুমার অমদি মন্ত্রী কুমার মখোযগী তালোযশিং যাওনা মবৈবাক্তা হন্ননবা শেম শারগা মকু মনেমশিংগা লোযননা লৈবাক মীযামদগী বিদায লৌবগা খোংশানখিরম্মী। মখোয মরিনা অশম্বা লম্বীদা অসুম লাকপদা উমং অমগী উখোং অমদা অরা পোখাদুনা ঙৈহাক ফম্লগা অচা অথকশিংদো পুথোক্লুনা চাববা মতুংদা মন্ত্রীকুমারনা মনাক্তা লৈরিবা পাৎতুদগী ঈশিং লৌবা চৎখিবম্মী। মানা থম্লাদা ঈশিং যোমদুনা পুগে তৌবদা পাৎদুবু কোন্দুনা লৈবিবা লাইবেন্দুনা ঈশিংদগী ফাওগৎলক্লগা মন্ত্রীমচাবু যেংলগা হাযবকখিবমই। মন্ত্রীকুমার নখোযনা লোযনবকলিবা রাজকুমারীসি হিংচাবী চংবীনি। অদুনা নঙগী অশেংবা মরূপ্লী খঞ্জবিবা রাজকুমারসে মপুন্সি শাংলোইদৌবি। অদুবু নঙনা ঐগী রা ইন্দুনা চৎলবদি কন্বা ঙমগনি। মন্ত্রীকুমারনা হংবা নংদনা লাইরেন্দুনা অমুক মখা তারকখিরম্মী, নখোযনা চৎকদৌবিবা লম্বী অসি খরা চৎলগা নুংপাক অচৌবা অমা লম্বীরোমদা হাইথদুনা লৈবমগনী করিগুম্বদা রাজকুমারনা মদু হেক লান্দুনা চৎকে খন্দুনা চৎলবদি নুংপাক্লুনা নন্দুনা শিগনী। অদুবু নঙনা থৈদোক্লুনা পুদুনা চৎলবদি করিসু খুদোংথিবা থোকলোই। অদুগা অমুক খরা চৎলগা তুরেল মচা অমা লৈরমগনী। মদু রাজকুমারনা মখোংনা লাম্থোক্লবদি অচৌবা ঙাচিক অমনা হাইদুনা শিগনি। মদুদসু নঙনা ননগন্দা পোদুনা লাম্থোকপা খঙদে, হি অমদা লান্বা খঙদে অদুম্না লাম্থোকপিরবদি রাজকুমারবু কন্বা

ঙমগনি। অদুগা নখোযনা নযুম যৌবগা অহানবা অহিংদুদা বাজকুমাবগা রাজকুমাবীগা পুন্না হিপলিঙৈদা বাজকুমারীগী মনাতোন অনীদগী লীন অমমম থোবক্তুনা রাজকুমারবু লীনশিংদুনা চিক্তুনা শিগনী। মদুদসু নঙনা থাংশাং অমনা মতুপ মতুপ কক্তুনা লীনশিংদো হাৎপা ঙম্লবদি বাজকুমাব কব্রিসু খুদোংথিবা থোকলোই। নঙনা রাফমশিংসে কনাগুম্বা অমতদা হাযদোকপা যাদে। কবিগুম্বদা হাযদোকপা থোক্লবদি নঙ খুদক্তা নুং ওনগনী হাযবল্লগা লাইবেন্দো ঈশিংদা লুপথগে তৌবদা মন্ত্রীকুমাবনা নুং ওনবদগী কন্বা যাবগী পাম্বৈ অমত্তা পীবিবস্মু হাযনা হাযজবদা লাইবেন্দুনা হাযবকই ——— নুং ওন্বদগী কন্বগী পাম্বৈদি লৈতে অদুবু বাজকুমাবগী অহানবা ফংবা মচাদুনা নঙনা ওল্লীবা নুংদুদা থাদুনা হাৎপা ঙম্লবদি নঙ অমুক মী ওল্লকনী হাযরল্লগা লাইবেন্দো ঈশিংদা লুপথখিবস্মী। মন্ত্রীকুমাব রাফমশিংদো তাবদা মখ্বায নুংঙাইতা নুংঙাইতা থল্লাদা ঈশিং যোমদুনা পুখ্রগা মখোয অহুন্না ফমলিবদুগী মনাক্তা চংখিবস্মী। চাবা থকপা লোযবদুনা মখোয মবি অমুক চংপা হৌখিবমই। খবা চংলগা নুংপাক অচৌবা অমা লম্বীদা হাইথদুনা লৈবদো মন্ত্রীমচানা উবদুদা রাজকুমাববু থৈদোক্তুনা পুদুনা চংখি। মখোয়না লাম্বোকপগা নুংদো মতোমতা নিংখাইদুনা তাখি। রাফমদো খংনিংদুনা রাজকুমারনা হংলকপদা মন্ত্রীমচানা কোন্না হাযরগে হায়দুনা হাযখিবমই। অমুক খরা চংলগা তুরেল মচা অমা থেংনরম্মী। তুবেলগী ঈশিংদো যান্না

ফজবম্মী অদুনা মখাগী লৈপাক্তো উবদা বাজকুমাবনা থেল্লী খন্দুনা মখোংনা লানগে তৌবদা মাগী মরূপ্না খাল্লগা ঈশিং চাওবক্লগা লাম্থোক লানশিন তৌন্নবা পুন্দুনা লৈবিবা হি অদুদা মখোয মবি পুন্না তোংদুনা লাম্থোকখিবমই। ফীবাল যৌবগা বাজকুমাবনা হিদগী হেক কুমথবগা খংহৌদনা অচৌবা ঙাচিক অমা চোংখৎলক্কুনা বাজকুমাবগী মখোং মযাদা তাবম্মী। মদুগী মবম হংবদসু কোন্না হাযগে হাযদুনা মাগী মরূপ মন্ত্রীমচানা খুমখিবমই।

মখোযনা অসুম চৎখিদুনা কোনুং যৌববদা মীযাম্না তবাম্না ওকখিবম্মী। মাগী মাগী মমৌশিংদো হৌনবী মতুং ইন্না ওকশন্দুনা মযুম মযুমদা পুশিন্নখিবম্মী। ঙৈহাক্কী মতুংদা নুমিদাং ওইবক্লবদুদা মন্ত্রীমচানা মাগী মরূপ বাজকুমাবগী মনাক্তা চৎখ্রগা অহিংসি পুন্না লেকসিন্নবসি হাযবদুদা বাজকুমাবদি যানিংলম্নী অদুগা মৌ অনৌবী ওইবিবী বাজকুমাবীদি যানিংলমদে অদুবু মপুবোইবনা যাবিবা কৌবনিনা মাসু যানিংদা যানিংদা অহিংদো মখোয অহুম পুন্না লেকমিন্নখি। লমশাং লাকপদগী রাবদনা বাজকুমাব অমদি বাজকুমাবীদি হিপথখিবগা তুমথখিবম্মী। অদুগা মন্ত্রীমচাদুদি তুমদঙৈ হাকাম রা রা চন্দুনা মীংশেল খাংদুনা থাংশাং অমা পাযদুনা ফমদুনা লৈবম্মী। অহিং নোংযাই ওইবক্লবদা বাজকুমাবীগী যেৎথংবা মনাতোন্দগী লীন অমা থোবকপা উবদা খুদক্তা মন্ত্রী কুমাবনা মতুপ মতুপ কক্কুনা হাৎখিবম্মী। অমুক ঙৈহাক লৈবগা ওইদগী অমুক থোবকপা উবদা মদুমসু কক্কুনা হাৎপা

মতমদা বাজকুমারীদা খজিক্তং থেংলুবদা খংদুনা ফুক লাওনা হৌগৎলকপদা বাজকুমাবসু মীকপ থোক্তুনা হৌগৎতুনা ফম্লমই। বাজকুমাবনা মাগী মরূপ্তা যেংলগা ঙসিদি মরূপ ঐ অশেংবা রাফমদো খংবা পাম্মী হাযবকপদা মন্ত্রীকুমাবনা বাজকুমাবী তহন্নীংদবগী মওং উবদা বাজকুমাবনা মাগী তালোযবু থোকহনখ্রগা মখোয অনীদমক লৈবম্মী। মদুদা মন্ত্রীমচানা হাযখিবম্মী ফবে মরূপ্পা অশেংবা রাফমদো খংবিনিংলবনিনা তাবিবো তৌবতবু রাফমসে ফোংদোকপা লোযবগা ঐদি নুং ওনখ্রগনী।

কবি নুং ওল্লনি হাযনা ? ঙক্লা বাজকুমাবনা হংখিবম্মী।

মদুদা তপ্লা মন্ত্রীমচানা হাযবকই —— শোইদ্রবনী নুং ওন্বা ঐনা ঙসি বাজকুমাবীগী মমাঙদা মাযকনবা মী অমা শাবগা মরূপকী থরায কন্বা ঙমগদ্রা যেংবনী। থাজবিদ্রগা যেংবিযু হাযদুনা মতুপ থোক্লা তাবিবা লীন অনীদো যেংহনখিবমই। থৌদোক অদো উবদা বাজকুমাবনা হাযখিবম্মী মরূপ অমুক মখা তাবগুমসি ঐ লোযনা ভাব তাজবে। মদুদা মন্ত্রীমচানা অমুক হাযবকই —— থম্মোযদা লৈবা রা শেংনা ফোংদোক্লদ্রবদি চান্নববা মরূপসু নোংমা কাযনবকপা যাই অদুনা ঐনা নুং ওঞ্জখ্রবসু অশেংবা রাফম অদুমদি মকপতা পাওদমনিংঙি। যাবে মরূপ মখা তাবিবগনু, মরূপ্পা নুং ওনখ্রবদি ঐদি কনা যেংদুনা হিংহৌগনী। বাজকুমারগী থম্মোয শোক্লা হাযবকপা রাহৈদো থৎলগা মন্ত্রীকুমাবনা মখা তাবকই যেংবিযু মরূপ,

মরূপকী থম্মোযদা ওইখিবা থৌদোকশিংগী মবমদা খংনিংবগী লাংতক্লবা অমা শোইদনা লৈবিরগনী। ঐনা মরূপকী লাংতক্লবিবদো কোকহনবা ঙমদ্রগদি অশেংবা মরূপ কবম্না ওইকগনী। মদুদা রাজকুমারনা যাম্না নিংঙমদনা মাগী মরূপপু যেংলগা হংখিবম্মী ——— মরূপ্না নুং ওনবদগী কন্বা যাবগী পাম্বৈদি লৈগদ্রা ? লৈগনী অদুবু খুদক্তদি যাদে। রাজকুমারীগী অহানবা উনবা অঙাংদুনা নুংওল্লবা ঐঙোন্দা থাদুনা হাংপা ঙম্লবদি ঐ অমুক শোইদনা মী ওল্লকনি। রাফমশিংদো হাযবল্লগা মন্ত্রী কুমারনা মখাতানা রারীশিংদো অমমমতং ওইনা রাজকুমারদা লীদুনা তহন্বা হৌখিবম্মী। ঐখোযনা ঐখোযগী তালোযশিংগা লোযননা লাকপা মতমদা রাবদুনা পোখারিঙৈদা ঐনা মনাক্তা লৈবা পাত্তুদগী ঈশিং লৌবা চংপদা লাইবেন অমনা ঈশিংদগী ফাওগৎলক্লগা হাযরকই নঙগী মরূপ রাজকুমারসে মরাইবক থিগদৌরি। নখোযনা চংকদৌরিবা লম্বীসে খবা চংলগা নুংপাক অচৌবা অমা লম্বীরোমদা হাইথদুনা লৈবমগনি মদু হেক রাজকুমার লান্দুনা চংপদা নুংদো মতোমতা তারক্লগা নন্দুনা শিগনী। মদুগীদমক্তী মরূপপু ঐনা নুংদুদগী থৈদোক্তুনা পুখিবদো। অদুগা তুরেল মচা অমা থেংনবদুসু থেল্লী হাযনা মরূপ্না খোংনা লাক্লমবদি ঙাচিক্তুনা হাইদুনা মরূপ শিরমগদবনী। অদুননি ঐনা হিদা লাম্থোক্লবা কন্না হায়খিবদো। ঙসিনা রাজকুমারীগী মনাতোন অনীদগী থোরকপা লীন অনীদুনা চিক্তুনা শিরমগদবনী অদুসু ঐনা হাযরল্লগা মখা তারা নংদনা মশাদো নুং খরা খরা

ওনশিল্লকপা উবদা রাজকুমারনা মরূপ হাযনা খংকৌ কৌদুনা চোংশিল্লগা কোন্দুনা কপখিরম্মী। নুং ওনখ্রবা মাগী চান্নববা মরূপ্পু কোন্দুনা কপখে কপ্লগা কনা খংহন্দনা কাচিন অমদা পুশিন্দুনা চেংনা থমখিবম্মী।

মন্ত্রীমচানা নুপী পুবক্লম্লগা মফম খংদনা মাংখ্রে হাযদুনা ইমুং মনুংগী মীতা নত্তনা লৈবাক মীযাম্না রা-রা লাওনখিবম্মী। রাজকুমারনা ঐগী মরূপ অদো শোইদনা হল্লকখিগনি হাযনা মীপূম খুদিংমকপু থেমজিনখিবম্মী। অদুগা মাদি মাগী মরূপকী রাখলদা লৈতাফম খংলমদে।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবিদবনিনা মন্ত্রী কুমারনা নুং ওন্দুনা লৈখ্রবা চহী অমা খবা হেল্লক্লে। অসোমদসু রাজকুমারীসু মশক মতৌ ফজখ্রবা মচা নুপা অমা উনবে। রাজকুমারনা মচাবু নুংশিবা শাদুনা পল্লগা খুদক্তা মাগী মরূপ্না ওন্‌বা নুংদুনা থাদুনা হাৎখিবম্মী। মাগী মরূপ মন্ত্রীকুমারসু মতম শাংনা তুমলুবা মী অমদৌনা হৌগৎলক্লগা মাগী মরূপ্পু থিবক্লম্মী। মরূপ অনী অমুক উনববদা হবাওবগী ঙমখৈ লৈনখিদ্রে। মীযাম্না মখোয অনীগী থৌদোক রাথোকশিংদো তাবগা অসিনিদনা অশেংবা মরূপ হাযবদো হাযনা হাযনখিবম্মী। লৈবাকদো অমুক হন্না মবা তপ্না নুংঙাইনা পানখি। * * *

# খুলং লমন

থাযনা মমাঙণ্ডো লুখ্রবী অমগী মচানুপা অনীখক লৈরম্মী। অতোম্বদো যাম্না মীহিংচা ওইবম্মী। মাগী মফমদা ধর্ম্ম হাযবদো মচেৎ অমত্তা যাওবমদে। অদুগা মযাম্বদুদি মীনুংশি চেন্‌বা অচুম্ববু পামজবা মীশক ওইবম্মী। লুখ্রবী মমা মচাদো যাম্না লাইববমই মবম অদুনা মচা নুপা অনীদুনা নোংমা মমাদা শেল তানবা মতম খবা মীবমদা চৎলুগে হাযবদুদা মমানা মচাশিংনা লম্বী চৎপদা ৱাবক্লগা চাকন্‌বা হাযদুনা অচা অথক যোম্বা পোৎযোম অনীখক পুথোবক্লগা মচা অনীদা অমমম পীবম্মী। মচানুপা অহলনা চৎলুখিগে ইমা হাযদুনা খুকমখি, মমানসু মঙ্গোল ওইবকউ হাযদুনা নানবিবগা আশীর্বাদ পীখিবম্মী। অদুগা অতোন্‌বদুদি চেৎলুখিগে ফাও হাযবমদনা মাংথানা পবপ পবপ চৎখিবম্মী। মমাদি মচাশিংনা চৎখিবদো চিংনা যেংলগা মমীত্তা মপী শিন্থনা লাইববদগী ইচাশিংসে মীবমদা থবক সুবা চৎলবনিকো হাযবগা মপি তৈথোক তৈথোকনা লেপ্তুনা মচাশিংনা চৎখিবদো যেংদুনা লৈহৌখিবম্মী।

মচিন মনাউ অনীদো অসুম চৎপদুদা ৱাবল্লদুনা পুখ্রী অচৌবা অমগী মপান্দা হৌবিবা উ অমগী মকুমদা ফল্লগা মখোযগী চান্নবা মযোমশিংদো পুথোক্লুনা চাগদগি থৌবাংলম্মী। মদুদা মনাউ অদুনা মযাম্বদা যেংলগা হাযবম্মী —— তাচৌ নঙগীদো হান্না চামিন্নবসি, অদুগা ঐগীসিনা হোবেল অমুক লাম্লক্লগা চাবনবা হাযবদুদা মযাম্বদুসু যান্নদনা মাগী চান্নবা

মযোমদো মনাউ নুপাদা শিন্নখিরমই। মনাউ অদুনা থোক্লগা অযাম্বা শরুকঙৈ চাথোক্লগা মযাম্বগী খজিক্তং খাক্লম্মী। মযাম্বদো মবুক থন্দ্রবা কৌবনিনা ঈশিং মবুক থন্না থকশিল্লগা অমুক চৎপা হৌখিবম্মী। ঊমং অমগী মনুংদা অসুম চৎলিঙৈদা নুমিৎ তাখিদৌবে ঐ চাকসু যাম্না লাম্লে নঙগী চান্নন্‌বদো চাথোক্লসি হাযনা মযাম্বনা হাযবকপদা মনাউদুনসু হোয হোয হাযদুনা পুথোক্লগা চাবা হৌখিবম্মী। মযাম্বগী শকক খজিক ফাওবা খাক্তনা মানা খোৎ তেংনা চাথোকখিবা উবদা ৱাবৌদুনা মযাম্বনা হাযখিবম্মী ———

নঙসি নবুক শেংদবা, মীনুংশি খজিক ফাওবা যাওদবা, মীবু পিজনিংদবা মীনি। মযাম্বনা হাযবা লোযফাত্রিঙৈদা মনাউ অদুনা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা মনাক্তা তাবিবা চৈদুনা মযাম্বদুদা পুংফুদমক ফুবম্মী। ফুবা পেল্লত্রন্দুনা মমীত্তা চৈদুনা চক চক থিল্লম্লগা নঙদি ঊমংসিদা শা-না চাদুনা শিহৌবো। চেঙ লৈবগনা মীবক্তা চত্তুনা নিদুনা নপুন্সি চুপ্পা লেল্লো হাযবল্লগা মযাম্ববু হুম্থোক্লম্লগা মনাউ নুপাদো চৎখিবম্মী। মযাম্বদো ফুবম্বগী চৈনাখোল অমদি মমীত্তা থিল্লম্বদগী মমীৎ অদো তাংখিবদগী চৎফম লাকফম খংদনা নুমিৎ তাখিদৌবে খন্দুনা অসুম অসুম মা মাদুনা চৎপদা উপাম্বী অমদা থেংজিল্লবদা উদুদা কাখৎলগা অহিংদুমা যাইবেক্লেগে খন্দুনা কাখত্তুনা মশা অমদা ফমদুনা চৈনাখোল মযামদো থাংদুনা লৈবিঙৈদা অহিং নোংযাই ওইবকখিবম্মী। ঙৈহাক লৈবগা শা-শিং লাক্লগা উখোংদুনা ঙাংনবা নিনবকপদু নুপাদুনা তারম্মী। নুমিৎ অদো শা-শিংগী খুন্দীনবা নুমিৎ ওইরমলে।

মখোযগী ওইবা রাফম কযা খন্নববা মতুংদা উমংগী নিংথৌ ওইবিবা নোংশানা হাযবকখিবম্মী   ঐখোযগী লৈবাক্কী নিংথৌনা মমীৎ তাংলিবসে নুংঙাইতে। মানা ঙমজববদি ঐখোযনা খুন্দীন্নবিবা উ-সিগী মবাসে সুগাইবগা মহি অদো  মমীত্তা হাপ্লবদি শোইদনা মমীৎ উবক্কনি। নোংশাগী রাফমদো তাববা মতুংদা  কৈনমুক হাযবকই —— লৈবাকসিদা ঈশিং ফংদদুনা রানবিবসে কোনুংগী মযাইদা ফাওবম্বা ঈফুদো লৈনুংদা অচৌবা নুংপাক অমনা নন্দুনা থৎচল্লে, নুংপাকদো লৌথোক্লবদি ঈশিংগী অরাবা অমুক লৈববোই। কৈগী রাদো লোযববগা শাওন্না অমুক হাযবকই ——
নিংথৌগী মচা নুপী বাজকন্যাসিনা মবোল থোক্ত্রিবা, মনা তাদ্রিবসে কোনুং মযাদা কোম মচা অমা লৈবিবদুদা হঙোই অমা লৈ। হঙোইদুদা কবিগুম্বা পোৎশক অমা পিজবগা অমুক মুন্দুনা লৌথোক্লগা বাজকন্যাদা পিজবা ঙম্লবদি মা মবোল থোক্কনি, মনাসু তাবনি। অবোইবা ওইনা লমহুইনা অমুক হাযবকখিবমই নিংথৌগী লৈবিবা লৈকোল অসি লৈ-নুং অমত্তা শাৎখিদ্রে, মসিগী মবমদি সনাগী অচৌবা যোৎহ্লীং অমনা লৈনুংদা কোইশিন্দুনা লৈবে। মসি লৌথোকপা ঙমলবদি শোইদনা লৈ শাৎলকনি। লমহুইগী রা লোযবগা নোংশানা কুমসি চহীগী ওইনদি খুন্দীন্‌বসি মতাংসিদা লোযশিল্লসি মথংগী চহীদা অমুক পুল্লসি হাযবদা
শা-শিংদো মশা মশাগী লৈফমদা হন্নখিবম্মী। উথক্তা ফমলিবা নুপাদুনা শা-শিংনা হাযনখিবশিংদো অমত্তা কাওদনা মপুক্লিংদা চেৎনা থমখিবম্মী।

ঙৈহাক লৈরগা চবোইনা তেত্তু তেত্তু হাযনা খোংবা হৌবক্লে। অহিংদা চাক্তবম্বা উচেকশিংসু মাগী মাগী লৈফম তন্না পাইবগা খোং খোংদুনা হন্নখিবদো নুপাদুনা তাবম্মী। অমুকসু উচেক মচাশিংনা ঊমংদুদা পাইদুনা খোংদুনা  শান্নবদো তাবগা ফজনা নোংঙাম্থোক্লে খংলবদা মানা উথক্তগী তপ্লা কুমথবক্লগা মখুৎনা খোত্তুনা উদুগী মবা খবা চিংদুনা থদৎলগা মখুবক্তা নোইবদা মহি খবা থোবকপদো মমীত্তা হাপশিন্‌বদা তাংলুবা মমীৎ অনী অদো অমুক উবা ঙমখিবম্মী। থৌদোক অদুদা মা যাম্না হবাওখিবমই। মানা শা-শিংদুবু হন্না হন্না থাগৎখিবম্মী। নুপাদুনা ঊদুগী মবা খবা থক্তুনা হাপশিল্লগা  সনা কোনুং পাংখিবম্মী।

কোনুং যৌবগা নিংথৌগা রাবী রাতাই শাববা মতুংদা ঊগী মবাদো সুগাইবগা মহিদো নিংথৌগী মমিত্তা হাম্পদা উবমদবা মমীৎদো উবা ঙম্বদা হবাওবগী ঙমখে লৈবমদে। মথং মথং শা-শিংদুনা  হাযবম্বদো পাংথোকপদা ঈশিংগী অরাবা লৈখিদ্রে, লৈকোন্দা লৈ শাৎলমদবদুসু শাৎখ্রে। অবোইবদা বাজকুমাবীনা মবোল থোক্তবা মনা তাবমদবসু কোনুং মযাদা লৈবা কোমদুদা তল মচেৎ অমা থাদবদা লৈবিবা হঙোইদুনা থোবক্তুনা চাবা উবদা নুপাদুনা খুদক্তা ফাবগা মচিন্দগী তলদো মুন্দুনা লৌথোক্লগা বাজকুমাবীদা পিজবদা মবোল থোক্লমদবদুসু থোকখ্রে, মনা তাবমদবদুসু তাখ্রে। থৌদোক অদুদা পেল্লদনা নিংথৌনা নুপাদুদা মচানূপীবু পীবে হাযনা লৈবাক মমাংদা লাওথোকখিরম্মী।

লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পববদা নুপাদুনা নিংথৌদা মমা লুখ্রাবীদো যাওহননিংঙি হাযবদা নিংথৌনা দোলাইনচিংবা পীদুনা মনাই খবা লুখ্রাবীদো লৌকন্‌বা থাখিবম্মী। অমবোমদনা লমচৎ শেংদবা, মীনুংশি থংদবা মনাউ নুপাদুদি সু-চৎপা তন্‌বদগী নোংমা মীগী মপোৎ লাকলুবদগী মীযাম চংদুনা ফুবদগী মমীৎ তাংখিবদগী লম্বীদা ফমদুনা অচৎ অওকশিংদগী নিদুনা রানা মপুন্সি লেন্‌বা তাখিবম্মী। অদুগা লাঞ্জদবা মযাম্বদুনা মমা থুংলববা মতুংদা মনাউ নুপানা মঙোন্দা ফু-চৈদুনা মমীৎ তাংহল্লম্বা, মানা উথক্তা অহিং অমা লেনখিবগী রাবী পুম্বা অমত্তা চিংখদনা মমাদা লিদুনা তাহল্লম্মী। মচানুপা অতোম্বগী লিচৎ শাজত্তুনা মমাদো যাম্না পেল্লমদে। অদুগা মচানুপা অহলবু যেংলগা হাযখিবম্মী —— মালেমসিদা নত্তবা ওইদবা থবক্তী নোংমা উৎ ওন্দুনা মাংখিগনী অদুগা অশেংবা থম্মোযনা অচুম্বা লম্বীদা চৎলগা মীযামগী যাইফনবা খন্‌বা মীদি মীংচৎ উবোং খিন্দুনা লৈহৌগনি। অচুম্বনা মাযপাকপা অরান্‌বনা মাইথিবা হাযবসে লেংদ্রবনী। মীদি মানা তৌবনা মানা ফংজগদৌবনী। খুলং লমন্দি শোইদ্রবনী, অকোন অহানগী রাতনি। ঈশ্বর লৈবি ইচাসিদি রাক্নগনু। মমাগী পাউতাকশিংদো তারগা মাগী থম্মোযদা লৈরমবা নুংঙাইতবা, পেন্দবশিংদো লোযনা মাংখিবম্মী।

নিংথৌ মচানুপী লুহোংলবা মতুংদা মমা মচা মখোয পুন্না নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি। * * *

# উশিন

থাযনা মমাঙডৌদো মীযামগীদমক মপুন্সি কৎথোকপদা কিদবা, যাম্না খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ অমা লৈবম্মী। নিংথৌদো মরক মবক্তা অচম্বা ফিজোল থোল্লগা শগোল অমা তোংদুনা লৈবাক্কী মাইকৈ খুদিংমক থুংনা চত্তুনা মীযামগী অরা অনা লোন্না হেক হেক যেংশিল্লম্মী। নোংমা নিংথৌদুনা অসুম চৎপদা নৃপী অমবু পুল্লগা নুপা অমনা ফুদুনা লৈবম্বা উবদা মনাক চংশিল্লগা কবিগীনো নঙনা অদুম হাযনা নৃপীসি ফুবিবদি, নৃপীসি নঙগী তালোযবা ? হাযনা হংলুবদা ফুবিবা নুপাদুনা নত্তে, মসি লৌমী অমগী নৃপীনি। ঐঙোন্দগী শেল পুখিবনী ঙসিসে শিংদোবকপগী রাফম লৈবম্মী অদুবু নুপাদো কদাযদনো মফম খংদনা লোৎখ্রে। মাগা ঐগা হাযনখিবগী মতুং ইন্না মথোই ফুগৎপা ঙমদ্রবদি মাগী নৃপীদা ঐনা ঙমজবি থাদুনা চৈনা কুনমঙাবক ফুবা যানখি। হৌজিক ফুবিবসে তবাদমক সুবি, তবামঙা রাৎলি। নঙ কদাযদৈ লাক্লীবনো? মসিগী মবমদা অমুক রাহং পাউখুম তৌরগনু চংখরো চংলু হাযনা খবা শাওবপ্না হাযবকপদা নিংথৌনা ইংনা তপ্না হাযখিবম্মী —— ঐবুদি চৎখ্রগে অদুবু মপুরোইবনা পুখিবা শেলদো শিংবা ঙমদ্রগা মাগী নৃপীদা তাইন্বদি যাম্না লাল্লী। মদুদা নুপাদুনা উশিং থৌওইদনা কারেম কাথাইনা নোক্লগা হাযখিরম্মী । মসি ঐখোযগী হাযনখিবগী রা লৈদুনা ফুরিবনী। ফরে অদু ওইরবদি নঙগী শেলফমদো কনাগুম্বনা

শিংদোক্লবদি নূপীসি থাদোকখিগদ্রা হাযনা নিংথৌনা হংলকপদা নুপাদুনা খুল্লকখিবমই —— ঙসিদি ফুবা হৌকুববনীনা রাংলিবা চৈ মশিংসিদি ফুবা তাবে। অদুদা নিংথৌনা ফবে ফবে নঙগী শেলদুসু পীবগে রাংলিবা চৈ মশিংদুসু চাবগে মদুদা নঙনা যাববদি নূপীসি থাদোকপিখো। নুপাদুনা যাম্না ঙক্লা নিংথৌদা যেংলগা কবম্বা মীনোসিবু মীগীদমক উশিন ওইবা পাম্লীবসিবু হাযনা তুমিন্না খল্লগা ফবে ফবে নঙনা হাযবা যাবগে হাযদুনা নুপীদো থাদোকখিবম্মী। নিংথৌনা কুবিৎ লৌথোক্লগা নুপাদুনা ফুন্বা ঙাইদুনা মনগন ওম্মোক্তুনা যাদুনা লৈবম্মী। নুপাদুনা মাগী ঙমজবি থাদুনা তবা মঙাবক ফুবদা নিংথৌগী মনগন্দো ঈহিং নাহিং শাখিবম্মী। থৌদোক্তুগী পাউ তাবদা মী অমা অনী তৌদুনা লাকপদগী মী মশিং থিঙমদনা মফমদুনা তিনখিবম্মী। নিংথৌনা নুপাদুদা যেংলগা —— নঙগী অরাংপা অতৈ কবি লৈবি ? নঙগী শেলফমদুসু হযেং সনা কোনুংদা লাক্লগা লৌবোলাও হাযবকপদা নুপাদুনা কবিগী সনা কোনুংদগী শেল লৌগদৌবিবনো হাযনা হংলকপদা নিংথৌনা ঐ লৈবাকসিগী নিংথৌনি হেক হাযবকপদা নুপাদো কিমনখিদুনা মশা থক থক নিক্তুনা শাংদ্রোং শানা নিংথৌদা খুরুম্লগা —— ইনিংথৌ ননাই ঐগী ইবাল ঙাকপিযু। তোল্লবা ননাইনা ইনিংথৌবু খংজরুদ্রে মতুং মনাউ অসিগুম্বশিংসে অমুক থোকহঞ্জরবোই হাযরকপদা নিংথৌনা নুপাদুবু ঙাকপিবগা লোযননা তিল্লীবা মীযাম্ব যেংলগা হাযখিরম্মী

—— অসিগুম্বা তৌহৈদ্রবা থৌদোকসি মতুংদা অমুক হন্না থোক্তনবা ঐখোয পুন্না হোৎনমিন্‌বা তাই। নূপী অঙাংশিংবু যান্না ইকাযখুম্নবিগদবনী। মীনা মীবু লান্না যেংলোযদবনী। মতম লৈবখিবিক্তা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংদুনা পুবিগদবনি, অদুদতা ঐখোয তংদু লৈতাবা খুন্নাই অমদা হিংমিন্‌বা ঙমগনি। চাবাংনবা থোকহন্নবা শিনবগী মহুত্তা শান্তি লৈন্নবা হোৎনগদবনি। শান্তিনা লৈবাক অমা চাওখৎপদা চাউনা মতেং পী। শান্তি লৈত্রবা লমদমদুদি চাওখৎপগী মমি শাম্লবনি হাযবম্লগা শগোল তোংদুনা নিংথৌদো কোনুং পাংদুনা চৎখিবম্মী। নুমিত্তুদগী হৌনা শান্তি লৈবা অমগা অমগা পুকচেল খোইজেল তিন্নবা লৈবাক অমা ওইননবা মীযাম্না হোৎনখিবদগী ঈংনা চিক্না হান্নদগী হেন্না চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইনা নুংঙাই যাইফনা পানখি। * * *

---

**অঙাংশিংনা খংজিনবা যাবা খবা -**

'Impossible is a word which is found in the dictionary of fools' কনানা হাযখিবনো ?

নেপোলিযন বোনাপার্টনা।

ফুটবোল শান্নবগী ইতিহাস্তা 'বেফাবী' হাযবা ব্রাহৈসে কবম্বা মতমদগী শিজিন্নবকা হৌখিবগে ?

১৮৯১ দগী।

ফিফা (FIFA) হাযবগা কবিবু খংনবগে ?

আন্তর্জার্তিক ফুটবোল সংস্থান (Fedaration of International Football Association)

# মীনাই ওইরগা মথৌ মশক খংলকপা

(খামতিগী ফুঙ্গা ৱারী)

থাযনা মমাঙণ্ডেদা খুঙ্গং অমদা ৱাবেমতা ঙাংদুনা মতম লেনবা নহা পাখং মবিখক লৈবম্মী। খুন্দুদা যুমদোমবোক ওইনা কনা লৈজদ্রবা মীযাই চল্লবা নুপা অমসু লৈবম্মী। মাগীদা নোংমত্তা কাইদনা নহাশিংদুনা লাক্লগা ৱাবেম ঙাংনদুনা মতম লেনখিবম্মী। মখোযগী মতৌদুদা নুপাদুসু সুফম চাফম খংলমদে। নোংমা নুপাদুনা নহা মবিদুদা হাযখিবমই —— ঐখোয ৱাবী অমমম লিনসি। লিবিবা ৱাবীদো নত্তে নত্তে অচুম্বা নত্তে ওইদবা ঙাক্লী হেক হাযবদা লিবিবা নুপাদুগী মযুমদা চহী অহুম মীনাই ওইনা লৈবা নখোয যাবব্রা হাযনা হংলকপদা পাখং মবিদুনা যাই যাই হাযনা খুমখিবমই। মদুদা নুপাদুনা অদুদি মযাম যানববনিনা হযেংদগী ৱাবী লিনবসি ঙসিদি নযুম নযুমদা হল্লো হাযদুনা হল্লনখিবম্মী।

নিংথম থা ওইবনিনা শঙগোইদা মৈ হৌগৎলগা নহা পাখং মবিদুগা নুপাদুগা পুন্না কোবক কোইনা ফল্লগা ৱাবী লিবসি কনানা হাননা হৌগনি হাযদুনা নুপাদুনা হংলকপদা মখোয মরিগী মনুংদগী অমনা ঐ হাননা হৌরগে হাযবমলগা মৈদা মখুবাক অনীদো ঙৈহোক শাহল্লগা লিবা হৌখিরম্মী —— ঐনা পোকপগী থা অনীতং ফাবীণ্ডেদা নোংমা হামেং অমা উরম্মী। হামেংদুনা ক্বা চানিংবদগী ক্বা পাম্বীদা মতোন যৌনা কাখৎখিদুনা ক্বা মবুক থন্না হেক্তুনা চাবগা অমুক মকোক যুনা ক্বা পাম্বীদগী কুমথরকখিরম্মী। লিরিবদুনা

নখোয় থাজব্রা হায়না হংলকপদা মযামদুনা থাজৈ থাজৈ হায়না খুমখিবম্মী। মথংদা পাখং অমনমুক শীংদো ইনশিল্লগা লিবা হৌখিবম্মী —— ঐনা হেক পোকপগা বোল অমা উবম্মী। বোলদো ঐনা ঐখোয়গী যুমথক্তা পুখৎলগা শান্নবম্মী। ঐখোয়গী যুমদো কয়ামুক রাংবগে হায়বদা ঐনা কুমথবকপা মতমদা পাখং ফাবে। নখোয় থাজব্রা ? মযামদুনা থাজৈ থাজৈ খুমখিবম্মী। অহুমশুবা পাখংদুনা অমুক লিবা হৌখিবম্মী। ঐনা থা তকক্কী অঙাং ওইবিঙেদা হৈনৌ যাম্না চানিংলম্মী। ঐনা অসুম কোইনা যেংবদা পাম্বীমদা হৈনৌ যাম্না পান্‌বা উবে, মদু খুৎ তিনথোক্লগা লামগে তৌবদা রাংবনা লাম্বা ফংলমদে। মসিদি কানববোই খন্দুনা কবিগুম্বা অমনা লংলগা হেক্লগে হায়দুনা কোইথি থিবদা কবিমত্তা ফংলমদে। কবি তৌসিগে ঙৈহাক খল্লগা ইশানা ইশাবু লংলগা হেক্লগে খন্দুনা খুৎ অনীনা হকচাংদা কন্না পায়দুনা লংবদা হৈনৌ মশা অমদা পনবদা মদুদা নিংথিনা ফল্লগা হৈনৌশিংদো লাম লামদুনা হেক্তুনা চাবদা পেল্লক্ত্রদুনা থুম নমদুনা চানিংলকপদগী খুদক্তা খুৎ তিনথোক্লগা চাখুমদগী লামদুনা লৌবগা ফজনা মেত্তুনা চাববগী মতুংদা কবম হায়না পাম্বীদগী কুমগনী খল্লগা যুমদগী কৈবাক অমা লৌকবগা কুন্নগে নীংদুনা কৈবাক অমা পুবক্তুনা থাবগা পাম্বীদগী কুমথবকখিবম্মী। রাফমসে থাজব্রা হায়না হংলকপদা অতৈদুনা থাজৈ থাজৈ হায়না খুমখিবম্মী। ইংখ্রবদুদা ঈশিং অইংবা খুজাই অমা থকশিল্লগা মবিশুবা পাখংদুনা লিবা

হৌবকখিবম্মী ——— নোংমা ঐনা চাক চখোম অমা-অনী চাখৎলগা ঙা অযাইবা চানিংলকপদগী ঐখোযগী যুমদগী খবা লাপ্না লৈবা পাত্তুদা চৎলগা খুৎ হুম হুদুনা থিবদা অচৌবা ঙা অমা ফাবমই। ঙাদো অদুক্কী মতিক চাওবম্মী। ঐনা পু-থাংবা ঙমলমদে, মসিদি কবি তৌসিগে হাযনা ঙৈহাক খল্লগা পাৎপান্দা হৌবিবা পাংখোকশিংদুদগী মকা অমা থাৎলগা ঙাদো ফজনা পুনশিল্লগা অমুক পাংখোক পাম্বী অমদা পুল্লগা যাংনা যুমদা চত্তুনা চাক পুখমদুমগা মৈগা পুবক্লগা ঈশিংদুদা মৈ হৌগত্তুনা ঙাদো লৌবগা যাম্না হাওনা চাক পুখমদুমা লোযনা চাবম্মী। হাযবিবসে নখোয থাজব্রা ? ৱাবী তাবিবশিংদুনা থাজৈ থাজৈ হাযনা খুমখিবম্মী। অবোইবগী পাল্লীদুদি যুমবু নুপাদুগী ওইবম্মী। মানা অনী অহুমবক খৌদেম থোক্লগা লিবা হৌখিবম্মী ঐগী যাম্না নুংশিবা গাধ অমা লোইবম্মী। গাধদো ফজনা মীবোল খংলম্মী। চহী খবগী মতুংদা গাধদো মীবোল্লম্মী। থা খবগী মতুংদা মচা নুপা মবিখক পোক্লম্মী। মখোযশিংদো কনা কনানো খংলব্রা ? অতৈ কনাসু নত্তে, ঐগী মাংদা লৈবিবা নখোয মবিসিনী হেক হাযবকপদা মবিদুনা নত্তে নত্তে কবিগী ঐখোয গাধগী মচা ওইগদৌরিবনো হাযনা নুপাদুনা হাযবা ৱাফমদো যাখিবমদে। মদুদা নুপাদুনা হাযনখিবগী মতুং ঈন্না নখোযনা নত্তে হাযদুনা যাদ্রবনিনা নখোয ঐগীদা চহী অহুম মীনাই ওইদুনা লৈবা তাবে হাযবকপদা নহা পাখং মবিদো জ্ঞান খংতা তাদুনা নুপাদুগী ৱাফমদো যাবদনা মখোয

মীনাই ওইবা তাখিবম্মী।

হেক মীনাই ওইনা লৈবা নুমিত্তগী মখোয় মবিদো অমগা অমগা তিন্নহন্দনা অযুক নুংথিল খাইদনা মাগী মাগী থবক শিন্নদুনা শুহন্‌বদগী তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ তৌদুনা রাবেম ঙাংবগী মতম সুকলৈ লৈহন্দনা মথৌদা পুক্লীং চংহন্দুনা থম্বদুদা কবি নুংগীনো খল্লক্তুনা নোংমা নুমিদাং অমদা মখোয়  মবি চংদুনা নুপাদুদা খুকল্লগা ঐখোযবু মীনাই ওইবদগী কোকথোকপিবো, মতুং মনাউ ইথৌ মশক খংদনা চাকলেম চাদুনা মতমবু তুংওইনবগা রারেম ঙাংদুনা লেঞ্জববোই হাযরকপদা নুপাদুনা —— নখোযগী রাখল হোংলকপা উবদা নুংঙাইবে। ঙসিমক নযুম নযুমদা চৎলগা নথৌদা মায ওনশিনগদবনী। মতমবু অবেম্বদা মাংহনবা ফত্তে। মতম্না কনাবুসু ঙাইবিদবনী। মখোয নযুম নযুম হনখবো হাযদুনা মবিদো চৎলনখিবমই।

মযুম চৎখ্রগা রাবেমতা ঙাংদুনা মতম লেল্লম্বা নহা পাখং মবিদো মথৌ মশক খংলক্তুনা মথৌদা পুক্লীং চংখিবদগী চাবা থকপা রাত্তখৈ নুংঙাইনা পানখিবম্মী। * * *

---

**মীথোই মীহেনশিংগী বাণী** -

পৃথিবীসে ফজববা লাইবিক অমনি, অদুবু অসি পাবা ঙমদ্রবা মীদুগী মফমদদি লাইবিকসে কবিসু মমল লৈতে।

গোল্ডিন (পামেলা)।

# মাগী মাগী শিনফমদা মা মানা চাউই

থাযনা মমাঙঙৈদা নিংথৌ পান্‌বা লৈবাক অমদা নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মৰূপ শান্নবম্মী। মখোয অনী নোংমা লম কোইবা চৎলুসি হাযদুনা শগোল অমমম তোংলগা পুগদৌবা পোৎ চৈশিং হাপশিল্লগা খোংশানখিবম্মী। মখোযনা যাম্না অশোংবা উমং অমদা চৎলিঙৈদা নুমিৎ তাশিল্লকপদগী অচৌবা উ অমগী মখোংদা যাইবেক্লসি হাযদুনা চংলগা পোথাখিবম্মী। মন্ত্রীমচাদি ফমথবগা ৱাবদুনা তুমখিবমই। বাজকুমাবদি তুমনিংলবসু অনৌবা মফম শকখংদবা লম ওইবনা তুমনিংবা খাংদুনা তুমদঙৈ লৈবম্মী ঙৈহাক লৈবগা থা থোক্লক্তুনা উমংদো থাবল মঙান্না পুকঙাল ঙানখিবম্মী। থাবল মঙালদুদা শজি অমোম অমনা বাজকুমাবখোযনা লৈবিবা অদোমদা শজিক চা-চাদুনা লাকপা উবদা বাজকুমাবনা লিকং তেন পাযখৎলগা কাপকে তৌবদা শজিদুনা —— বাজকুমাব ঐবু কাপ্তুনা হাৎলবদি জীব অহুম হাৎপগা মান্নবগনী। ঐগী পিকলিবা ইচা অনীদুগী মচিঞ্জাক থিবা লাকপনী। ঐবু হাৎপিগনু ঐগী অঙম্বা পাঙ্গলনা নোংমা বাজকুমাবগী মতেং পাংজগে, ঐবু থাজবিযু হাযবকপদা বাজকুমাবনা নোক্লগা নঙনা ঐগী কবি ইতেং পাংবা ঙমগদগে মথম্মোযদা খল্লগা হাত্তি হাৎপিদনা শজিদো থাদোকপিখিবম্মী। বাজকুমাবনা মাগী মৰূপ্না হিপ্পীবদুগী মনাক্তা চংলগা ঙৈহাক ঊদুদা ঙাদুনা উইবোন উইবোন তৌবদা মদুদা লৈবিবা

উচিশিংদুনা চেন-চোংদুনা, চিক্লবনে-শান্নবনে তৌবদুদা লাংমনবদগী রাজকুমারনা শাওদুনা মাখুমদগী থাংশাংদো শত্তোক্লগা যানদুনা হাংকে তৌবদা উচিগী লুচিংবদুনা —— হে রাজকুমার ঐখোযগুম্বা পিকথ্রবা জীব অমা হাৎপগীদমক কবিগী অদুক যান্না শেম শাবিবনো? ঐখোয শোইখ্রে। রাজকুমারগী তুম্বা থুগাইক্তবসে, ঐখোযগী ইবালনী, ঐখোযবু ঙাকপিযু। হযেং বাজকুমাবগী মখৌ তাবে খন্‌বা মতমদা ঐখোয লাকচরগা বাজকুমারগী অঙম্বা মতেং পাংজগে হাযবকপদা বাজকুমাবনা পিকখ্রবা জীব নখোযনা ঐগী করি ইতেং পাংবা ঙমগদগে? ফবে অদুমকপু নখোযবু হাৎপিবরোই হাযদুনা উচিশিংদো থাদোকপিখিবম্মী। বাজকুমাবনা ঙৈহাক হিপ্তবগা তেরা ককচেং খবনা মাগী মশাদা কাখৎলকপা উবদা কহোক্লগা অমুক হিপ্তবদা মশিং থিঙমদবা তেবা ককচেং মযান্না অমুক মশাদা, ফিনুংদা চংদুনা চিক্তি চিক্তগা খোৎপা যাও চেন্দুনা শান্নবা যাও তৌবদুদা বাজকুমাবনা যান্না হৈনবক্তন্দুনা ককচেংশিংদো হাত্তোকে থৌবাংলকপদা ককচেং অমখক্লা পিখ্রবা খোজেলনা বাজকুমাব ঐখোযবু হাৎপিগনু, ঐখোয শোইখ্রে। অহান্‌বা ওইনা ঐখোযবু ঙাকপিযু। বাজকুমাবগী খুদোংথিবা অরাবা তাবকপা মতমদা ঐখোয সুকশোই শোইদনা তেংবাংজগনি হাযবকপদা রাজকুমারনা কবিসু লৈত্রবা জীবশিংসিনসু ঐগী করি ইতেং পাংবাঙমগদগে খঞ্জানরুগা হাত্তোকপিদনা ককচেংশিংদুসু থাদোকপিখিবম্মী। থৌদোকশিংদুগী মরমদা খঞ্জানরিঙৌদা

নোংঙানখিবা খংহৌখিরমদে। নোংঙাম্বোক্লবদুদা রাজকুমারনা মাগী মরূপ মন্ত্রীকুমারবু হৌদোক্লগা অমুক শগোল তোংদুনা চৎখিরম্মী। ফনা শাংলবা লমশাং অমা চৎলবা মতুংদা মখোযনা চৎলিবা লম্বীদুগী হেক মযাইদা চাওখ্রবা কৈ অমনা কুন্দুনা লম্বী থত্তুনা লৈবম্মী। মখোযনা তাম্বোকপসু ঙম্লমদে, কৈদুনসু চৎখিবমদে। অসুম অসুম মতম হৌজিনখিদুনা থেংজিল্লকপদুদা মরূপ অনীদো যাম্না মিপাইবম্মী। কবিগুম্বা মমশিল্লকপা তাববদি শোইদনা কৈসিনা খুদোংচাবা লৌদুনা ঐখোযবু হাত্তুনা চাখিবা যাই খল্লীঙৈ তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো শজি অমোমদুনা লাক্লগা বাজকুমাব খুদোংথিরকপা মতমদা মতেং পাংজগে হাযজখিবদো পাংজবগে হাযবল্লগা কৈদুগী মমাংদা খবা লাপ্তক্লা কৈদুবু উহন্দুনা চেন্বদা কৈদুনা শজিদুবু তান্নখিবম্মী। শজিদুনা বাজকুমাব যাংনা চৎপিখ্রো হাযদুনা লাও লাওদুনা চেনখিবমই। মখোয অনীসু শগোল কন্না থৌদুনা চৎখিবম্মী। খবা চৎলগা অমুক শামু লমশা তবামুক্লা মখোযনা চৎলিবা লম্বীদুগী ওই-যেত্তা উশা -রাশা থুদেক্তুনা নৈদুনা লৈবমবদুদা হেক লাম্বোক্তুনা চৎপা ঙমদদুনা মরূপ অনীদো খবা লাপ্তক্লা লৈবগা কবি তৌশিগে খন্নবিঙৈদা কদোমদগীনো খংদনা তেরা ককচেং মযাম অমা লাক্লগা বাজকুমাব করিসু নুংশা থিবিক্লগনু হাযরল্লগা শামুশিংদুগী মনাক্তা চংখ্রগা শামু মযামদুগী মনাতোন মনুং মমিৎনচিংবা মফম কযাদা পুকচিক্তা চিকপদুদা শামুশিংদো থাংবা ঙমদ্রদুনা

মনাক্তা লৈরিবা পাত্তুদা চোংথদুনা মশাশিংদো ঈশিংদা লুপ্তুনা খাংখিবমই। ককচেংগী লুচিংবদুনা ঈশিংদগী খজিত্তং ফাওগত্তুনা লৈরিবা শামুগী মরেংজুমদা তোংলগা ——— রাজকুমার খুদোংচাবিঙৈদা চৎপিখ্রো হাযনা পিক্লবা খোজেলদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন হাযবকখিবম্মী। রাজকুমারসু মাগী মরূপকা লোযননা যাংনা শগোল থৌদুনা মফমদো লাম্থোক্তুনা চৎখিবম্মী।

রাজকুমার মন্ত্রীকুমাব অসুম চৎখিদুনা নিংথৌ পান্বা লৈবাক অমদা যৌখিবম্মী। নিংথৌদুগী মচানূপী বাজকন্যাগী সযম্বব অমা লাংলম্মী। উ পাম্বী অমগী মশা অমদা উমাইবী অমগী মচিন্দা যেকুম অমা উমদুনা লৈগনী। মদু করিগুম্বা পোৎশক অমত্তনা লং-খৎপা তৌদনা অমদি উমাইবীদুবু লাও খোংদুনা কিহন্দনা যেকুমদো মতোমতা থাদহন্দুনা কাইহনবা ঙম্বা নুপাদুদা বাজকন্যাবু লূহোংদুনা পীগনী হাযবগী সযম্ববনী। সযম্ববদুদা লৈবাক কযাগী মতিক মগুণ লৈববা মীওই কযানা লাক্তুনা শরুক যাখিবম্মী। মদুদা কনাসু মায পাকপা ঙমদবদগী পুন্নমক মকুকোকথোক্লগা বাজকন্যাগী ইরুজন্বা ঈশিং হোল্লন্দুনা থমখিবম্মী। সযম্ববদুদা মন্ত্রীকুমাবসু শরুক যাদুনা মরাইবক যেংনিংলম্মী। অদুদা মাগী মরূপ বাজকুমারনদি অদুগুম্বশিংদুদা যাওহলনিংঙমদে অদুবু মন্ত্রীমচানা যান্না কন্না যাওনিংবগী অপাম্বদো ফোংদোক্লকপদা রাজকুমারসু য়ানিংদা য়ানিংদা মন্ত্রীমচাবু শরুক যাহনখিরম্মী। অদুবু মরাইবকথিবদি ফনা কন্না হোৎঞ্জবসু মাযপাকপা ঙমদবদগী পুন্নমক

অরেম্বা তাদুনা মরুকোকথোকপিরগা রাজকন্যাগী ঈশিং হোন্‌বা তাখিরম্মী। মন্ত্রীমচানা মমিত্তা মপি তাবা ঈশিং হোন্‌বা উরগা মাগী মরূপ রাজকুমারসু থম্মোয শোক্লা নুংঙাইখিবমদে। কবি তৌসিগে হাযবা খংদনা ঙাওচৎন্দুনা লৈবম্মী। নোংমা রাজকন্যাগী লৈ-লেংবী মালিনীদুগা উনদুনা কবম হাযনা মন্ত্রী মচাবু লৌথোকপা ঙমবদগে হাযবা রাফম কযা তান্নখিবম্মী। মদুদা মালিনীনা কবিসু পাম্বে লৈতবগী রাফম ফোংদোক্লকপদা বাজকুমাব অমুক হেন্না থম্মোয কাযখিবম্মী। বাজকুমাবনা নিংবা কাইনা উখোং অমদা ফমলিঙৈদা উচি অমনা লাক্লগা বাজকুমাব কবিগী নুংশাথিবিবিবনো ? থোইনা রাবিকৃগনু, অরাবদা মতেং পাংজগে হাযজখিবনী। হৌজিক্তি তাঞ্জা চাবে কবম্বা খুদোংথিবা যাওববগে হাযনা হংলকপদা বাজকুমাবনা রাবী রাখোং পুম্বা লিদুনা তাহনখিবম্মী। মদুদা উচিদুনা কবিসু লৈতনা যাম্না লাইনা মদুগীদি কবিসু রাবিকুবগনু হযেং ইন্নুংশোবা ঙাল্লকপগা ঐখোয মফমসিদা লাকচবগে হাযবম্লগা উচিদো চৎখিবমই। বাজকুমাব রাখলদি খবা নুংঙাই  অদুবু নুংনাংবদি কোক্লমদে।

মথংগী নুমিত্তা বাজকুমারনা লৈবাক্লগী নিংথৌগা উনরগা সযরম্ববদুদা শরুক যানিংবগী অপাম্বদো ফোংদোক্লম্মী। মদুদা নিংথৌনা অযাবা পীখিরম্মী। পাউ অদো মীযাম্না তাখিবদগী উমাইবীনা লৈরিবা ঊদুদগী লাপ্তক্লা মীযাম তিনবা হৌখ্রে। বাজকুমারনা উচিগা উনখিবা উখোংদুদা চৎপদা উচি খরনা

রাজকুমারবু ঙাইদুনা লৈবম্মী। রাজকুমাবগা উনরবা মতুংদা অমুক পম্থদনা উমাইবীনা লৈরিবা মফমদুদা চংলগে হাযরক্লগা উচিশিংদো মরী মরী চংখিরম্মী। রাজকুমারসু নিংজিং মাংজিং তৌদুনা মফমদো তান্না চংখিবম্মী। নিংথৌনচিংবা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিং যাওনা লৈবাক মীযাম চোনা তিনখ্রে। উচিশিংদুনা কনা উহন্দনা মফমদো য়ৌবগা খবনা উপাম্বীদুদা খবা অমনা মখাদা চেন চোংদুনা শান্নবা উবদা উমাইবীদো মমিং মনা ইথক থক্লা যেংবা হৌবক্লম্মী। অমুক উচিশিংদুনা চিক্লদুনা লাংবা তাবকপদা উমাইবীদো উচি চানিংবগী মিহৌবদো ফাদুনা থম্বা ঙল্লক্তবদগী মচিন্দ উমলিবা যেকুমদো থাদবগা উচি ফাগদৌগী পাইথদুনা তান্নখিবম্মী। মদুদা যেকুমদো লৈপাক্তা তাদুনা কাইখিবম্মী। থৌদোক অদো উবদা তিল্লিবা মীযাম্না হবাওদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লখিবম্মী । মতমদুদতা বাজকুমাবনা খল্লকখিবম্মী —— মাগী মাগী শিনফমদা মা মানা চাউই। কনাসু অচৌ-মচা খাইনা লৈবমদ্রে। অরাং-অনেমদি ঐখোযনা খাইবা ওইবমলে কনাবুসু কনানা হম্থবা মীৎযেংনা যেংফদে হাযনা মতোমতা শোঞ্জখিবম্মী।

মাগী মরূপ মন্ত্রীকুমাবচিংবা অরাফমদা তারিবা পুন্নমকপু লৌথোকপীরবা মতুংদা নিংথৌমচানূপী বাজকন্যাবু লূহোংলগা মবৈবাক্তা পুখিদুনা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখিবম্মী। * * *

# থরায় কল্লবদি থরায় কল্লি

(বোডোগী ফুঙ্গা ৱারী)

থায়না মমাঙঙেদা পাখ্রা অমগী মচানুপা তবেংখক লৈরম্মী। নোংমা পাখ্রা হনুবদুনা মাগী ইখোলদা হৌরিবা লফোই পাল্লবা লফু পাম্বী অমা ককলুবদা মদুদা মতম শাংনা মহুম শাদুনা লৈবম্বা মকু মপিদুদি পাইখ্রগা মচাদুদি পাইবা ঙমদ্রিবনীনা হনুবনা ফাবগা মযুমদা পুদুনা চংখিবম্মী। মকু মচাদো উবদা পাখ্রাগী মচাশিংদুনা লৌদুনা চাগদগী হোংনববকপদা মকুমচাদুনা মাবু হাংপিদনবা নোঙ্গখিবমই। অমুকসু যাম্না নোঙ্গনা হাযবকখিরম্মী ——
ঐনা নখোযগী শোইদনা কান্নবা থবক কযা তৌবক্কনি, ঐ ৱাশকচবিবসিনী হাযদুনা ৱাশকখিবম্মী। মাগী ৱাশকপদো উবদা মাবু হাংপিখিবমদে।

মকুমচাদো নোংমা নোংমাগী চাওবক্কুনা মাইকৈ থুংনা পাইদুনা শান্নবিবদুগী মরক্তা স্বর্গদসু হেক হেক পাইদুনা লাইগী মনাক্তা চংলম্মী।

নোংমা মকুদুনা পাইদুনা স্বর্গগী লাইগী কোনুংদা চংখিরম্মী। মতমদুদা লাইনা মাগী দূত অনীখক্তা তাইবংমীগী মবক্তা চংলগা পাখ্রা হনুবগী মচানুপা অহলদো নখোযনা লীন ওন্দুনা চিক্কুনা হাংলুচো হাযদুনা যাথং পীদুনা থাখিরম্মী। মকু মচাদুদি লাইরোল নিংথিনা খংবনিনা ৱাফমদো তাবদা যাংনা হনুবগী মনাক্তা হল্লক্লগা পাউদো তম্বদা হনুবনা থাজরমদে অমদি যানিংলমদে। লাইগী দূত অনীদুনা লীন ওন্দুনা লাক্লগা হনুবগী মোরক পাম্বী মরক্তা লোত্তুনা লৈরগা মচানুপা অহলদুনা মোরক হেকপা

থোরকপদা লীন অনীদুনা চিক্তুনা শিখিরম্মী। মকুগী ব্রা ইল্লমলবদী মচাদো শিরমলোইদৌবনী হাযনা মতমদুদতা হনুবনা নিংঙমখিরমদে।

নোংমমুক মকুদুনা স্বর্গদা চৎখ্রগা লাইগী কোনুংদা লোত্তুনা লৈরগা ব্রাফমশিংদো তারম্মী। লাইনা অমুক মাগী দূত অনীখক্তা যেংলগা হাযরম্মী হনুবসু মচা নুপা অহল হাৎপগুম হাৎকদবনী। মানা তুরেলদা ঙা ফাবা চৎকনি, ঙা ফাবমদাইদা তুরেলগী লৈঙোই সেক্তাদা ফি হোংদুনা থন্নমগনী। ফিদুগী মনুংদা নখোযনা লীন ওইনা চংদুনা লৈরগা হনুবনা হোরেন ঙা ফাবা লোযবগা ফি অচোৎপদো হোংদোক্কে হাযদুনা মানা থন্নম্বা ফিদো হেক লৌখৎপদা নখোযনা চিক্তুনা হাৎকদবনী হাযদুনা দূত অনীদো থাখিরম্মী। ব্রাফমশিংদো তাবদা মকুদুনা যাংনা হনুবগী মনাক্তা লাক্লগা ব্রাফমশিংদো তমদুনা তাহল্লম্মী। মদুদা হনুবনা কন্বগী করি পাম্বৈ লৈ হাযনা হংলকপদা মকুনা হনুববু যেংলগা হাযখিরম্মী ——— নঙনা ফিদো নখুৎনা পাযরুগনু চৈ অমনা ফিদুদা পুংফুদমক ফু। ব্রাফমশিংদো খংজিল্লবা মতুংদা হনুবনা তুরেলদা ঙা ফাবা চৎখিরম্মী। নিংজিং মাংজিং মানা ঙা ঙৈহাক ফাববা মতুংদা মানা হোংদোক্তুনা থন্নম্বা ফিদুগী মনাক্তা লাক্লগা চৈ অমনা ফিদুদা পুংফুতমক ফুরম্মী। মদুদা থাংবা ঙমদ্রদুনা লাইগী দূতনা ওল্লীবা লীন অনীদুনা মখোয়বু ফুকিগনু হায়রম্লগা অশেংবা লাইগী দূতকী শকলোন্দো ওন্দুনা স্বর্গদা পাইদুনা চৎখিরম্মী। মকুদসু মখোযগী মতুংইন্দুনা চৎখিরম্মী।

স্বর্গ যৌরগা দৃতশিংদুনা লাইদা রাফমশিংদো অমত্তা চিথদনা লিদুনা তাহল্লী। মদুদা লাইনা অমুক অতোম্পা দৃত অনীখক্তা হনুবগী মযুম চত্তুনা মাগী থোংজিলদা লেপ্তুনা লৈরগা হনুবনা হেক ইমুংদগী থোবকপদা মঙাকশম মেত্তুনা  হাৎলু হাযদুনা থাখিবম্মী। রাফমদো তাবগা মকুদুনা যাংনা হনুবগী মনাক্তা লাক্লগা তম্লম্মী। মদুদা হনুবনা কন্‌বা ঙম্বগী পাম্বৈ হংলকপদা মকুনা নুমিৎ তরেৎনি থোংলোনদুনা লৈযু হাযবগী মতুং ইন্না হনুবদো থোং লোনদুনা নুমিৎ তবেৎনি ইমুংদা লৈখিবম্মী। দৃত অনীদুনা হনুবগী থোংজিলদা মতম শাংনা ঙাইবা রাবকপদগী হনখ্রগা লাইদা থৌদোক্তুগী মবমদা পাউদমখিবম্মী। মদুদা লাইনা অমুকমুক দৃত অনীখক্তা শাবেং ওন্দুনা তুবেলদা লৈরগা হনুবনা ঙা ফাবা কুমলকপদা মচিন্না থিন্দুনা হাৎলু হাযদুনা থাখিবম্মী। রাফমশিংদো মকুনা হনুবদা তম্বদা হনুবা মখায যাম্না রাবম্মী অদুগা খুদোংথিবদুদগী নাম্ভোকপা যাবগী পাম্বৈ হংলম্মী। মদুদা মকুনা হনুববু যেংলগা হাযখিবম্মী —— নঙ ঈশিংদা কুমদুনা ইন হুল্লগনু হিদেন্দা ইন্দো কাংফান্দগী হুল্লু মদুদা শাবেং ওইনা লৈবিবা দৃত অনীদো শোইদনা লক্লক্লী মদুদা ইন্নে কৈনে কাংফান্দা চিংখৎলক্লগা চৈ অমনা নঙনা ঙমজবি থাদুনা ফু। মকুগী রাফমদো তাববা মতুংদা হনুবনা ইন পুদুনা তুরেল মপান্দগী ইন হুন্‌বদা দৃতনা ওন্‌বা শারেং অনীদো লক্লকপদা কাংফান্দা চিংখৎলগা চৈনা ঙমজবি থাদুনা হনুবনা ফুবদা খাংবা ঙমদ্রদুনা

মশা মশাগী শকলোন লৌদুনা মখোযবু ফুবিগনু সনা লুপা মযাম অমা পীগে হাযবমলগা পাইদুনা স্বর্গদা চংখিরম্মী। লাইনা থৌদোক অদুগী মরমদা খংলবা মতুংদা অমুক দূত মযাম্বু কৌবগা মরাইবক্তা অমুবা অমমম থিল্লগা হনুবগী মযুমদা চংন্নবা যাথং পীখিবমই। হনুবনা লাইবক্কী অমুবশিংদো হেক উবগা শিজবনি হাযবম্মী। রাফমশিংদো মকুনা খংজিল্লবা মতুংদা হনুবগী মনাক্তা চংখ্রগা হাযবম্মী —— নঙবু হাংন্নবা লাইগী দূত মযাম অমা মবাইবক্তা অমুবা থিন্দুনা লাক্লগনী। মবম অদুনা শুমাং-মাঙোলসিদা অহিংবা শা-উচেক মযাম্মা পুন্দুনা থম্মু অদুগা নঙদি ইমুংদা কাংখল থাদদুনা নমিং ওইশিল্লগা হিপ্তুনা লৈযু। মকুগী রাফমশিংদো ইন্দুনা পুন্নমক চপচানা শিনখিবম্মী। দূতশিংদুনা লাকপদা শা-উচেকশিংদো উবদা মবুক থন্না থন্না চাশিল্লগা মথৌ মশক খংদনা ঙৈহাক লৈবল্লগা পাইদুনা লোযনা চংখিবম্মী। মকুসু মখোযনা লাইদা কবি পাউদমগদগে হাযনা মতুং ইন্নদুনা চংখিবম্মী। থৌদোক পুম্বা খংলগা লাই মশামক চত্তুনা হনুবা হাংলগে হাযবকপদা মকুনা ফিংগত্তুনা হনুবগী মনাক্তা লাক্লগা রাফমশিংদো তম্লম্মী। রাফমদো তাবদা হনুবদো যাম্না কিবম্মী। মদুদা মকুদুনা কিকগনু লাইনা হেক লাকপগা ফিশেং শেত্তুনা ধুপ থাউমৈ হৈকক্লচিংবা কত্তুনা খুকম্মু হায়না পাউতাক পীখিবম্মী। হনুবা খুদক্তা শেম শাবা লোযখ্রে। লাইনা লাকপা উবদা হনুবনা ধুপ-থাউমৈ হৈকক্লচিংবা কত্তুনা খুকমখিকম্মী।

মদুদা লাইনা পেল্লদনা হনুববু অমুক নহা ওইজবো হাযনা বর পীবগা লোযননা শিখ্রবা মচা নুপাদুসু অমুক হিংখৎহল্লগা লাইদো মাংখিবম্মী। মকুদুসু লাইগী মতুং ইন্দুনা স্বর্গদা চৎখিবম্মী। মকুনা মখোযবু থাদোকলল্লগা পাইদুনা স্বর্গদা চৎখিবদো চিংনা যেংলগা হনুবনা মচাশিংবু যেংদুনা হাযজখিবম্মী ——ইচাশা মকুসিগী মথরায কল্লুবদগী ঐখোযগী থরাযসু কল্লমলে। থরাযদি চপ মান্নে। থরায অমা লৌবা হাযবসে অচৌবা পাপ্নি অদুনা ঐখোয পাপ লংজবা থবক্তী তৌফদে।

হনুবদো লাইনা পীবম্বা বব অদুনা অমুক নহা ওইদুনা মচাশিংগা পুন্না নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখিবম্মী। * * *

---

**অঙাংশিংনা খংজিনবা যাবা খবা -**

২০১২গী লণ্ডন ওলিম্পিক্তা মণিপুবগী কবম্বা শান্নবোযনা মেডল ফংঙকখিবগে ?

এম সি মেবী কোমনা বোক্সিংদা (ব্রোঞ্জ)।

ভোলীবোল কনানা পুথোকখিবগে ?

আমেবিকাগী উইলিযন মার্গানা - ১৮৯৫ দা মসি ১৯৬৪ ইংদগী ওলিম্পিকী মনুং চানখি।

পৃথিবীগা চাংদমনবদা নুমিৎনা কযাম হেন্না চাউবগে ?

চৌরাক্লা লাখ ১৩ মুক।

# মচিন মৌপ্পা
(কাববিগী ফুঙ্গা ৱাবী)

থাযনা মমাঙঙৈদা মাচিন মৌপ্পা অমা লৈবম্মী। মৌপ্পাদুগী মমিং কোবহন জাংবেস কৌবম্মী। অঙাং অনীদো পিক্লা মমা শিখিদুনা কাযনবা তাখিবমই। মপাদুনা মচা অনীবু যেংবিনবা অতোম্বী অমা থিদুনা মযুমদা পুবক্লম্মী। অদুবু যেংশিনবিবদি লাইবদনা মপা হেক মযুমদা লৈতবদা যাম্না ওৎ-নৈবিদুনা ফু-চৈদুনা তৌবিবম্মী।

মপাদো অযুক অঙনবদা চীংদা পাম শুবা হেক হেক চৎলম্মী। নুমিৎ যুংলকপা মতমদা মপাগী চাক থিনবা অঙাং অনীদো তত্তনা থাবম্মী। মদুদা নৃপী অতোম্বীদুনা মচিন-মৌপ্পাদা যেংলগা হাযবম্মী —— নখোয নপাগা পুন্না হেম তাপ (শগাইগী যুম) দুদা চাকক চামিন্নগনু। নপানা হেম-তাপ্তা অদুগা নখোযনা মখাদা লৈপাক্তা ফম্লগা চাগদবনী, খংলব্রা ? হাযনা কিহনল্লকপদুদা অঙাং অনীদুনা কিনা হোয হোয হাযনা খুমখিবম্মী। মখোযগী অমগা মপাগী অমগা চাকযোম অনী পুদুনা মপানা পাম শুবিবা মফমদো তান্না চৎখিরম্মী। মপাগী মনাক যৌবগা হেম-তাপ্তা কাখৎলগা মপাগী শকুক্তো পীবল্লগা মখোযনা লৈপাক্তা ফম্লগা কপ কপ্তুনা চাক্তো চাবম্মী। অদুম হাযনা নুমিৎ কযানী হৌখিবম্মী।

নোংমা মপানা কবিগীনো ইচা অনীসি ঐগা পুন্না চাক চাদ্রিবসে, মসিগী মরম অমা শোইদনা লৈবমবা তাই খন্দুনা অঙাং অনীদুনা মখাদা

কপ কপ্তুনা চাক চাবিবদো মপানা হেম-তাপ্তগী লেপখৎলগা যেংথবকপদা মখোযগী চাক অদুদি উচেক মতু-ফত্তা হৌদি কযা যানশিন্‌বদুদা অঙাং অনীনা চাক মরু অমমমতা খল্লগা কপ-কপতুনা চাবা ওইবমলে। খৌদোক অদুদা মপাদো থম্মোয কাইখি অমসুং মচা অনীবু চিংনা যেংলগা ইচাশা নখোয যাম্না ৱাবেকো। নখোয অমুক হিংলুবগী কবিসু কানদ্রে, শিখিবনা হেন্না ফবে খনখিবম্মী।

নোংমা মপানা অঙাং অনীদো চীংদা কোইকসি হাযদুনা চাকযোম পুদুনা চৎখিবম্মী। অসুম অসুম চৎখিবদা চপ-যুংবা মথক্তদি মতাদি মান্নবা নুং অমা মপানা উকবদা মসিদা মতা চাবে খন্দুনা চীংৱা অনীখক যাল্লগা কৈবাক অমা শেমলগা মখোযনা নুংদুদা কাখৎলগা মপাদুনা চাকযোমদো পুখোক্তুনা মচা অনীবু মবুক থন্না পিজবগা নুংশিনা নানবিখিবম্মী। মদুদা অঙাং অনীদো তুমথখিবদা মপানা নুংদগী কুমথবক্লগা কৈবাক অদো লৌথোক্লম্লগা কপ কপ্তুনা মযুমদা হনখিবম্মী। মিকপ থোবকপদা মপা লৈবমদবা উবদা মৌপ্পানা মপা কৌদুনা কপ্পদুদা মচেনা নুংশিনা নানবিবগা থেমখিবম্মী। মখাদা কুমথগে তৌবদা কৈবাক লৈবমদবদুদা কুমথবা ঙমখিবমদে। মচেনা কোইনা যেংলকপদা ৱাপন্দগী ৱানৌ অনীখক মখোযনা লৈবিবা নুংপাকদোমদা হাইদবপ তৌনা খবা লাপ্তক্লা লৈবা উবকপদা

—— হে ৱানৌ অনী ঐখোযবু তাইবংসিদা হিংদুনা লৈযু তল্লম্লবদি

নখোয ঙসি অহিংসিদা শাংদোকরক্তুনা ঐখোযনা লৈরিবা নুং অসে থেংলোলাও। হায়বমলগা তাম্লবা মী পোঙ অমত্তা লৈত্রবা চীংনুংদুদা কপ-কপ্তুনা নুংপাক্তুগী মথক্তা কোবহন মচিন-মৌপ্পাদো কোনশিন্দুনা তুমখিবম্মী। নোংঙাল্লগা মখোযনা হৌগৎলকপদা রানৌ অনীদুনা নুংপাক্তুদা হাইথদুনা থেংদুনা লৈবমবা উবদা যাম্না হবাওবম্মী। মদুদা পাযবগা তপ্না তপ্না মখাদা কুমথখিবম্মী। ঈশ্বরনবু কল্লগে হাযনা কনখ্রবদি কনাসু কবিসু তৌবা ঙমদে হাযবগুম মচিন-মৌপ্পা অদুসু নোংমগী অফং অফংবা থিবগা চাদুনা নোংমা নোংমগী চাওবক্তুনা লৈশা পাখং ফাবকলবদা চীংদুদা মফম চাবা অমা যেংলগা হেম-তাপ অমা শাবগা পাম শুদুনা লৈবম্মী। নোংমা লৈশাবীদুনা শমদা রাগী উতোং অশাংবা খবা হপ্লগা লোক্তগী ঈশিং শোকপা চৎলমই। মদুদা অমন্বা উতোংমচা অমা তাদুনা লৈবম্বাদুদা ঈশিং কল্লগা হেক থকলুবদা উতোংদুদা যাওবম্বা লীনগী মকুম অনীখক্তো লৈশাবীদুগী মবুক্তা চংখিবম্মী। খবনী মতুংদা মকুমদুনা লীন ওনদুনা লৈশাবীদুনা হেক তুমখিবগা মযাদগী থোবক্তুনা মৌপ্পা নুপাগীদমক থোংদুনা থমলিবা চাক অদো চফুদগী নোংমা কাযদনা খোত্তোক্তুনা চাথোক্লম্মী। চাবা হেক লোযবগা লৈশাবিদুগী মবুক মনুংদা অমুক চংদুনা লৈখিবম্মী। কোবহনগী মচেনা নুংথিল তুম্বা হৌগৎলগা যেংবদা চফুদা চাক মকু অমত্তা লৈবমদবা উবদা যাম্না ঙকখিবম্মী। অমুকসু মৌপ্পাগীদমক চাক লোংবা তাখিবম্মী। নোংমা কাযদনা মৌপ্পানা

থবক্তগী হল্লক্লগা চাকশা চাবা ফংবদুদা মচেদা হংবদা মচেনা ——— ঐনা চাক থোংদুনা থল্লগা ঙৈহাক তুমথরুবদা হেক্তা চফুদা চাক য়াওরমদে। রাফমদুদা মৌপ্পানা চিংনরদুনা নোংমা নুংথিল অমা থবক্তগী ঙন্তা হল্লক্লগা লুমদুনা যেংবদা মচেনা তুমথখিবগা মাগী মযাদগী লীন অনীখক থোরকপা উবদা খুদক্তা থাংনা কাক্তুনা হাংলগা ইখোল মচি অমদা ফুনশিনখিরম্মী।

মতম খরগী মতুংদা ফুমখিবা লীন অনীদুনা লৈ পাম্বী ওইনা হৌরগা ফজবা লৈ কযা শাংলম্মী। লৈদো উবদা লৈশাবীদুনা হেক্তুনা চিনিংলুদুনা হেকলুবদা মখোংদা লীন মরুনা যুদুনা জ্ঞান মাংদুনা তাদুনা লৈখিরম্মী। মতমদুদা মৌপ্পা কোবহন্দি পাম শুবা চংখিরম্মী। নিংথৌনা শাদান্না লাকপদা লৈশাবী অমা তাদুনা লৈবম্বদুদা চংশিল্লগা যেংবদা মখোংদা লীন মরু চংদুনা লৈবা উবদা মদু লৌথোকপা ঙম্বা উচেক কযা কৌরগা লৌথোকহন্বদা জ্ঞান তারক্তুনা ফুক হৌগত্তুনা ফম্লম্মী। লৈশাবীদুনা নিংথৌদা মৌপ্পাগী রা হাযবা থোংপা অমত্তা তাদঙৈ নমদুনা পুরদুনা চংখ্রগা রাণী ওইহনখিরম্মী। অমরোমদনা কোরহন্না পামদগী হল্লক্লগা মচেবু কৌদুনা কোইথি থিখিরম্মী। থিবমখৈ থিরবা মতুংদা মচেবু থি-খংঙক্ত্রবদুদা কোরহন্দো থম্মোয শোক্ল কপখিরমই। রাণী ওইজরবসু মচেদো মৌপ্পাবু নীংশিংদুনা নোংমত্তা কপ্প লেপ্রমদে। নিংথৌনা রাণীগী মতৌ উবদা খুদক্তা মখুৎ মশা হৈরবা শিল্পি অমা কৌরক্তুনা রাণীগী চপ চাবা মূর্তি অমা শাহল্লগা লমলোং মরি ফাংব

খিন্দুনা থমহনখিরম্মী। অদুগা মনাইশিংদা মূর্তিদো কনাগুম্বনা হেক উবদা মনাক চংশিল্লক্লগা পায়রবা নত্রগা কপ্লবা য়াওররবদি ফাদুনা পুরকউ হায়দুনা য়াথং পীখিরম্মী। অচং অওকশিংনা মূর্তিদো য়েংলগা ফজে হায়নরক্লগা চংখিরম্মী। রাণীগী মৌপ্পা কোবহনসু মতোমতা মফম খংদনা পুংচং চংলুরবা মতুংদা মী তাবা খুনশিং থিদুনা লাকপদা লমলোং মরি ফাংবদুদা মচেগী মূর্তি অমা খিন্দুনা লৈরমবা উবদা চেনশিল্লগা কোন্দুনা কপখিরম্মী। থৌদোকতু উবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা ফারগা নিংথৌগী মনাক্তা পুদুনা চংখিরম্মী। রাণীনা কাযনরুরবা মৌপ্পাবু অমুক হন্না ফংলবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে। নিংথৌনা কোরহন জাংবোসবুসু লৈবাক অমা পীদুনা নিংথৌ ওইহল্লগা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈহনখিরম্মী। * * *

---

**অঙাংশিংনা খংজিনবা যাবা খবা :-**

**করম্বা উচেক্লা মহুম শাদবগে ?**

**ঃ কুকিল।**

**করম্বা সহর ঈশিং মখাদা লৈবগে ?**

**ঃ ভেনিস।**

**করম্বা লৈবাক্তা পুলিস অমদি খাজনা লৈতবগে ?**

**ঃ এণ্ডোরা**

**হৌজিক মালেমগী খ্বাইদগী চাওবা হোটেল করম্বনো ?**

**ঃ আমেরিকাগী নেভেদা এক্স কেলিভার হোটেল। কা - ৪০৩২নি অমদি থবক সুবা মীনা- ৪,০০০ নি।**

# অচুম্বা চৎপা হুরান্না

## (পাকিস্তানগী ফুঙ্গা ৱাবী)

থাযনা মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা অফাওবা হুবানবা অমা লৈবম্মী। মাগী মিং চান্দু কৌই। মহাক হুবানবা হাযবিবা বিদ্যাদু অদুক্কী মতীক হৈবম্মী, মাবু নোংমতসু কনাগুম্বা অমত্তা ফাবা ঙমলমদে। অদুনা মহাক হুবানবা চান্দু হাযনা ফাওবমই। চান্দুদি শা-উচেকশিংগী মবোল ফজনা খংলম্মী। অদুনা মশাগী খুদোংথিবা কযাদগীসু ঙাকথোকচবা ঙমজখিবম্মী।

চান্দুনা লৈবিবা লৈবাক অদুগা থংননা চোকুব কৌবা নিংথৌ অমনা লৈবাক মপু ওইদুনা লৈবমই। চোকুব নিংথৌ অচুম্বা পামবা অবানবা তৌবা যাদবনা মরম ওইদুনা মাগী লৈবাক্তুদা হুবান-চিন্থি তৌবা মী অমত্তা লৈবমদে। ৱাফমদো তাবদা চান্দু লৈবাক্তুদা চত্তুনা মীগী মবল হুরাননিংবগী ইথিল অমা মথম্মোযদা ফাওবকপদগী চোকুবগী লৈবাক্তা চৎখিবমই। মানা লৈবাক্তুদা অসুম চৎলিঙৈদা লল্লোনবা নুপা অমনা শগোলদা পোৎচৈ খবা হাপলগা চৎলমবদু চান্দুনা থেংনকুই। মখোয অনী অসুম ৱাবী শাদুনা চৎপদা কনানো, কবি লমগীনো হংনবদা চান্দু হুবানবনি খংলবদুদা লল্লোনবা নুপাদো যান্না কিরম্মী। মানা কিবিবদো উবদা চান্দুনা নুপাদুদা যেংলগা করিমত্তা কিক্তনু, ঐনা নঙগী কবিসু মাংননবা তৌবোই হাযখিবমই।

মখোযনা অসুম চৎপদা উমং অমা ফাওদুনা চৎপা তাবমই। মদুদা উচেক অমখক্লা চান্দুবু যেংলগা কবি কবিনো হাযবকপদো চান্দুনমুক পাউখুম পীখিবদো তাবগা চৎমিন্নবিবা নুপাদুনা কবি ঙাংনবিবনো হাযনা হংলকপদা চান্দুনা খুমখিবস্মী উচেকসিনা হাযবি নঙগী শগোলদা পুবিবসে সনা মতুম চামখক্লী মদু নঙনা নখুৎ চনশিননবা হোৎনৌ হাযবিবা। মদুদা ঐনা মাদি হৌজিক ঐগী মকপনি মকপকী মাংননবা শিনফদে হাযনা পাউখুমলিবনি। রাফমশিংদো তাবগা লল্লোনবা নুপাদুনা মাদি হুবানবনি কবম্না মাবু থাজগনি হাযনা মথস্মোযদা খল্লগা চান্দু উহন্দনা মাগী সনাশিংদো শগোলদগী লৌথবগা মখুৎনা পাযশিনখিবস্মী। অমুক খবা চৎলগা লমহুই অমনা কবি কবিনো খবা হাযবকপদো চান্দুনসু পাউখুম খবা পীখিবস্মী। মখোযগী ঙাংনবদো তাবগা লল্লোনবদুনা কবি হাযনবিবনো হংলকপদা চান্দু লমহুইসিনা হাযবকই, নঙনা ঐবু থাজবা ঙমদবদগী সনাশিংদো শগোলদগী লৌথবগা নখুৎনা পাযশিনখ্রে অদুনা নঙবু হাত্তোক্লগা সনাশিংদো নখুৎ চনশিল্লু হাযনা ইনশিল্লকলিবা। মদুদা ঐনা, অমুক মকপ শান্নখ্রবা মীদুগী মাংননবা শিনবদি চান্দুগী লমচৎ নত্তে হাযখ্রিবা। চান্দুগী রাফমদো তাবদা নুপাদো ইকাযবনা শিবগা চপ মাননখিবস্মী। মানা চান্দুবু থাজকদবগীদমক ঙাকপিনবা হাযজখিবমই। অদুগা মকপকী রাসে কনামত্তদা হাযদোকচবোই হাযনা হাযখিবস্মী। মখোয অনীনা অসুম চৎখিদুনা নিংথৌ কোনুংগী ঙমখে

য়ৌরম্মী। লল্লোনবা অদুসু মযুম যৌরদুনা চান্দুদগী বিদায লৌরদুনা মযুমদা চংখিরম্মী। অদুবু লল্লোনবা নুপাদুনা মশাগী রা মশানা ঙাকপা ঙমদবদগী নিংথৌগী মনাক্তা চৎখিদুনা চান্দু হাযবা হুরান্বদু লাকই, মফম খরদা হুরান্বা চংগদৌরি হাযনা পাউদমখি। নিংথৌনা রাফমদো তাবদা ঙাকশেনবা কংখৎহনবগা লোযননা চান্দুবু ফাননবা লাং কযা থাকখিবমই।

মমশিল্লকপগা লোযননা চান্দুসু মাগী খুদোংচাবা অমা যেংদুনা অমমবদুদা অসুম চৎলিঙেদা নুপা অমা কোক হেক থেংনকবদা লৈবাক্তুদা হুরানবা লৈতে খংলগসু চান্দুনা থাং অমা পুথোক্তুনা নঙ কনানো শেংনা হাযযু নত্রবদি নঙগী হিংফম লৈতে হাযবকপদুদা নুপাদুনা তপ্না খুমলকখি, চোকুর নিংথৌনা হেক সিংহাসন্দ ফমখিঙেদগী লৈবাক অসিদা ঐগী হুরান্বা শিনফমসে শিজিন্নফম খংদনা লৈরকলে। মফমসিদা চান্দু হুবানবা লাকই তাবদা ঐসু মাগী মতুং ইনগে থোরকলিবনি। মদুদা চান্দুনা ঐনি হুরান্বা চান্দু হাযবদো হাযনা শক তাকপদা নুপাদুনা ফবে অদুদি ঐখোয অনী ইথৌ পাংথোকলুরসি হাযদুনা ইনাক কৈরাক খুনবা হিদিংগা লল্লোনবা অমগী মযুমদা চংখিরম্মী। লল্লোনবদুগী থোংশংবা নুপা অমা লৈবম্মী। মদু চান্দুনা শরক যেংলগা মচিন্দা ফিবুন নমলগা থৌবিনা চেজেং পুনশিনল্লগা চৎমিননরিবা নুপাদুদা শিননরমলগা মানা ইমুংদা চংখিরমই। যুমবু লল্লোনবা নুপাদুনা পিকথ্রবা থাউমৈ অমা থাল্লগা চেবাং অমদা কন্না মাগী লল্লোনবগী চাগা-চাদিং

হোত্তুনা লৈরম্মী। মাগী নৃপী অঙাংশিংনা চাক ঈশিং পুরক্তুনা থমলিবদো হন্না ফাও যেংদনা মাগী পৈশা অমথক্কীদমক ফরক তাদুনা তিনশিন্‌বা যাদদুনা মরক মরক্তা মতোমতা কদাযদা চেন্নরিবনো পৈশাসিমা তিনশিন্‌বা যাদ্রিবসিবু হাযদুনা মকোক হোংলগা মরুম মরুম শোল্লীবদো চান্দুনা তাবদগী মপান্দা থোবক্লগা নুপাদুদা যেংলগা চংলসি মরূপ হাযবকপদা নুপাদুনা কৈদৌরবগে হাযনা হংলকপদা চান্দুনা মসিগী অরিকপা লল্লোন্‌বসিগী মবলকা লৌকরবদি চাদা থক্তনা রাখল খনবদা শোইদনা নাদুনা শিবগনী, কান্নদে অতোম্পা অমদমুক যেংলুরসি হাযন্দুনা অনীদো মফমদুদগী চংখিরমই। অমুক ইনাকখুনবা যুম অমা যেংদুনা চান্দুনা মনুং চংখ্রগা পোংযোম খবা পুথোক্তুনা থোবকলগা মাগী মরূপ্তুদা শিন্নবমলগা অমুক ইমুংদা চংখিবম্মী। মানা চংখিবদা অমমবদুদা চফু অমদা খুদি থিদুনা রাইশিল্লুবদা মসিবু করি যাওবিবগে হাযনা যেংলুবদা অকুম্পা করিনো খরা যাওরমবদো মখুৎনা লৌরগা তংঙদুনা যেংবদা[illegible]ম ওইরমবদগী অমুক ইমুংদগী থোরকলগা নুপাদুদা শিন্নবম্বা পোংশিংদো অমুক লৌরগা ইমুংদা পুশিন্দুনা থমলুরগা থোরকপদা মরূপ্তুনা কবি তৌরে হংলকপদা চান্দুনা যুমবুসিগী থুম খরা চারুরে, ঐদি মীগী থুম চারুরবদি মাগী মাংনবা শিনবা ঐগী লমচং নত্তে। অমুক অতোম্প অমা য়েংলুরসি হায়ন্দুনা চংখিবদগী নিংথৌ কোনুং য়োখিরম্মী। চংমিন্‌নরিবা নুপাদুনা চান্দুবু যেংলগা মরূপ নিংথৌগী কাংথোল মখাদা

সনা যান্না থমলি হাযবা তাই। মদু লৌবকপা ঙমলবদি ঐখোযদা যান্না কান্নগনি হাযবকপদা, চান্দুনা ফবে অদুদি ঐ চৎলুখিগে হাযবমলগা চংখিবন্মী। চান্দুনা চংখিবগা নিংথৌগী হুইদুনা চেকশিল্লু হুবান্বা চংঙক্লে হাযদুনা খোংলকপদা হুই অমনমুক কবিগীনো নঙনা অদুক যান্না রাবিবিবদী ? উদ্রা নিংথৌ মশামক্লা সনা লৌকচো হাযদুনা থাজিল্লকলিবসে ? হুইশিংদুনা হাযনবিবদো তাবগা চান্দুনা খংবা ঙমখ্রে, মাগা লোইনবিবসি অতৈ কনাসু নত্তে চোকুব নিংথৌনি হাযবা । মানা পবপ পবপ থোবক্লগা শাদ্রোং শানা খুকমলগা ইনিংথৌ ননাই চান্দুবু ঙাকপিযু হাযবকপদা নিংথৌনা চিংখৎপিবগা নঙদি ঐবু কবম্না খংবা ঙমলিবনো হাযনা হংলকপদা চান্দুনা হুই অনীনা শান্নখিবা রাবীদগী খংবা ঙমলিবনী হাযনা খুমখিবন্মী। অমুক নিংথৌবু যেংলগা- ইনিংথৌগা অহিং অমা লেঞ্জবা ফংজবসে ননাই ঐহাক্কীদি লাইবক ফবনি। ননাইগী অবোন অরান ঙাকপিদুনা চৎননবগী যাথং পীবিরো হাযবকপদা নিংথৌনমুক হাযখিবন্মী- অহিং অমদা নঙগী নবুকচেল খংবা ঙমলে। অচুম্বা পাম্বা অশেংবা চৎপা হাযবসে পূন্নমক্তগী অথোইবনী। নঙগী নশাদা লৈবিবা গুণশিংদুনা অচুম্বা চৎপা হুবান্বা হাযনা মীযান্না খংনবিবনি। নুংঙাইবে নঙ অমা ঐগী লৈবাক্তা লাকপসে, ঙসিদগী নিংথৌ ঐগা মরূপ শান্নবসি হাযদুনা মরূপ শান্নদুনা চান্দুসু মতম খবা লৈবাক্কুদা লৈদুনা নুংঙাইনা লৈখিবমই। * * *

# লাল্লুবগী মহয়

থাযনা মমাঙঙৈদো থম্মোয শেংবা মপুক্নিং তিংজবা নিংথৌ অমা লৈবম্মী। নিংথৌদুগী মচা নিংঙোল বাজকন্যা অহুম যাওবম্মী। নোংমা বাজকন্যা অহুমদুনা লৈকোন্দা অসুম কোইনা চৎপদা খবা কাচিন ওইবপ্না পুংথোল পাম্বী অমা হৌবা উবম্মী। পুংথোল চাবাদো স্বর্গদগী লাইনুবা অমনা পুবল্লগা নিংথৌদা পীবম্বনি। পীবম্বা মতমদা নিংথৌবু যেংলগা হাযবম্মী- মসি মহয পাল্লকপদা নিংথৌ নহাক নত্তনা অতৈ কনামত্তনা হেক্কুনা চাবা যাবোই হেক চাকুবদা খুদক্তা লৈপাক মনুংদা চংখিগনি। নহাক্তবু পুন্সি নুংশাংনবা পীবম্বনি হাযবল্লগা লাইনুবাদো মাংখিবম্মী। নিংথৌনসু মতমদুদা লাইনুবাগী রাফমশিংদো মচাশিংদা তমদুনা তাহনখিবম্বনি অদুবু মতমনা অসুম হৌজিনখিবদুদা রাফমশিংদো লোযনা কাওথোকনখিদুনা ফজনা পাম্বীদা ঙকশং ঙকশং ঙাংনা পান্‌বা উবদা চানিংমনখ্রদুনা বাজকন্যাশিংদুনা হেক্কুনা চাকুবদা খুদক্তা লৈপাক্তো মতোমতা চেখাযবক্কুনা অহুমমক পুন্না লৈনুংদা চংখিবম্মী। থৌদোক্কুদা মপাবুং নিংথৌদো থম্মোয কাইখিবমই। মচাশিংগী রাখলদা লৈতাফম লৈত্রবা নিংথৌদুনা মচাশিংবু লৈনুংদগী পুবকপা ঙম্বা নুপাদুদা মন্ত্রীফম অমা পীবতা নত্তনা বাজকন্যা অমসু লুহোংদুনা পীগনি হাযনা লাওথোকখিবম্মী। লাওথোকপদো তাবদা নুপা অহুমখল্লা লাল্লগা থিদুনা পুথোবকপগী থৌদাং লৌদুনা শগোল অমমম তোংদুনা চৎখিবম্মী। মখোযনা চৎখিদুনা উমং অমদা ঙৈহাক পোখাবিঙৈদো পুন্নমক্তগী

নহা ওইবিবা পাখং অদুনা মাগী শগোলদুমা তোংলগা কোইনা উমংদুদা চংপদা খংহৌদনা হনুবী অমা চৈশু পাযদুনা মনাক্তা লেপ্লবগা ইবুংঙো নখোযনা থিদুনা লাকলিবদো অদা উবিবা উবি রাবিনা যোমশিদুনা লৈবিবা মফমসিদা গুহা অমা লৈবনি, মদুদা চংলগা বাজকুমাবীশিংবু বন্দী তৌদুনা লৈবিবা কৈশুমশঙদো থেংনগনি। কৈশুম শঙদুবু শংলিবা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবদো হাত্তোক্লগা বাজকুমাবীশিংদো পুবকপা নত্তনদি নঙনা খন্দুনা লাক্লিবা রাখলদো থুংবা ঙমলোয হাযবমলগা হনুবীদো চংকে তৌবদা নহা পাখংদুনা মদুগী পাম্বে অমত্তা পীবিবম্মু হাযজবদা হনুবীদুনা ওনশিল্লকলগা ফবে ফবে নঙনা হিংচাবদো হাৎলগা বাজকুমাবীশিং লৌথোক্তুনা পুবকপা পামলবনিনা হাযবগা মাগী ফিদা পুন্দুনা পুবকলিবা লুপা মচু মান্বা মক মচা অহুমখক পুথোক্তুনা পীবগা মসি নঙনা নচিন্দ হেক উমশিলবগা হিংচাবদুদগী শকক কযা হেন্না নপাঙ্গল কনগনি। অদুগা নঙগা লাকমিন্নবিবা অনীদো মবুক কযা শেংবা উদে, মখোযদগী চেকশিল্লু হাযবমলগা হনুবীদো খবা চংখ্রগা মিংকী মাঙদগী মাংখিবম্মী। নহা পাখংদুসু রাখল নুংঙাইনা লাকমিন্নবিবা অনীদুগী মনাক্তা চংখিবম্মী। মানা অনীদুবু যেংলগা মফম খংলে চংসি লাকও হাযদুনা অনীদো পুদুনা চংখিবম্মী।

হনুবীনা হাযবম্বা মফমদু মখোযনা যৌবগা উবি-রাবিশিংদো হাইদোকলুবদা অচৌবা গুহা অমা লৈবম্বদো থেংনখিবম্মী। গুহাদুদা কনা

কুমগনি হায়নবদা অনীদুদি কুমনিংদবা কৌবনিনা নহাদুদা কুমনন্বা হাযখিরম্মী। নহাদুনসু ফবে ঐ কুমদুনা লাইবক যেংলুবগে অদুবু কুমন্নবা পাম্বে অমা যেংশি হাযনদুনা মফমদুদা হৌবিবা উবি অকন্বা-অশাংবা অমা খন্দুনা কল্লগা খোংনা নেৎনন্বা উশা অমা কক্তুনা পুনশিল্লগা নহা পাখংদো ঐ কুমলগে অদুগা ঐনা উবিসি নিকলকপদা হেক্তা চিংখৎলু হাযবমলগা কুমথখিবম্মী। হেক কুমথখিবগা সুকংদা চংবা লম্বী অমা লৈবম্মী। লম্বীদুদা খবা চৎলগা হনুবীনা হাযবকপগুম মশা-মাউ ফখ্রবা হিংচাবা অমা বাজকুমাবীশিংবু ফাদুনা থমলিবা কৈশুম শঙদুগী থোং মযাদা লোংতা তাদুনা নাখোক্তুনা তুমদুনা লৈবম্মী। পাখংদুসু অমুক পন্থদনা হনুবীনা পীবকপা লুপা মচু মানবা মক অহুমদো উমশিল্লগা তুমলিবা হিংচাবদুগী মথক্তা চোংশিনখিবমই। হিংচাবদুসু খংদুনা ফন লাওনা চোংথোবক্লগা পাখংদুগা মখোয অনী পুং কযা অকন্বা লান অমা থেংনখিবম্মী। মমৈথংদা পাখংদুনা ঙমদুনা হিংচাবদো হাত্তোক্লগা বাজকুমাবীশিংদো কৈশুম শঙদগী লৌথোক্লগা লৈবিবা উবিদুনা অমমতা তৌদুনা মথক্তা চিংখৎহনখিবম্মী। পাখংদুগী পাল্লী তাবকপদদি উবিদো গুহাদা থাদবমদনা নুপা অনীদুনা বাজকুমাবী অহুমদো পুদুনা কোনুং পাংনা চৎখিবম্মী। নহা পাখংদুনা কবিসু পাম্বে লৈতনা গুহা মনুংদুদা মতোমতা কপ্তুনা লেনখিবম্মী। মাগা লাকমিন্নবিবা অনীদো মবুক শেংদে হনুবীনা হাযবকপা রাফমদো নীংশিংদুনা কোইনা

কৈশুম শঙবোমদা যেংলুবদা মোইবুং অমা উবদগী লৌথদুনা খোংবদা হনুবীদো তাবদগী মফমদুদা লাল্লগা নহা পাখংদো লৌখৎপিবগা যাংনা কোনুং যৌবা যাবা অশম্বা লম্বী অমা তাকপিদুনা থাখিবম্মী।

নহা পাখংদুনা অসুম চৎখিবদা কোনুং চৎপগী লম্বী-থোংশিংদো যাম্না লু নান্দুনা লৈবম্বা থেংনবম্মী। মীওই খবদা হংবদা মাংলুববা বাজকুমাবীশিংদো যাম্না অশোংবা উমং অমগী মনুংদা লৈবা গুহা অমদগী ফংদুনা পুবকপদুদা নিংথৌনা হবাওমনখিদুনা লৈবাক মীযাম্বু হযেং চাক পিজগদৌবি অদুগা নুমিৎ অফবা অমা যেংলগা বাজকুমাবী অহলগা যাইমগা নুপা অনীদুদা লূহোংদুনা পীবনি হাযবি। রাফমদো তাববা মতুংদা নহা পাখংদুনা চৎখিদুনা কোনুংদা চংখ্রগা নিংথৌগা উনখিবম্মী।

মথংগী নুমিত্তা মন্ত্রী-ফম্নাইবশিং অমদি লৈবাক মীযামসু নিংথৌগী চাকলেন্দুদা যাওনন্‌বা কোনুং পাংনা লাকন্‌বা হৌনখিবম্মী। মীযাম্না লাকপদা শকখংদবা নহা পাখং অমা নিংথৌগা থংননা ফম্মীন্নদুনা লৈবম্বা উবম্মী। মন্ত্রী -ফম্নাইবশিংদি হাইফেৎ থৌদোক অদু পেন্নবমদে। অদুবু নিংথৌনা যাদুনা ফমলিবা কৌবনিনা মখোয়সু কবিগুম্বা অমা হাযজবগী মপাঙ্গল লৈবমদে। চাবা থকপা লোযববা মতুংদা নিংথৌনা লাওথোরকখিবম্মী। রাজকুমাবীশিংবু গুহাদগী লৌখৎলগা পুবকই হাযবিবা নুপা অনীদো মফমসিদা পুদুনা লাকও হাযবগী মতুং ইন্না নিংথৌগী মনাইশিংনা পুদুনা লাকখিবমই।

নিংথৌনা মখোয অনীবু যেংলগা নখোয শেংনা বাজকুমাবীশিংগী ওইখিবা থৌদোক্কী মবমদা হাযক হাযবকপদা অনীদুনা কিমনখিদুনা মশা থক থক নিক্তুনা থৌদোক পুম্বা অমত্তা চিখদনা মকোক্তগী মতোন ফাওবা লিদুনা তাহনখিবম্মী। রাবী-রাখোংশিংদো তাবদা নিংথৌতা নত্তনা তিল্লীবা মীযামদো যাম্না পেন্নবমদে। মীবু থাজবা মাংহন্‌বা মশানসু ঙমদবা থবক মীনা পাংথোক্লগনা মীহৌদুনা কল্লক যেংথিবা অসিগুম্লবা মীশিংসে ঐগী লৈবাকসিদা লৈহন্‌বা যাদ্রে অদুনা ঙসিমক মীহাৎপদা শিন্নখো হাযবল্লগা নিংথৌনা নহা পাখংদু পুদুনা সনা কোনুংদা চংখিবম্মী। মীযাম্নসু লাল্লুববদি মহয ফংবা তাবনি হাযনদুনা মযুম মযুমদা হন্নখিবম্মী।

নুমিৎ অফবা অমা যেংলগা বাজকন্যা অতোম্বীগা নহা পাখংদুগা লুহোংবিখিবম্মী। লুহোংলবা মতুংদা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখিবম্মী। * * *

---

মীথোই-মীহেনশিংগী বাণী -

১। মতম চাবিঙেদা চিন খুমজিনদুনা লৈবা, মতম চাবক্তগনা সুখন খম্বদনা ঙাংবা মতম অনীদুদা মীওইবগী অশোনবদো উৎথোকই।

- পাসীযান প্রবসন।

২। পুন্সিদা খুদোংচাদবা কযা মাইযোক্লববসু মীথোই-মীহেনশিং অমত্তনা রাকৎলকপগী খুদম লৈতে।

- আর ডব্লিউ এমারসন।

# শয়োন্নী উরোক

## (জাপানগী ফুঙ্গা রাবী)

থাযনা মমাঙঙৈদা জাপানগী খুঙ্গং অমদা কনা লৈজদ্রবা অহল ওইরবা লৌমী মতে মনাউ অমা লৈরম্মী। নোংমা লৌমী অহলদুনা মাগী লৌশিংদো যেংবা চৎপদা ফৌ পাম্বী মরক্তুদা মখোল অমা তাবদগী করিনো হাযনা চংশিল্লগা যেংবদা ফজখ্রবা ঙৌশোক ঙৌবা উরোক অমা মখোংদা মশাদা কবি করিনো মযাম অমা যেৎশিনবদগী নাম্বোক্তুনা পাইনবা হোৎনবগী মখোল ওইবমলে। উবোক্তুগী মতৌদো উবদা খুদক্তা চংশিল্লগা যেৎলিবশিংদো লৌথোকপিরগা থাদোকপিখিবম্মী। উবোক্তুনা অসুম রাংনা পাইখিদুনা অহলদুগী মীৎযেংগী রাংমা লানখিবম্মী। অহলদুসু জীব অমগী মথরায কনবিখ্রে খন্দুনা রাখল নুংঙাইনা মযুমদা হনখিবমই। নুমিদাংদা হনুবনা হনুবীদা উবোক্কী রাবীদো লিবিঙৈদা কনানো অমনা থোং খিল্লকপা তাবদা হনুবীনা হৌগৎলগা চৎখিদুনা হাংদোকলুবদা মশক যাম্না নুংশিবী নূপীমচা অমা লেপ্তুনা লৈবম্মী। হনুবীনা কবিগুম্বা অমত্তা হংবা নংদ্রিঙৈদা নূপীমচাদুনা মমশিল্লকপদগী লম্বী খংদদুনা ইবেনখোযসিদা চংলকলবনী, চানবীদুনা ঙসি অহিংসিমদং লেকহনবিউ হাযনা থোৎ নৌববা রাহৈনা হাযরকপদা হনুবীনা নুংশিনা কোনশিনবিদুনা ইমুংদা পুশিনবিখিরম্মী।

অঙাংশিং অমত্তা লৈত্তবা য়ুমদুদা অঙাং নৃপীমচা অমা লাকপদা হনুবা হনুবীদো নুংঙাইবগী ঙমখে লৈরমদে। নৃপীমচাদুগী হন্না যেংবদা কনা লৈত্রে তাবদা অমুক হেন্না লুনা চান্না তৌদুনা থমখিরম্মী। নোংমা নৃপীমচাদুনা অহল অনীবু যেংলগা ইপু-ইবেন নখোযসু অহলনিনা সুবা চৎপা রাশিল্লক্লে অদুনা ঐসু ইপু-ইবেনখোয়গী থবক ইংখাংদা অঙম্বা মতেং খরা পাংজগে হায়রকপদা মখোযনা ঙক্লা নৃপীমচাদুদা যেংলগা ইবেম্মা নঙনা হাযরিবদো ঐখোয ভাব অমা তাবা ঙমদ্রে। নঙগুম্বী পিকখ্রবী অমনা করিগী থবক সুদুনা ঐখোযগী ইতেং পাংগদৌরিবনো ? ঐখোযনা অঙম্বা খবা সু-চৎলগা অফংবদো হাও হাওতবা চামিন্নরগা লোযরে হাযবকপা তাবদা নৃপীমচাদুনা ঐগুম্বী কনা লৈজদ্রবী অমবু চংজফম পীবিদুনা লৈফম অমা পীবিবিবসে ঐনা মপোক কযাদসু লমন শিংজবা ঙমলরোই। অদুনা ঐনা হাযজবিবসে যাবিযু হাযজরকপদা অহল অনীদুসু যাবা তাখিবম্মী। নুপীমচাদুনা মানা হাযজবা যাববদুদা হরাওনা মখোয অনীবু যেংলগা ইপু-ইবেন ঐ হযেংদগী ফি শারগে, ঐঙোন্দা করিগুম্বা  মচাক অমত্তা পীবিগনু ঐনা লোযনা লাংজগনী। তৌবতবু ঐনা ফি শাবিঙৈদা কনামত্তনা যেংবিবক্কনু। নৃপীমচাদুগী রাহৈশিংদো তাবদা অহল অনীদো যাম্না ঙকখিবম্মী। মখোযসু হাযফম তৌফম খংদনা  হোয হোয় হাযদুনা খুমখিরম্মী।

নৃপীমচাদুনা অহিং অহিংদা মীচিক মীবাওখোল তাবক্রবা মতমদা

ফি শাবা হৌখিবম্মী। নোংঙাল্লকপদা মখল কযাগী ফি শাবা লোযবদুনা পুথোকলগা অহল অনীদুদা শিন্নবম্মী। মখোযসু কবিনো তৌবিবসে হাযনদুনা ঙক্তুনা লৈনখিবম্মী। ফিশিংদো যোল্লগা মখোযগী ইমুংদো অরাৎ অপা লৈতনা নুংঙাইনা চাবম্মী। অদুগা হনুবীদুদি নূপীমচাদুগী মতৌদুদা খংনিংবা যেংনিংবনা মাগী থম্মোযদা যাম্না লাংতক্লবম্মী। লাংতক্লবা অসুম অসুম হেঞ্জিনল্লকপদগী নোংমা হনুবীদো মশাগী থম্মোযবু ফাদবা ঙমদবদগী নূপীমচাদুনা শারিবা ফিদো যেংনিংমনখ্রদুনা চংদুনা যেংলুবদা হনুবীদো মংলা তাইবংলা হাযবা ঙমখিবমদ্রে। নূপীমচাদুগী মহুত্তা অঙৌবা-উবোক অমনা ফি শাদুনা লৈবম্বা থেংনকবে। হনুবীনা যেংলুবদুদা খুদক্তা উবোক্তুদগী নূপীমচাদো ওম্থোকখ্রগা হনুবা-হনুবীগী মমাঙদা লেপ্লগা অরাবা মাযথোংনা যেংলগা হাযখিবম্মী। ইপু-ইবেন ঙসিদি ঐসে কনানো হাযবদো শেংনা তাকচবগে। ইপুনা নোংমা লৌফমদা লাকপদা লৌবক্তা কবিগুম্বা খবনা যেৎশিন্দুনা পাইবা ঙমদদুনা লৈবম্বা উবোক অঙৌবীদো ঐনি। ঐদী স্বর্গগী লাইনুবানী মবক মবক্তা শাযোন ওন্দুনা মীবমলেন্দা চাক্তাবা লাকলম্বনি। ঐগী খুদোংথিবদা ইপুনা থরায কনবিদুনা নুংশিনা নানবিবগা ঐবু থাদোক্তুনা পাইহনখিবা, ইপুগী নুংশিবীবা অমদি চানবিহৈবদো ঐহাক্না কাওবা ঙমজদদুনা খজিক্তং ওইববসু মতেং পাংজদুনা নুংশিবীবগী লমন্দো শিংদোকচগে খঞ্জদুনা ইপু-ইবেনগী যুমসিদা শৈদাংদুনা লৈজবম্বনি। অদুবু ঐগী অশেংবা

লোযনা  খংবিববনিনা, ঐ অমুক মফমসিদা লৈবা যাদ্রে। ঐবু ৱারৌবিবগনু হাযবল্লগা নূপীমচাদো উবোক ওনখিদুনা নোংথক্তা মীৎযেংগী ৱাংমা লান্না পাইখিদুনা মফম খংদনা মাংখিবম্মী। হনুবা-হনুবীদো উবোক্লা পাইখিবা মাযকৈদা মীৎলু পিবাং শিন্থনা যেংদুনা লৈহৌখিবম্মী। অদুগা লাইনুবাদুদি লাইযামবক্তা তিন্দুনা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি। * * *

---

**অঙাংশিংনা খঙজিন্‌বা যাবা খবা** -

কবম্বা লৈবাক্তা বেল লাইন লৈতবগে ?

আইসলেণ্ডদা।

মহাভাবত্তা শ্লোক কযা যাওবগে ?

লাখ অমা।

শ্বেক্সপীযাবনা নাটক কযাখক ইবমবগে ?

৩৭ খক।

কবম্বা শা মবোল থোক্তবগে ?

জিবাফ।

চাইনাগী মরু ওইবা সহব কবি কবিনো ?

টিযেনচিন, সাংহাই, কেন্টন, নানকিং অমসুং চুংকিং।

# রাজকুমারীগী লৈপূন

## (স্বুইদেনগী ফুঙ্গা ৱারী)

থাযনা মমাঙঙৈদা হিদিংগা লল্লোনবা অমনা অচৌবা চাকলেন অমা লাংলম্মী। চাকলেনদুদা যুমথংনবা লৈবাক অমগী যুবরাজ অমসুং অতোম্পা লৈবাক অমগী রাজকুমারীসু যাওরম্মী। রাজকুমারীগী মশক মতৌ ফজবদো উবদা যুবরাজদুদি লূহোংদুনা মাগী তালোয ওইনিংবগী রাখলদা ঙাওখিরম্মী।

যুবরাজনা সনা কোনুংদা হনখ্রগা মমা মহারাণীদা চাকলেনদা থেংনখিরী রাজকুমারীদুগী মরমদা লিদুনা তাহল্লগা লুহোংদুনা লৌনিংবগী অপাম্বদো ফোংদোক্লম্মী। মদুদা মমা মহারাণীনা মশক্তা ফজবগা যাদে, নূপী ওইবিগী শিনফম কবি কবি হৈবগে হাযবদো খংদনা হেক্তা কবম্না ইমৌ ওইকগনী হাযবা রাফমদু তাবগসু যুবরাজদি ইকাযবা হঙোইবা পুন্নমক থাদোক্লগা রাজকুমারীবু হাযকনবা ফনা কন্না তকশিল্লবসু মমা মহারাণীনা শিখাং খাংনা যাখিবমদে। মমাগী মতৌদুদা যুবরাজদি তৌফম লাকফম খংদনা অসুম চংখিদুনা রাজকুমারীনা লৈবিবা লৈবাক্কুদা থুংখিরম্মী। যুবরাজগী মমানা পাল্লীবদো রাজকুমারীগী মপাবুং নিংথৌদা ফোংদোকলুবদা নিংথৌনা রাফমদো যাবদুনা মচানুপী রাজকুমারীবু মমান্নবী খবগা লোযননা যুবরাজকী মমা মহারাণীগী মনাক্তা থাখিরম্মী।

রাজকুমারীখোযনা থুংলুবা মতমদা মীযাম চংদুনা তবাম্না ওকখিরম্মী। নোংমা নিনি লৈববা মতুংদা নোংমা নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা লোযবগা

মহাবাণীনা বাজকুমাবীবু মতোমতা কৌদুনা পুখ্নগা পিকখ্রবা কা-খু অমদা পুশিল্লগা লশিং অমদি তিল মহুন্না পৈদুনা লৈবিবদো মোইথাপ নাইদুনা লং পুথোকউ হাযবমলগা মপানবোমদা থোং লোনশিল্লম্লগা মহাবাণীদো চৎখিবম্মী। মপুন্সিদা থবক মনা অমত্তা সুবকখিদ্রবী বাজকুমাবীদি শিন্নবম্বা থৌদাংদো উবদা কবি নুংগীনো খন্দুনা মমিত্তা পি তানা কপ্পুনা লৈবিঙৈদো মানা লৈবিবা কাদুগী থোংনাওদো যৈরকপদা রাজকুমাবীনা কিবোই হঙোইবোই তৌদুনা হৌগৎলগা থোংনাওদো হাংদোকলুবদা যেংবদা যান্না ফিভম লালুপ চাদ্রবী বিকাব থিববী হনুবী অমা লেপ্পুনা লৈবা উবম্মী। হনুবীদুনা কা মনুংদা চংঙক্লগা ইবেম্মা কবিসু রাক্গনু ইবেন লৈবি। ইবেন্না লোযনা শিনগনি, তৌবতবু নঙনা ঐগী রাফম অমদি ঙাকপা তাই হাযবকপদা বাজকুমাবীনা কবম্বা রাফমনো হংলকপদা হনুবীদুনা হাযখিবম্মী- নঙনা হযেং লুহোংলবা মতুংদা বাজকুমাবগী সনা কোনুংসিদা চাকলেন অমা শোইদনা লাংলনী চাকলেনদুদা নঙনা ঐবু যাওহনবগা লোযননা ঐসে নঙগী নতাবোইনি হাযদুনা মীযামদা শক তাক্কদবনী। হনুবীগী রাফমদো বাজকুমাবীনা চিংনবা লৈতনা হোয হোয হাযদুনা খুমখিবম্মী। মানা হাযবা যাববদুদা হনুবীদুনা রাজকুমাবীবু যেংলগা অদুদি ঐ মোইথাপ নাইদুনা লংশিংদো পুথোক্লগে নঙ পোখাজরু হাযবম্লগা মোইথাপ নাইবা হৌখিবম্মী। বাজকুমারীসু কাংথোলদা কাখৎলগা হিপ্পুখিবম্মী। কাক্লা লম্বাউ চেল্লকপা

মতমদা মিকপ থোক্তুনা ফুক লাওনা হৌগৎলগা মমিৎ নোই নোইদুনা যোংথোক্লকপদা লং মযাম অমা লৈবম্বা উবদা হনুবীদো কৌব্বদা মাদি লৈবমদবে। ঙেহাক লৈবগা মহাবাণীসু থোং হাংদোক্তুনা চংলকপদা লংশিংদো উবদা হবাওনা বাজকুমাবীবু থাগৎখিবম্মী। নঙ অমদি মাযপাকপা ঙমলেদনা হাযবল্লগা মহাবাণীদো থোক্তুনা চৎখিবম্মী। মহাবাণীগী অমদি হাযবা ব্রাফমদো তাবদা অতৈ খবাসু চাংযেং ব্রাৎলি হাযবদো বাজকুমাবীনা চিংনদবা ঙমখিদে।

নুমিদাংগী চাক ঈশিং তোল্লবা মতুংদা মহাবাণীনা বাজকুমাবীনা লৈবিবা কাদুদা লাক্লগা ফি শানবা মপোৎ মচৈ খবা পুবক্তুনা থম্লম্লগা লংশিংসে নোংঙানদ্রীঙৈ মনুংদা ফি শাদুনা পুথোকউ হাযবল্লগা মপান্দা থোং লোনশিল্লম্লগা চৎখিবম্মী। বাজকুমাবীনা কবিনো তৌগদৌবিবসে হাযনা মথরায নুংঙাইতনা উংদুনা ফমদুনা লৈবিঙৈদা থোংনাওদা কোক কোক লাওনা যৈবকপদা বাজকুমাবীনা হনুবীদো ওইবিদ্রা নত্রগা অতৈ কনাবু ওইবিগবা নিংদুনা চৎখ্রগা হাংদোকলুবদা হনুবীদো ওইবম্বদুদা বাজকুমাবীদো খবত্তং ওইববসু মাযথোং মকা লাংজখিবম্মী। হনুবীনা কা মনুংদা চংলকপগা মহাবাণীনা ফি শাউ হাযবম্বগী ব্রাফমদো বাজকুমাবীনা ফোংদোকখিবম্মী। মদুদা বাজকুমাবীবু নাম্ববিবগা খোইযুন্না শেমখবা নখোযগী পুন্সি-লৈপুননি কনানসু কাযহনবা ঙমলোয ইবেন লৈবি কবিগী ব্রাকবি, নঙ যেংঙু হাযবল্লগা হনুবীদুনা ফি শানবা শিল্লাংখিবম্মী। হনুবীদুনা ফি

শাবিবদো বাজকুমাবীনা ঙৈহাক যেংলম্লগা অদুমক তুমথখিবম্মী। নোংঙালমদাইদা হনুবীনা ফি শাবা লোইদুনা ইবেন চংখ্রগে, নঙগী লুহোংবা মতুংগী চাকলেনদুদা ঐবু যাওহল্লুকো হাযবল্লগা চংখিবম্মী। হনুবীগী ৱাহৈদো বাজকুমাবীনা মং-ওই হা-ওই তাবদুদা তুম্লবদগী হৌগৎলগা যেংথোবকপদা হনুবীদি লৈবমদবে অদুবু ফজখ্রবা ফি কযাদি শাবা লোযদুনা লৈবমলে। বাজকুমাবীনা ফিশিংদো নান্দুনা যেংলিঙৈদা মহাবাণীসু চংলকপদা ফিশিংদো উবদা বাজকুমাবীবু থাগৎখিবম্মী।

বাজকুমাবী মতাবোইশিংগা মবৈবাক্তা হল্লনখ্রগা নুমিৎ থাবান অফবা অমা যেংলগা বাজকুমাবগা লূহোংবিখিবম্মী। লূহোংলবা মতুংদা বাজকুমাবী থিল্লকপা নুমিৎ হুমনি সুবদা অচৌবা চাকলেন অমা লাংদুনা লৈবাক মীযাম্বু বার্ত্তন তৌদুনা পিজখিবম্মী। চাকলেন্দুদা হনুবীদুসু বাজকুমাবীনা বার্ত্তন তৌদুনা যাওহখিবম্মী। ফীভম লালুপ চাদবা যেংবদা মীনা হঙোইবা হনুবীদো মীযাম মবক্তা উবদা মহাবাণীনা শাওনা কনানা কৌকবিবনো অসিবু হাযনা হংলকপদা বাজকুমাবীনা মাদি ঐগী ইতানি অদুনা চাকলেনসিদা ঐনা কৌদুনা যাওহনবনি হাযনা খুমখিবম্মী। হনুবীদুনা কপ্পী-কপ্পী তৌদুনা মহাবাণীদা যেংলগা বাণী ইমা ঐসু নমৌ নুপীগুম্না ফজবম্বনি অদুবু লাইবমনবদগী নোংমতসু সু-নোমবা লেপ্তবদগী ঐগী ফীভমসি অসি যৌখ্রিবনী হাযনা কপ্তুনা হাযবকপদা মহাবাণীদো মিপাইবা অমা যাওনা হাযবকই।

থবক কা হেন্না সুবদগী মীগী ফীভম মাংথবা তাবগদি ঙসিদগী ঐগী ইমৌসি থবক মনা অমত্তা সুহনখ্রোই হায়দুনা মীয়াম মমাঙ্দুদা রাশকখিরম্মী। মহারাণীগী রাশকদো তাবদা হনুবীদো হবাওনা জগোই শাবদা মাগী হনুবীগী শক্তমদো মাংখিদুনা ফজখ্রবী লাইবেম্বী অমা ওম্লোকখ্রে। থৌদোকতু উবদা মীযামদো ঙক্লখিবম্মী। হনুবীদুদি স্বর্গগী লাইবেম্বী অমা ওইবমলে। ঙৈহাক লৈরগা বাজকুমাবীদা আশীর্বাদ পীবল্লগা স্বর্গদা পাইদুনা চৎখিবম্মী। বাজকুমাবীখোযসু নুমিত্তুদগী হৌনা হান্নদগী অমুক হেন্না নুংঙাইনা পান্দুনা চাখিরম্মী। ✡ ✡ ✡

---

**অঙাংশিংনা খংজিনবা যাবা খবা** -

করম্বা নূপী অইবীনা সাহিত্যদা অহানবা নো'বেল প্রাইজ ফংখিবগে ?

স্বুদেনগী সেলমা লাগেবল'ফোনা - ১৯০৯ ইংদা।

পোষ্ট কার্ডকী চৎনবসে কদাযদা হন্না হৌখিবগে ?

অষ্টিযাদা।

করম্বা লৈবাকী মমিংদা Vowel মঙা যাওবগে ?

মোজাম্বিক (Mozambique)।

X, Y, Z ময়েকশিংসিদা মশাগী অর্থ অমমম লৈহল্লী, মদু করিনো ?

- X - First Unknown Quantity
- Y - Second Unknown Quantity
- Z - Third Unknown Quantity

# মমা অতোম্বী

## (জার্মনগী ফুঙ্গা ৱারী)

থাযনা মমাঙঙৈদা জার্মনগী অচৌবা উমং অমগী মপান যাম্না নক্লা শীং যোল্লগা হিংজবা লাইববা নুপা অমা লৈবম্মী। মাগী মচা নুপা হানসেল কৌবা অমদি মচানুপী গ্রেটেল কৌবী অমগা লৈবম্মী। লাইরৱজববসু মখোযগী ইমুংদো যাম্না ঈংনা চিক্লা পাল্লমখিবম্মী। অদুবু মপুগী নোংদমখোলদি কনানা হাযবা ঙমগনি ঈংনা চিক্লা পানজবম্বা ইমুংদুদা অৱা মৈশা লাংলক্কনি হাযবা ? চহী তৱেৎতং সুবিবা হানসেল অমদি চহী মঙাতং ফাজবিবী গ্রেটেলগী মমাদো মনুং মতম চাদনা মখোযবু থাদোক্লক্লগা লাইগী খুযা তানখিবম্মী। থৌদোক অদুদা হানসেলগী মপাদুনা শীং যোল্লগা যুম পুনববু হোৎনগদ্রা নত্রগা পিক্লীবা মচা অনীবু যেংগদ্রা। মযামদুগী ৱাখলদা সুফম চৎফম খংদঙৈ অসুম লৈবকপদুদা নোংমা খংহৌদনা মতেং ওইনবনী খন্দুনা নুপী অমা অতোম্বী ওইনা পুশিল্লকখিবম্মী। মমা অমা লাকপা উবদা অঙাং অনীদো যাম্না হৱাওখিবম্মী। অদুবু মখোযগী হবাওবদো মতম শংবা যাখিবমদে। মমা অতোম্বীদুনা নোংমা নোংমগী ওৎ নৈবা, ৱাঙাং থিনা থিনা ঙাংদুনা চাক ফাওবা পিজনিংদবগী শাবৌ কযা শিনখিবম্মী। অঙাং অনীদো মপা লৈরগসু মখোযগী হন্না যেংবদা কনা লৈত্রবগুম্বা নিংঙাই অমদি ওইনবা

অমত্তা তৌদনা চাক মবুক থন্দ্রগসু ঈশিং থকশিল্লগা মখোযগী শেগাইববা ফি খবাদো থাবগা মচিন মৌপ্বাদো কোনশিন্নবগা তুমিন্না হিপ্তুনা লৈখিবম্মী। মপা হল্লকপা উবদা গেটেলনা হৌগৎকে তৌবদা মবুংনা খাম্বদা মচল নুপীনা হিক্লা হিক্লা কপ্পদুদা হানসেলনা মপি তৈথোকপিবগা মচলবু নুংশিনা কোনশিনবীখিবম্মী। মপা অদুসু মাগী নূপী অতোম্বীগী মতৌদুদা মচাশিংদো চাক চাখ্রব্রা হাযনা হংবা ফাওবা ঙমখিবমদে।

নোংমা নূপী অতোম্বীদুনা অঙাং অনীদুবু মযুমদগী তাম্লোকখিনবা নুপাদুদা কন্না তকশিনখিবম্মী। অদুবু মপা ওইবা কৌবনিনা রাফমদো যাখিবমদে। মদুদা নূপীদুনা নঙনা যাদ্রবনিনা ঐদি যুমসিদা লৈবা ঙল্লবোই চৎখ্রগে হাযবকপদা হানসেলগী মপানা যান্না থম্মোয কাযনা কবম্বা পাম্বেনা ইচাশিংসিবু যুমসিদগী তাম্লোকখিগদৌবিবনো ? মদুদি লাইখ্র পোৎনি, ঐ অদুম শিল্লকে হাযনা নূপীদুনা খুল্লক্লগা অমুক মখা তাবকখিবম্মী। নঙনা নোংমা উমংগী শীংককফমদুনা অঙাং অনীসে পুদুনা চৎলুইদনা, হযেংসু নঙগী চান্নবনি থিল্লুচো হাযদুনা মযোম অমা পিদুনা থাবক্কে। মদুদা নঙনা অঙাং অনীসে লাকপা উবদা মখোযবু উহন্দনা লোৎ লোত্তুনা অদুমমক চৎথোকখো, মখোযনা কৌবক্লবসু খুম খুমদুনা চৎলু। মমশিল্লকপগা নঙনা নথৈদুনা যুমদা হল্লকউ অদুগা মখোযদি মল্লক্লবনিনা অদুমক উমংদুদা লৈজহৌবনী। নূপীদুগী রাদো তাবদা নুপাদুদি মকোক্তা ব্রজ তাবগুম

কবিমত্তা খুমদনা উংদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈখিবম্মী।

মথংগী নুমিত্তা অঙাং অনীদুদা মমা অতোম্বীদুনা পোৎযোম অমা পীবগা নখোযনা নোংমা চৎলুবা শীংক্কফমদুদা মপাবুং লৈবমগনী চান্নবা পোৎসে থিল্লুচো হাযদুনা থাখিবম্মী। মচিন মৌপ্পাদুসু হবাও হবাওনা চৎখিবম্মী। মফমদো যৌবগা মপাবুং লৈবমদবা উবদা কৌরুবদা খবা লাপ্তক্লা খুম্লকপা তাবদা পাবুং ঐখোয লাক্লে হাযরুবদা মপাবুংদুনা ঐ সিদা লৈযে লাকও লাকও হাযবকপদা অঙাং অনীদুনা কৌ কৌদুনা অদুম চৎখি মপানা খুম খুমদুনা অদুম লাপথোকখি অসুম্না তৌবদগী অঙাং অনীদো চৎপা রাবক্লদনা পাবুং ঐখোয যাম্না রাবে উখোংসিদা ঙৈহাক পোখাগে হাযরুবদা মপাবুংদুনা পোখাবো পোখাবো হাযবল্লগা নথৈদুনা মযুম পাংনা চৎখিবম্মী। মমশিল্লক্লবদুদা শা অমদি উচেকশিংনা খোংলকপা তাবকপদা কিবদনা মচিন-মৌপ্পাদো উখোংদুদা তুমিন্না সুপশিন্ন ফমদুনা লৈখিবম্মী। অমবোমদনা নুপাদো অঙাংশিং যাওদনা মযুমদা হল্লকপা উবদা নৃপী অতোম্বীদুদি হবাওমনখিদুনা নুপাদুগী হাওন্নবা কবি কবিনো থোং-থাক্লবা শিনখিবম্মী। অঙাং অনীদুসু কিববসু রাববা কৌবনিনা তুমথখিবম্মী। মখোযনা মিকপথোক্তুনা হৌগৎলকপদা নোং ফজনা ঙাম্থোক্লমলে। গেটেলনা চাকলাম্লে হাযবদুদা হানসেলনা মমাতোম্বীনা মপাগীদমক পীবকপা মযোমদো থোক্তক্তুনা যেংলুবদা কবিসু অমত্তা

য়াওরমদে। মখোয অনীনা চান্নবা উহৈ অসুম থিদুনা চৎপদা ফজখ্রবা উহৈ খরা মুন্দুনা পানবা উবদা হেক্লনবা হোৎনখিরম্মী। অদুবু পাম্বীদুনা রাংমনখিদুদা হেকপা ঙমখিরমদে। উচেক অমখক্লা উহৈশিংদো চাবা উবদা হানসেলনা উচেক্তুদা যেংলগা হে নিংথিবী চেক্লা নঙনা চারিবদো ঐখোযগী শরুক খরা পীবিউ হাযরুবদা উচেক্তুনা মীরোল খংবগুম অমুন অমুনবা খল্লগা উহৈ কযা মচিন্না চিক চিক্তুনা হেকলগা মখাদা থাদরকখিরম্মী। হানসেল-গ্রেটেলনা খুল্লগা মবুক থন্না চাখিবম্মী। উচেক অদুনা মখোযগী মকোকথক্তুদা লৈনা লৈনা কোইপাই পাইবদুদা হানসেলনা উচেক অদুবু যেংলগা হে চেক্লা নুংশিবী নঙনা ঐখোযবু ইতেং পাংবিগে হাযরবদি মাঙ থানা পাইরগা লমজিংবিউ হাযরুবদা উচেকদুনা মখোযগী মাঙ থানা পাইবগা চৎপদা মচিন মৌপ্পাদুসু মতুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী। চৎঙৈ চৎলবা মতুংদা ফজখ্রবা যুম অমা উবম্মী। মী পোঙ দি অমত্তা লৈবা উদে, থোং-থোংনাওশিংদুসু লোযনা লোন্দুনা লৈরম্মী। মখোয়না থোংদো শোক্তা শোক্লুবদা মতোমতা গে লাওনা হাংদোকখিরমই। ইমুংরোমদা যেংশিনল্লুবদা যান্না অহল ওইরবী নুপী অমা ফমুংদা হিপ্তুনা নাহেদুনা লৈরম্বদো মখোযনা উরম্মী। হনুবীদুনা মখোযবু উবদা নাহে নাহেনা যান্না শোন্না ইমুংদা চংলকউ লাউ হাযদুনা কৌশিনখিরম্মী। মখোযনা কিবোই হঙ্গোইবোই পোলি-পোলি তৌদুনা চংখ্রগা হনুবীদুগী মনাক্তা লেপলুবদা হনুবীদুনা মাগী চান্নবা লৈরিবা

অচা অথকশিংদো লৌথোক্নুনা চাও হায়খিরম্মী। য়াথং ফংলবদুদা চারাম চদৎনা লৈরম্লবা অঙাং অনীদুনা মখোয়না অপাম্বদো লৌথোক্লগা হাওনা চাবা উবদা নোকফেৎ তৌরগা যাম্না য়াম্না চাদুনা য়াংনা নশাশিংদো ফগত্তুনা নোযখৎনবা হোৎনৌ। মদুগী মতুংদগী ঐনা নখোয়বু চাবা হৌগদৌরিবা, কুইরে অঙাংশিং চাবা ফংলত্রিবা। ঙমদ্রিবা হকচাংসে খজিক্তং ফগাৎলকপগা নখোযবু ঐনা নোংমগী পাল্লী নাইনা চারগদৌরবনী হাযদুনা নুংঙাইবা রাখল কযা খনখিরম্মী। হনুবীদো তাইবংমী নৎলমদরে, মাদি হিংচাবী অমা ওইবমলে।

অমরোমদনা হানসেলগী মমাতোনদুদি নুংঙাই মপাল শাখিরম্মী। নুপাদুনা নোংঙানবদৈ নুমিৎতাবা ফাও রানা সু নোমল্লিবদো ঙৈহাক্তং ওইরবসু মতেং পাংশিনবদি লাইরদনা হন্না ফাওবা যেংলমদে। মশাগী হাওনবা থোং থাক্নুনা মবুক থান্না চাশিল্লগা ফমুং কাখৎলগা তুমদুনা লৈখিরম্মী। নুপাদুনা রানা থবক সুরুবদগী হনজিল্লকপা মতমদসু নুপীদুনা মশা ঙমদবা শাজিন্দুনা ফমুংদগী লেংখৎ কাংখৎখিরমদে। অদুবু মাগী নুংঙাইবদো মতম শাংঙু যাখিরমদে। নোংমা নুপাদুনা উথক্তা কাখৎলগা অকংবা উশা খরা কল্লীঙৈদো খংহৌদনা তারক্নুনা মখোং নাম্মা শোকখিবদগী সু নোমবদি লাইরদনা চৎথোক খোৎত্তোকপা ফাও ঙমদনা মযুমদা লেংদনা লৈবা তাখিরম্মী। চাদা থক্তনদি লেনবা য়াদবনিনা নুপাদুগী মহুৎ শিন্দুনা

নৃপীদুনা যুম পুন্নবা সু চৎপা তাখিবম্মী। নোংমতা পোখাবা ফংদনা সু নোমখিবগী মশাদো নোংমা নোংমগী শোনবা হেনজিল্লকপদগী নোমবা চৎপা ঙম্লক্তদুনা মানা পামজববা ফমুংদুদা যৈতাদুনা লৈবা তাখিরম্মী। কনামত্তনা করিগুম্বা মতেং অমত্তা পীবদি লাইবদনা ঈশিং খুজোক অমা ফাও পিথকনিংঙাই মী লৈখিবমদে। মতমদুদতা হানসেল-গ্রেটেল অঙাং অনীদুবু নীংশিংলকখিবম্মী।

অমরোমদনমুক হিংচাবীদুনা মখোযবু চানিংবগী রাখল খল্লীবদো অঙাং অনীদুনদি কবিগুম্বা অমত্তা খংদবনিনা হনুবীদুবু যাম্না নুংশিনা মশাবু নমবিবনে, পোকপু ফোযবিবনে মানা হাযবা খুদিংমকসু শৎ শৎ তৌদুনা সেবা নিংথিনা তৌবদুদা হিংচাবীদুনা মখোযবু চানিংলবগী রাখলদো নোংমা নোংমগী নুংশি লিপুন্না পুনশিল্লকপদগী পুম্নমক লোযনা কাওথোকখিদুনা মানা যাম্না চেৎনা থমজবম্বা হীবা, মণি মুক্তা যাওবা খাও মচা অমা পুখোক্তুনা হানসেলদা শিন্নবগা মসি নিংথিনা থমজিল্লু ইবেনদি মতম শাংনা হিংগনি হাযবা থাজদ্রে। অদুগা চৈসিমসু থমজিল্লু মসি পাযদুনা চৎলবদি নখোযবু করিগুম্বা জীব অমত্তনা শোক্তুনা মাংহন-তাকহনবা ঙমলোই। ঐনা লৈখিদ্রবা মতুংদা নখোযসু নযুমদা হনখ্রো, ঐগী উচেক অদুনা লম্বী তাক্তুনা থিনজগনী। অদুগা নখোয়না চৎলমদাইদা থোংশিংসে নখুৎনা শোক্লম্মু অদু ওইরবদি মতোম মতোমতা থিংজিনজখিগনী অনীদুনা

রাফমশিংদো তাবদা ইবেন হায়না কোন্দুনা কপখিরম্মী। খরনিগী মতুংদা হিংচাবীদো শিখিরম্মী। মখোযবু পম্বুংফম পীবিদুনা লুনা-চান্না তৌবিরম্বী হনুবীদুনা লৈখিদ্রবদা মচিন মৌপ্পাদো থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইখিরমদে।

হানসেল-গ্রেটেলসু হিংচাবীগী উচেকতুনা লমজিংলগা মযুম মাইকৈ পাংখিবম্মী। মখোযনা অসুম চংখিবদা তুরেল অমা থেংনরম্মী। মদু লাম্বোক্লবা করিসু লৈতবদুদা ঙৈহাক কোইযেং যেংলুবদা লম ঙানু অমখক্লা ঈশিংদা শান্নদুনা লৈরম্বা উবদা হানসেলনা ঙানুদুবু যেংলগা হে লম ঙানু শকহেনবী ঐখোযদি তুরেলসি করম্না লানগনী ? হি-সু লৈতে থোং-সু যাওদে। নঙ নত্তনা অতে পাম্বে লৈতে। ঐখোযবু খরা লাম্বোকপিয়ু হাযরুবদা ঙানুদুনা লাক্লগা মচিন মৌপ্পাবু মন্নগন্দা তোংহল্লগা তুরেলদো লাম্বোকপিখিরম্মী।মচিন মৌপ্পানা ঙানুদুবু হন্না হন্না থাগৎলক্লগা অমুক মযুমবোমদা চংখিরম্মী।

অঙাং অনীদুনা য়ুম যৌরকপা মতমদা খরা খরা মমশিল্লকখিরম্মী। মখোযদু লমজিংদুনা পুবকলিবা উচেক্তুদা যেংলগা নঙনা ঐখোযবু লমজিংলক্তুনা য়ুম যৌহনবিবকপগীদমক থাগৎচরি অদুগা পুন্সিসিমগী তৌবিমল অদো কাওজরোই। উচেক অদুনা মঙক নোমলক্লগা পাইদুনা চংখিবদো নুংশিনা ঙৈহাক চিংনা যেংলগা মযুমদা চংঙক্তুনা ইমা-পাবুং ঐখোয লাক্লে থোং হাংঙো হাযরুবদা মপাদুনা তারদুনা থাউমৈ অমা

পাযরগা শেকৌ শেকৌ থোরক্লগা থোং হাংদোকলুবদা মচা অনীনা লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদ মখোযবু চেংনা কোনশিল্লগা থম্মোয শোক্লা কপখিরম্মী। অঙাং অনীদুনা ইমাদি হাযনা হংলকপদা মমাতোম্বীদুসু তপ্না হৌগংলক্লগা কপ্তুনা লৈবা উবদা মখোয অনীনা চেনশিল্লগা কোনশিনখিবম্মী। হানসেলনা ইমা কপলুক্লানু হৌজিক্তি ঐখোয অমুক যুম থাদোক্তুনা চংলরোই। পুরকলিবা হীরা মণি মুক্তাশিংদো সে ইমা হাযদুনা শিন্নখিবম্মী।

মমাতোম্বীনা ইমাগী ইবুংঙো ইমাগী ইবেম্মা হাযনা কৌরকপদা হানসেল অমদি গ্রেটেলনা মখোযগী লৈখিদ্রবী মমাদো নীংশিংলগসু মমাতোম্বীগী চেংলৌ উরুবদা পুন্নমক লোযনা কাওথোকখিরম্মী। শীং য়োল্লগা হিংজবম্বা নুপাদুগী ইমুংদো ঈংনা চিক্লা নুংঙাই যাইফনা অমুক পানখিবম্মী। * * *

---

**অঙাংশিংনা খংজিনবা যাবা খবা -**

পৃথিবীদগী নুমিৎ ফাওবা কযাম্না লাপ্পগে ?

কোটি ১৪ লাখ ৯৭ লীশীং ৩০ কিলোমিটার।

পৃথিবীদা নুমিৎকী মঙাল লাকপদা মতম কযা চংবগে ?

মিনিট ৮ গা সেকেণ্ড ১৬।

পৃথিবীদগী থা ফাওবা কযাম লাপ্পগে ?

লাখ ৩ গা লীশীং ৮২ কিলোমিটার।

# মী অমসুং কৈ

(ইরানগী ফুঙ্গা ৱারী)

থাযনা মমাঙঙৈদা ইবানগী অচৌবা উমং অমদা কৈ মতৈ মনাও অমা মচা অনীগা লোযননা লৈবম্মী। কৈ লাবদুনা নোংমা মচা অনীবু মনাক্তা কৌশিল্লগা পাওমেনলম্মী। ইচাশা ঐখোযদি উমংগী নিংথৌনি অদুনা ইশাগী সন্মান ঙাক্লা চৎপনা ঐখোযগী ইথৌনি। ঐখোযনা তৌবা ঙমদবা করিসু লৈতে। অদুবু কৈদৌনুংদা তাইবং মীগা মযোক্লগে খল্লুগনু, মখোযদি জীব পুন্নমক্তগী অথোইবনী। মখোযগী মশাদা লৌশিং যাম্না চাউনা লৈ, অদুনা ইপানা হাযবিবসি ইন্দুনা চৎলবদি নখোয করিসু অৱাবা নংদনা নুংঙাইনা নপুন্সিদো লেনবা ঙমগনী। ইপাদি অহল মতম ওইশিল্লকবনিনা কুইনা হিংদুনা লৈগনী থাজবক্তে। মপানা হাযবিবা ৱাহৈশিংদো মচা অহলদুনা যাম্না ভাব তানা তাখিবম্মী। অদুগা অতোম্বদুদি মপানা হাযরিবদো তানিংলমদে। মপাদুসু মতম খরনিগী মতুংদা শিখিবম্মী। মপা শিখ্রবা মতুংদা মচা অহলদুদি মপানা হাযবম্বা মতুং ইন্না মীগা মায়োক্লদনবা কন্না হোৎনখিরম্মী। অদুগা অতোম্বদুদি নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্তুনা মপাঙ্গল ফগৎলকপদুদা ঐখোযসু নিংথৌগী মচা মশুনি কনানা করি তৌবা ঙমগদগে খন্দুনা মী অমতং থেংনরবদি নুংঙাইখ্রগনিদা হায়দুনা মী থিবা কন্না হোৎনখিরম্মী। নোংমা মানা মী অসুম থিদুনা

চংপদা অহল ওইরবা ষণ লাবা অমা থেংনরম্মী। মদুদা মানা ষণদুবু যেংলগা নঙবু করম্বা জীবনো, মী হাযবদুরা? ঐ মী নত্তে ষণনি হায়রকপদা কৈদুনা অদু ওইরবদি নঙ ঐঙোন্দা মী অমা উনহনবা ঙমগদ্রা হাযরকপদা ষণদুনা ইবুংঙো চেকশিল্লু মীমুক খুদোংথিবা, মবৌশিং লৈবা অতৈ অমা লৈতে। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা মীগী মীনাই ওইদুনা মখোযগী মতেং কযা পাংখিরম্মী। মতমদুদনি ঐবু লুনা চানা তৌবিরম্মী। হৌজিক্তি অহল ওইরদুনা পাঙ্গল শোল্লক্লবসিদদি মখোযনা থৌশাবিদ্রে, ষণদুনা অতৈ মখা তাগে তৌবদা কৈদুনা নরা লৌদে হাযরল্লগা অমুক মী থিবা চংখিরম্মী। মানা অসুম অসুম চংখিবদা যাম্না অহল ওইরবা মখোং ফাওবা থাংদুনা চংপা ৱারবা, উনশানা খুইজিন্দুনা মশাদা যোমসিল্লক্লবা শামু অমা থেংনম্মী। শামুদো উবদা মী হাযবদো অসি ওইরম্বা যাই ৱাং চাওই মপাঙ্গলসু কল্লমদৌ মাল্লি হংবু হংগে হাযদুনা মনাক্তা চংশিল্লগা নঙ মী হাযবদুরা হাযনা হংলুবদা মশাদা তোংবা হযিং ফাওবা তানবা ৱারদনা লৈরিবা শামুদুনা ঐ মী নত্তে শামুনী। মদুদা কৈদুনা ওঃ নঙ শামু ওইরে। ঐদি মী হাযবদো থিরকপনী। কৈগী ৱাফমদো তারগা শামুদুনা ইবুংঙো কান্নদে থিরক্গনু, মী হাযবদুদি মরৌ চাওবনী। ঐসু নোংমা মীগী মীনাই ওইরম্মী মতমদুদদি নহাসু ওইরম্বনিনা পাঙ্গলসু ফবনিনা মখোয়না হায়বা থবক লোয়না সুরম্মী। হৌজিক্তি অহল হায়বদো ওইরক্লবনিনা মীনা থৌশাবিরক্তবদগী

ঐগী ফীভমসি অসি যৌবকলিবনী। শামুগী রাফমদো তাবদা কৈদুনা নোকনিংখিরম্মী। উমংগী নিংথৌমচা যুবরাজ অমনা করিগী মীগী মীনাই ওইজদোইনো খন্দুনা শামুদুদগী লাপথোক্তুনা চৎখিবম্মী। মানা খরা চৎলগা মখোল অমা তাবদগী চংশিল্লগা যেংলুবদা মী অমনা শিংজংনা উ যানবগী মখোল  ওইবমলে। কৈদুনা নুপাদুদা নঙ ঐবু মী অমা উনহনবা ঙমগদ্রা হাযরুবদা নুপাদুনা কবিগী ঙমদনি অদুদি চৎসি লাকও হাযদুনা নুপাদো কৈদুগা লোযননা চৎখিবমই। খরা চৎলগা নুপাদুনা মশাগী মযুম যাম্না চেকশিন্না উপাক্লা ফল্লাং খারিবা যুমদো উত্তুনা মসিদনি মী হাযবদুনা লৈরিবদো হাযবকপদা কৈদুনা ফবে অদুদি চৎলসি মী হাযবদো লৈব্রা যেংলুরসি হাযবল্লগা মাংথানা পবপ পরপ চৎখৎখিদুনা যুমদুগী ইমুংদা চংখিবম্মী। কৈদুনা ইমুং চংখিবগী খুদোংচাবা লৌদুনা নুপাদুনা থোংদো মপালবোমদগী কন্না লোনশিল্লগা হে অপং মী হাযবদো ঐনিনে। ঐখোয নখোযদৌনা অপংবা জীব অমা নত্তে খংলব্রা ? রাহৈদো তাবদা কৈদুনা লাকচৈদা হাযদুনা মাগী ঙমজবি  থাদুনা শাওনা ঙংবা তাবদা নুপাদুনা উমংগী যুববাজ মীগা চাইনবা পাম্বা নকনথিনা নরল ফোইদৎপা নঙদি শিবগী নুমিৎ মশিং থিদুনা লৈহৌবো, ঐদি ইথৌ সুবা চৎলে হাযরল্লগা নুপাদো চৎখিবম্মী।

অহল লমনগী রা ইন্দবা কৈদো চাবা থকপা ফংদনা ইমুংদুদা মতম শাংনা লৈরকপদগী অশিবগী খাযাক্তা তাখিরম্মী। নুপাদুদি মরৌশিংনা মপাঙ্গল ওইদুনা অমুক নুংঙাইনা পানদুনা চাখিরম্মী। * * *

# আল্লাহোনা অথোইবনি

## (ইবাক্কী ফুঙ্গা রাবী)

থাযনা মমাঙঙেদা হাইমোজিযাত কৌবা মফম অমদা আববাচী, আক্কাচী অমসুং আল্লাহী কৌবা নুপা অহুমখক্লা মরূপ শান্নবম্মী। মখোয অহুমদো যান্না লাইববম্মী, অদুনা মীবমদা চৎলগা শেল তাল্লুনবা মখোযদুদগী যান্না লাপ্প আজোহা হাযবা সহবদুদা চৎখিদুনা মতম খবা লৈদুনা শেল খবা খবা তাল্লবা মতুংদা মযুমদা হল্লসি হাযন্দুনা অসুম লাকপদা ইবাক্কী বাজাবদান কৌবা মফমদো যৌবকপদা নুমিৎ তাখিবম্মী। নিংথম থা ওইবনিনা যান্না ইংলম্মী, ইংমনবদগী চৎপা ঙমদ্রদুদা আববাচীনা হাযবকই মরূপশা ইংবনা চৎপা ঙমদ্রে কমদৌসি হাযবিবনো ? মফমসিদা লেকথোকপন ফরগদ্রা হাযবা রাফমদো তাবদা আক্কাচীনা যুম নুং অমত্তা লৈতবা মফমসিদা করম্না লেকসি হাযবিবনো হাযনা পাউখুম্লকপদা আল্লাহীনা তপ্না আল্লাহোনা থৌজানবিববদি লেকপদা কবিসু কাযদে। মাগী রাদো তাবদা আববাচী অমদি আক্কাচীনা শাওনা নঙগী অতে নথৌ লৈত্রেনে, সুপ্নগী আল্লাহো আল্লাহো হাযবা নত্তনা আল্লাহোনা ঐখোযদা কৈদৌবিববগে ? ঐখোযনা-সু নোমদুনা শেল খবা তাল্লকলিবসে আল্লাহোনা পীরিব্রা হাযবা ? নঙমুক পংবা মালেমসিদা অতৈ কনা লৈবমখিগদবে ? নখোযনা হাযনিংবা কযা হায়রবসু আল্লাহোগী মথক্তা থাজবা থম্লবদি কৈদৌনুংদা খুদোংথিবা থোকলোয়।

আল্লাহীগী ৱাফমদো অনীদুনা যানিংলমদে। মখোযনা ৱাৱী শা শাদুনা ংখিদুনা বাজারদান লৈবাক্কী সুলতানগী কোনুং মযা যৌখিরম্মী। মখোযনা কোনুংগা হেক থংননা লৈরিবা পার্ক অদো উবদা শঙ নুং খবদি লৈবমগনী, সিদদুম লেকলুবসি হাযদুনা মরূপ অহুমদো পার্ক মনুংদা চংখিরম্মী। অদুবু কবিগুম্বা শঙ নুং অমত্তা লৈবমদবদুদা ইংবনা খাংবা ঙমদ্রদুনা মৈ হৌগৎলগা তিক্তুনা অহিংদুমা লেল্লসি থন্নদুনা শীং-চরু থিদুনা মৈ হৌগৎলগা মখোয অহুম কোইনা ফমদুনা ৱাবী শান্নবা হৌখিবম্মী। পার্ক মনুংদা মৈ-নুং অমত্তা হৌবা যাদে হাযদুনা অথিংবা লৈবিবনী। অদুবু পার্ক্তা মৈ হৌবা উবদা সুলতান্না শাওদুনা মশামক চত্তুনা মবাল লৈববশিংদো ফাবগে নিংদুনা চংখিবম্মী। মখোযনা শান্নবিবা ৱাবীদো সুলতান্না তানিংবদগী মখোযবু উহন্দনা লৈবগা ৱাশিংদো তাবম্মী। মতমদুদা আববাচীনা হাযবম্মী - লৈবাকসিগী সুলতান্না চানবিদুনা ঐঙোন্দা সনা মোন অমদং পীবিববদি ঐসু সমুদ্রদা লল্লোন ইতিক তৌদুনা সুলতানগী লৈবিবা কোনুং অসুম হাযনা শাদুনা কযাদা নুংঙাইনা লেন্‌জগদবা। আববাচীগী ৱাদো তাবগা আক্কাচীনা ঐদি অতৈ করিসু পামজদে। সুলতানগী নিংথিজববী সাহজাদীবু লুহোংদুনা পুন্সি লৈপুন শেম্বা ঙমলবদি পোকলুবগী মহয যাল্লে। মখোয অনীগী অপাম্বশিংদো ফোংদোক্‌লবা মতুংদা আল্লাহীনা তুম্মীনা লৈবা উবদা নঙগীসু অপাম্বদো ফোংদোকউ হাযরুবদা আল্লাহীনা তপ্না হাযরকই - ঐদি লনথুম

কবিসু পামজদে আল্লাহো নত্তনা । মানা পীগে হাযববদি পুন্নমক পীবা ঙম্মী। মহাক্কবু পীদ্রবদি সুলতান্না কবি পীবা ঙমগনি ? আল্লাহীগী রাইহেদো তাবদা আববাচী অমদি আক্কাচীনা ঙক্লা কবিনো নঙনা হাযবিবদুবু সুলতান্না কবিবু তৌবা ঙমদবগে, পুন্নমক লোযনা ঙম্মী। মদুদা আল্লাহীনা মকপশা আল্লাহোদী পুন্নমক্তগী অথোইবনী। মাগা সুলতানগা চাংদম্নবদি যাদে। মহাক্কী মফমদদি সুলতানদী পিকখ্রবা অমনি। রাফমদো তাবদা সুলতানদো যান্না শাওরম্মী। মাগুম্বা লম্বীগী চাকনিবা অমনা ঐবু অসুক যান্না লৈখাদা থাদবা, খংগনী নোংঙানখিসনু হাযবল্লগা চৎখিবম্মী।

নোংঙানবগা সিফাই খবা থাখিদুনা পার্কতা লৈবিবা মখোয অহুমদো ফাদুনা পুবকহনখিবম্মী। তাংবলদা ফম্লগা সুলতান্না মখোয অহুমগী মথক্তা রাযেল চৎখবম্মী। নখোযনা ঐগী পার্কসিদা ঙবাং অহিং মৈ হৌগৎখিবদো ঙাকপিবা যাদ্রবা নবালনী। মদুগীদমক নখোযবু কবিগী মীহাৎপগী মখুত্তা শিন্নবোইদৌবিবনো ? নখোযনা ঙবাং শান্নখিবা রাবীশিংদো শেংনা অমত্তা চিখ্দনা দববাবসিদা লিদুনা তাহল্লবদি নবালশিংদুদগী কনবিগনী। অদুগা অসিমা খংজিল্লু ঙবাংগী নখোযগী রাবীশিংদো ঐ ইশামক্লা লোযনা শিং শিংনা তাহৌরিবনী। সুলতানগী রাইহেদুদা মখোয অহুমদো যান্না কিবম্মী। অহানবদা আববাচীনা কিনা কিনা ঙরাং মৈ তিকফমদা শান্নখিবা মানা সুলতানদগী সনা মোন'মা ফংলবদি নুংঙাইনি হাযবা রাফমদো অমুক হন্না

ফাংদোকপদা সুলতান্না মাগী লনগৈদগী সনা মোন'মা পীদুনা আববাচীবু য়ুমদা চৎহনখিরম্মী। অনীসুবদা অমুক আক্কাচীনা সাহজাদীবু মাগী পুন্সিগী লায়নবি ওইনিংঙি ফোংদোকখিবম্মী। আক্কাচীগী রাদো তাবদা খুদক্তা সুলতান্না মাগী মমোম সাহজাদীবু আক্কাচীদা খুৎশিন্নবগা মবৈবাক্তা হল্লনখিবম্মী। মথংদা আল্লাহীবু যেংলগা সুলতান্না হাযবম্মী। নঙনা খল্লীববু ঐনা কবিসু তৌবা ঙমদে অসিনীনে ? সুলতান্না মাগী সিফাইশিংদা আল্লাহীদা যাওবিবা লুপা পৈশা পুন্নমক লৌথোকহল্লগা দববাব মযাইদগী ইকাইবা পীদুনা তাম্থোকপিখিবিম্মী। আল্লাহীনা চৎলমদাইদা অসুন্না হাযবমখিবম্মী। হে সুলতান ! আল্লাহোনা অথোইবনী পুন্নমক্তগী মালেমদা। মঙোন্দা অরাৎপা কবিসু লৈতে। মহাক্না কল্লবদা কনানা হাংকনি ? মহাক্না হাৎপদা কনানা কন্‌বা ঙমগনি ? মাগুম্বা অথোইবা অতৈ কনা লৈবি হাযবল্লগা আল্লাহীদো নিংবা কাযনা মযুম মাইকৈ পাংখিবম্মী।

আল্লাহীনা অসুম চৎখিবদা ঙসাই সনা মোন'মা পুদুনা চৎখিবা আববাচীদো রাবদুনা অমুক পোম্বা অমুক চৎ তৌদুনা লৈরম্বদো থেংনরম্মী। আল্লাহী উবদা আববাচীনা হবাওনা নঙ লাকপা যাম্না ফরে, ঐগী সনাসে খরা পুজম্মু নঙোন্দা সনা পৌরা'মা খাইগে হাযখিরম্মী। আল্লাহীনা কবিমত্তা পীউ পীনু হায়দনা আববাচীনা পুরম্বা সনাদো মকোক্তা থোংগৎলগা মাংথানা চৎখৎখিরম্মী। আববাচীনা মতুংদা রাখল নুংঙাইনা ইন্নখিবম্মী।

বিচার তৌববা মতুংদা আল্লাহীদা কবিগুম্বা দণ্ডি অমত্তা পীহৌদবগী নুংঙাইতবা রাখলনা যুমফম ওইদুনা সুলতান্না মাগী জোল্লাদ অমা কৌরগা খুদক্তা চত্তুনা আল্লাহীগী মঙক কক্তুনা পুবক্লবা হুকুম পীখিরমই। জোল্লাদদুনা সুলতানবু যেংলগা হে জাহাঁপনাহ ননাই ঐহাক্তী আল্লাহীবু মশক খংজহৌদে। মাবু কবম্না খংবা ঙমজগনী ? মদুদা সুলতান্না জোল্লাদপু যেংলগা কোনুংদগী নোংপোক পাংনা চৎখিবা লম্বীসিদা খবা চৎলগা নুপা অমা মকোক্তা পোৎযোম অমা পুদুনা চৎলমগনী অদুগা নুপা অমনামুক ঐখোযগী সাহজাদীগা লোযননা চৎলমগনী মখোযদো হাৎলুগনু। অদুগা নুপা অমদি রাখলদা নুংঙাইতবা অমত্তা যাওদনা নুংঙাইবা রাখল খন্দুনা চৎলিবদো আল্লাহীনী। মঙোন্দা কবিমত্তা রাহং পাউহংদনা হেক থেংনবগা মঙক কক্তুনা পুবকউ হাযনা যাথং পীখিবম্মী। যাথং ফংলবদা জোল্লাদনা শগোল কন্না থৌদুনা আল্লাহীবু তান্নখিবম্মী। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা নুপা অমীখক অমনা মকোক্তা পোৎযোম পুবা অদুগা অমনা কবিমত্তা পুদনা রাখল নুংঙাইনা চৎলিবদো থেংনবম্মী। কবিসু রাহং পাউহংলুবা তৌদনা রাখল নুংঙাইনা চৎলিবা আববাচীগী মঙকদো কক্লগা পুদুনা জোল্লাদদো কোনুং পাংনা অমুক চৎখিবম্মী। অঙকপা থৌদোকদো উবদা আল্লাহীনা চপ লেপ্লগা আল্লাহোবু মথম্মোযদা চেৎনা নীংজবগা-

খুদা নঙগী লীলাসি অঙকপনী

সুলতান্না মুনবিখ্রে ঐগী পৈশাশিংদো
আববাচীদা পীরে সুলতান্না সনা মোন'মা
অদুবু জোল্লাদনা খংদবদগী মাগী মঙক কক্তুনা পুখ্রে।
অঙকপনী নঙগী মাযাগী লীলা।

আববাচী শিববা মতুংদা আল্লাহীদো যাংনা চৎখিদুনা সাহজাদী পুদুনা চৎলিবা আক্কাচীবু থেংনরম্মী। আক্কাচীনা আল্লাহীবু উবদা আল্লাহী। সাহজাদীবু লৌকুবসে অরাবা অমনি, কন্না চৎপসু ঙমদে মাগী ৱাদো লোযফাৎত্রিঙেদা সাহজাদীনা শাওনা -

ঐনা নঙগা লাক্কে হাযদুনা লাকপা নত্তে
নঙনা বাদশাহদা নখুৎ তিংথোক্লুবদগী
নুংশিবীদুনা ঐবু নঙগী নফমদা পীবকপনী।
ঙসি নোংমা ফাদ্রিবসিদা নমায লৈরবনিনা
করম্না সাহজাদী ঐগা যুম পানমিনগনী ?

আক্কাচীদো ৱাফমদো তাবদা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদবে। মখোয অহুন্না অসুম চৎখিবদা চীংদগী চেম্থরকপা তুবেল অমা থেংনরম্মী। তুরেলদো লাম্থোক্লুবা ৱাগী উরোক থোং মচা অমা লৈবম্মী। কন্না চেল্লীবা ঈশিংগী ঈরৈ অমদি থোংদুগী ফিভম উবদা আক্কাচীনা আল্লাহীবু যেংলগা মরূপ আল্লাহী নঙগী কোকথোংদো থোংসি লাম্থোক্তুনা অশোম ৱাংমদা থমলুরো।

অদুগা সাহজাদীবু মখুৎ নাম্মা নাম্মা পায়দুনা ঐখোয় অনীনা থরা লাম্থোকপিসি হায়রকপদা আল্লাহীনা পোৎয়োমদো রাংমদা থমলুরগা অমুক চংখিদুনা সাহজাদীগী মখুৎ নাম্মা পাযরগা মাংথানা থোংদুদা চংখৎখিরম্মী। ঈশিংগী ঈরৈনা কন্না চেল্লীবদো মখারোমদা য়েংথরুবদা মযাই থংনা চংলিবী সাহজাদীদো কিমনখিদুনা মশা পুম্বা থক থক নিংক্লকপদুদা আক্কাচীনা শাওনা করি করিনো ঙাংলুবদুদা খংহৌদনা সাহজাদীদা পাযরম্বা মখুৎদো নাম্থোকখিদুনা তুরেলদা তাশিন্দুনা আক্কাচীদো শিখিবম্মী। তুরেলদো লাম্থোক্লবা মতুংদা আল্লাহীনা সাহজাদীবু য়েংলগা হাযবকখিবম্মী। সাহজাদী । আক্কাচীদি ঈশিংদা তাদুনা শিখ্রেদো। মাগী রাদো লোযদ্রিঙেদা সাহজাদীনা পাউখুম্লকখি। পুন্নমক আল্লাগী অপাম্বনি। আক্কাচীগুম্বা মীহৌ কারম্বা নুপা অমগী তালোয সাহজাদীনা কৈদৌনুংদা ওইবা যাদে। আল্লাহী নঙদৌনা ঐসু খুদাবু থাজবা মীশকনি। অদুনা নঙসে ঐগী ইপুরোয়বা অমা ওইবদা মতিক চারবা মীনি, ঐখোয অনী যুম্বানমিনরসি হাযবগা চংপা হৌখিবম্মী। মখোয অনীনা অসুম চংপদা মমশিল্লকপদগী লেকফম অমা কোইযেং য়েংলকপদা লম্বী মযাদা লৈবা শাং হাবা শেমজিন্‌বিদ্রবা অমনবা যুম অমা লৈবা উবদগী মসিদদুম অহিংসিমা লেকলুরসি হাযনা চংখিবদা হনুবা অমা যুম মনুংদা ফমদুনা লৈরম্বা থেংনরুই। হনুবদুনা মখোযবু উবদা কদায়দগী লাক্লিবনো, মতম চাদবা মতমসিদা যুমসিদি ভূত বাংলানী হাযরকখিরম্মী। মদুদা

আল্লাহীনা ঐখোযদি লম্বী চৎপদা রাবদনা মমগা মমশিল্লকপসিদা ঙসি অহিংসিমদং যুমসিদা লেক্লগে হাযদুনা চংজবকপনি। চাক লাম্বনসু লোযবে চান্‌বা করি কবি লৈববদি খজিক্তং পিজৌ হাযদুনা নিখিবম্মী। মদুদা হনুবাদুনা তলগং খবা পুখোক্তুনা পীবগা যুমসে মীথুং শঙনী। অদুবু নুমিদাংদা ভূত থোকপদগী কনাসু লেক্তে। ঐসু চৎখিদৌববনী, ইপা ইপুশিংগী লন ওইবদুদা শংদবা যাদদুনা অযুক নুংথিলদা হেক হেক শংলিবনী। অদুনা নখোযসু মমশিল্লক্লবনিনা চৎখ্রো ঐসু যুমদা হনখ্রগে হাযবকপদা। আল্লাহীনা ঐখোযদি চৎকদবা লম্বীসে যাম্না রাৎলি অদুনা যুমসিদা খবা লেকচবগে। রাফমদো তাবদা হনুবদুনা ফবে অদুদি নখোযগী রানী। ঐদি হাযগদবা হাযবিবে হাযবল্লগা অহলদো চৎখিবম্মী। হনুবা চৎখ্রবা মতুংদা তলদো পুখোক্তুনা চাবগা রাববনিনা আল্লাহীদি হিপ্তবগা তুমথখিবম্মী। অদুগা সাহজাদীদি থাং অমা মনাক্তা থমলগা হিপলবসু তুমদঙৈ লৈবম্মী। ঙৈহাক লৈবগা মখোযনা উপাক্লা হাবা শাত্তুদা হিপলিঙৌদা উপাক অমা লৌথোক্লগা মুশুক মুবা নুপা অমগী মকোক থিংগৎলকপদুদা সাহজাদীনা কিবোই খংবোই তৌদুনা থাংদুনা যানশিল্লুবদা নুপাদুগী মকোকদো মচেৎ অমা ককখিবম্মী। থৌদোক্তুদা নুপাদুনা ইমা ঐ শিবে হাযনা লাওবকপদা আল্লাহীসু মিকপ খংথোক থোক্তুনা ফমখিবম্মী। শোকইবা নুপাদুনা ঐবু হাত্তোকপিবো হাযবকপদা আল্লাহীনা নঙ কনানো হাযনা হংবদা নুপাদুনা

যাম্না রানা ঐদি হুবানবনি। ঐনা হুবাল্লকপা মমল যাম্লবা পোৎচৈশিংদো যুমসিগী ইমুংগী খা থংবা কাচিনসিদা লৈপাক মনুংদা ফুমদুনা থম্বনি মদু নখোযগী নবল ওইজবো। ঐনা নুমিদাং খুদিংগী ভূত শাবগা থোক্তুনা মীথুং শঙসিদা মী লেক্তনবা কিহনবনি। ঙসিসু ঐনা হাযবগা রা মখা তাবা নংদনা নুপাদো শিখিবস্মী। আল্লাহী অমদি সাহজাদীনা অশিবা মশাদো পুদুনা ইখোলগী কাচিনমদা ফুমজিনখিবস্মী। মখোযদা তৈবিবা ঈ-নুংশিংদো ফজনা তৈথোক চামথোক্লগা নুপাদুনা হাযবম্বদো তৌদুনা যেংবদা সনা মণি মুক্তানচিংবা মমল যাম্লবা পোৎশিংনা পিকথন্না লৈবম্বা উবদা অমুক লৈপাক্লা নিংথিনা মেনশিন্দুনা থমখিবস্মী। মখোয অনীনা থৌদোকশিংদুগী মবমদা রাবী অসুম শান্নবিঙৈদা নোংঙানখিবা থংহৌখিবমদে। নোংঙাল্লবা মতুংদা মমায মমিৎ তাবিঙৈদা যুম্বু অহলদুনা লাক্লগা মখোযবু ভূতনা হাৎলমদবা উবদা ঙকখিবস্মী। মখোযনা অসুম রাবী শাবিবদুগী মনুংদা আল্লাহীনা অহলদুদা ইপু, ইপুগী যুম ইখোলসি ঐখোয লৌজবগে অদুগী মমল ওইনা সনা মোনখাই অমা পীবগে হাযকুবদা অহলদুনা যাববদুদা, আল্লাহীনা মখোযনা পুবকলিবা সনাদুদগী মোনখাই অমা পীবদা হনুবদো হবাওনা সনাদো পুদুনা মযুমদা চৎখিবস্মী। খবনিগী মতুংদা আল্লাহীনা মখোযনা লৈননবা যুম অমদি মীথুং শঙদো বাজমহলদগী হেন্না নিংথিনা শাবদগী মীপুম পুম্নমক্লা মিৎযেংফম-শোন্নফম ওইরকপদগী রাফমদো

নোংমা সাহজাদীগী মপাবুং সুলতানগী মনাকোং যৌখিবম্মী। সুলতানসু যেংনিংমনখ্রদুনা বেগমগা লোযনা চৎন্নবা শেম শাখিবম্মী।

আল্লাহীনা সুলতান অমদি বেগমবু উবদা তবাম্না ওকচখিবম্মী। সুলতাননা আল্লাহীবু উবদা ঙক্কবা ঙমখিদে। সুলতান্না চিংনবিবদো উবদা আল্লাহীনা পুন্নমক আল্লাহোগী থৌজালনি। ঐনা কবিসু ঙম্বা পোৎ নত্তে। মানা কনবা থরাযনি, মানা পীবা লন্নী হাযবগা ঐগী যুমসি অমুক্তং মিৎযেং তাবিউ হাযদুনা সুলতানগা বেগমগা কোইনা পুদুনা যেংহনখিবম্মী। যেংবা মখৈ যেংলুববা মতুংদা সুলতান্না আল্লাহীবু যেংলগা আল্লাহী নঙগী অসুক চাওখ্রবা কোনুংগা মান্নববা যুমসিদা কা পুন্নমক্তি লোযনা থোং হাংলি, অদুগা কাসিমা লোল্লীবা কবিগীনো হাযনা হংলকপদা আল্লাহীনা সুলতানবু যেংলগা হে, মহামান্য বাদশাহ কাসিদা লৈবি ঐগী বেগম সাহেবা। নুপা কনাসু চংবা যাদে অদুবু সুলতান্না লেংশিনবিগে হাযববদি লেংশিনবিউ হাযবকপদা সুলতাননা যাবে আল্লাহী ঐগী বেগমনা চংলসনু হাযদুনা বেগমবু কা মনুংদা চংহনখিবম্মী। বেগমনা চংখিবদা ফজখ্রবা সনাগী তাংবল অমদা মখোযগী নাইতোম পোকচবী মমোম সাহজাদী হালিমানা ফমদুনা লৈবম্বা উবদা যাম্না ঙকখিবম্মী। মমা মচা রাবী খবা শান্নববা মতুংদা অমুক থোবক্তুনা মপাবুংগা উন্নবম্মী। মচানুপীবু উবদা সুলতান্না ইপাগী লাংলেন, নঙবু ইপানা আক্কাচীদা থাজখিবনি। অদুবু মতৌ কবম্না

মফমসিদা আল্লাহীগা লৈবমলিবনো ? মপাগী য়াহংদো তারুগা তপ্না সাহজাদীনা হাযবকখিবম্মী। আব্বাজান ! নঙনা বাদশাহ সালামত ওইববসু থাজৌ মতম পুম্বদা আল্লাহোগী মথক্তা, মহাক্কী থৌজাল নত্তনা নুংশিৎ শিৎলোয উনাসু লেংলোয। বিধি বিধানগী মথক্তা কনাসু খুৎ থাফদে। নঙনা ঐবু মিহৌ কাবাম্বা আক্কাচীদা থাজবিবকখি অদুবু মাদি খুদানা তুবেলগী ঈশিংদা লংথদুনা হাংখ্রে।

আব্বাচীদা পীবে নঙনা সনা মোন'মা।
নঙগী জোল্লাদনা ককখ্রে মাগী মঙক
লান্‌জদ্রবা আল্লাহীদা পীবে খুদানা পুন্নমক দান ওইনা।
খুদানা শেম্বীবে ঐখোযগী পুন্সি লৈপুন।
মঙোন্দগী অহেন্‌বা অমমুক লৈতে মালেমদা।
ইশানা ইশাবু যেংদুনা পোংজবগী মহুত্তা,
আল্লাহোগী মফমদা চংজববদি, পুন্সিগী
লম্বী লমদাং পুম্বা মঙালগী মঙালঙক্তনি।

বাদশাহসু খংলক্‌লে আল্লাহোদগী অহেন্‌বা অতৈ কনা অমুক লৈতে হাযবা।

চহী থরুগী মতুংদা মচা-মযা অনীবু বাজারদানগী কোনুংদা লৈহনখিরম্মী। বাদশাহনা লৈখিদ্রবা মতুংদা আল্লাহীনা বাজারদান লৈবাক্কী বাদশাহ ওইদুনা লৈবাক মবা তপ্না নুংঙাইনা পানখিবম্মী। * * *